

# এসিয়াগী অনৌব ৱারীসিং

কোঃ এচঃ ইবোতোন দেৱী

অংলৈয়োল্ অচৈন্ সেৱালোম

(অঙাংলৈয়াংমিদমগা সংকলিত)

# এসিয়াগী অনৌব ৱারীসিং

(অঙাংসিংগিদমক্ খোম্জীন্ব)





কংলৈপাক্ লোয়্নসিল্লোন্ অপূন্ব মরূপ্ (কলম)
ময়ায় শঙ্লেন্, নিত্যাইনন্দ মসাইকোল্, রিমস রোড্, ইম্ফাল্

# ANOUBA ASIAGEE WAREESING

( A collection of fourteen (14) short stories in Meeteilon, specially for children, translated from "ADHUNIK ASIAAI KAHANIYANG".)

**Translated by** :- Khangembam Ibeton Devi
Bishnupur Bazar (Lamangdong Keithel),
Manipur

**Published by** :- Rakesh Naorem (Kokil)
General Secretary, Kangleipak Loinasillon Apunba Marup (KLAM), Imphal on behalf of "**KLAM**" RIMS Road, Imphal

**First Edition** : 11th February, 2008

**Cover Design** : Rakesh Naorem (Kokil)
**Page** : 133
**Cover Art** : JNKS, Nambol Thongkha
**Value** : Rs. 95/- (Ninetyfive) only
**No. of Copy**: 500



*Available at* : KLAM, Translator & All leading Book Stores

*Typeset at* : Hei-Ya Computer, Malom Keithel, Imphal

*Offset at* : M. Kumar Offset Press, Paona Keithel, Imphal

তুংগি য়াঙ্‌লেন্ শরু ওইবক্তাদৌরিব / বী

ঙসিগী নৌরিব অঙাংসিংগী

মফম্‌দ

# থৌবুরেল্গী খোর্জৈদগী

মালেম্সিদ লৈরিব অঙাঙ্ খূদীংমক্ নোংমাদি তুংগী মীরোল্গী য়াঙ্লেন্ শরূ ওইরক্নি। তুংগি মীরোল্গী য়াঙ্লেন্ শরূ ওইরক্কদৌরিব অঙাঙ্সিংবু ঙসীগী মীরোল্না অফব পাউতাক্ পীবীদুন অচুম্বা লম্বী অমদ পুবীব হায়্বসিসূ মথৌ তাই। হায়্নৈ অঙাঙ্সিংদি পেৎলিব লৈখোম্গ পাম্ব্রক্নী, অপেৎপ লৈখোম্দগী শেমনীংব মওঙ্দ শেম্ব য়াবগুম্ অঙাঙ্সিংগী ব্লাখল্ / থম্মোয়্সূ পুনিংব মায়্কৈদ পুব য়াই হায়্ন। অদূ ওইব তারবদি ঐখোয়্ন অঙাঙ্সিংগীদমক্ অফব লৌসিং লৌজনবগীদমক্ অফব লাইরিক্ কয়া ঙসীগী অঙৗব-অঙৗবীসিংনসূ ইদুন, ফোঙ্দূন থম্বীরম্ব হায়্বসিসূ তৌদফদ্রব থবক্ অমনী। ব্লাফম্সিন ব্লামাঙ্ ব্লা ওইজরগ থম্জনীংলিব ব্লাফম্দি ওজা খাঙেম্বম্ ইবেতোন্ দেবীন অঙাঙ্সিংগীদমক্ খোম্জীম্ব "**এসিয়াগী অনৌব ব্লারীসিং**" হায়্ন মিংথোম্ব ব্লারীমচা ১৪ (তরামরী)গী অপূম্ব লাইরিক্ অম কংলৈ লোয়্নসিল্লোন্গী পূক্কৈদ খূদোল্ তৌবিরক্প অসীগিদমক্ তরাম্ন ওক্চরি।

অঙাঙ্সিংগিদমক্ খল্লগ হীন্দী লোন্দ ইংলিস্তগী বি.এন্. গোয়ন্ন হন্দোক্কুন ফোঙ্লক্প "**আধুনীক্ এসিয়াই কহানিয়াং**" হায়্ব লাইরিক্ অসীবু অমুক্ "**এসিয়াগী অনৌব ব্লারীসিং**" হায়্ন কংলৈ লোন্দ হন্দোক্কুন এসিয়াগী তোঙান্ তোঙান্ব লৈবাক্সিংগী ব্লারীসিং অদূগী মহাও লমদম্সিগী অঙাঙ্সিংদ তংহন্নব পুথোরক্প লাইরিক্নী। লাইরিক্ অসীদ য়াওরিব ব্লারীসিং অসী পারুরগ ঐখোয়্গী অঙাঙ্সিংগী থম্মোয়্দ কাউব ঙম্দন লৈহৌগদব ব্লারী কয়া য়াওরি। পূম্নমক্ অসী অঙৗবীগী খূহন্দোক্, ব্লারী খূৎলী অসীননী।

তসেংনমক্ ওজা ইবেতোন্ ঈনৌ নৌন মশক্ তাক্লুবগী ব্লাহম্মোক্ লৈতে। কংলৈ লোয়্নসিল্লোন্গী পূক্কৈদ তোঙান্ তোঙান্ব মখল্গী লাইরিক্ ১০(তরা) পুথোক্খ্রবী অঙৗবী অসী বিষ্ণুপুর্ মায়্কৈগিদী লম্ শোম্দদি লময়াম্বীনী। অঙৗবী অসী ওজা ওইন মতম্ সাংন মহৈরোয়্সিংবু লমজীংবদ পেন্দ্রদুন মহৈরোয়্সিংদ অহেম্ব লৌসিং পীনীংবদগী থবক্তগী পোত্থারব ফাওবদ অঙাঙ্সিং / মহৈরোয়্সিংগিদমক্ খল্লগ লাইরিক কয়া ইদুন ফোঙ্দোক্লি। কংলৈ লোয়্১নসিল্লোন্গী লৈকোল্দ লেপ্প লৈতন লোয়্নসিল্লোন্গী লৈখল্ কয়া খূদোল্ তৌবীরক্প অসীমক্ কংলৈপাক্ লোয়্নসিল্লোন্ অপূম্ব মরূপ্ (কলম)ন থাগৎচৈ। থোইদোক্ল নুংঙাইজরিবদি অঙৗবীগী "**এসিয়াগী অনৌব ব্লারীসিং**" হায়্ন মিংথোম্ব লাইরিক্ অসীবু "**কলম**" ঈস্ফাল্গী ৩০(কূম্থা)সুব লাইরিক্ ওইন ফোঙ্দোক্চব ফংজব অসীনী। ওজা ইবেতোন্গী

খোরজৈদগী মখা তাব লাইরিক্ কয়া খোরক্খিগনি খঞ্জে। করম্ব খুৎঈদ, করম্ব রারী খুৎলীদ অপাবসিংগী থম্মোয় হুমদুন পুব ঙম্গদগে হায়বদুমদি য়েংখিব তারি। লোন্চন্গী মতাঙ্সিদদি অঙ্গীবীগী অপাম্বন অবোয়্ব ওইজব কয়াস্ য়াওরি। অরোয়্বদ লাইরিক্ অসী ঙসীদগী মীয়াম্দ সিন্নজরি। মসীবু পাবিদুন, নৈনবীদুন লাইরিক্সিগী মশক্ লেপ্পীরক্লগদি হেন্ন নুংঙাইজগনি।

রাকেস নাওরেম্ (কোকিল)
থৌবুরেল্,
কংলৈপাক্ লোয়্নসিল্লোন্ অপুম্ব মরূপ্
(কলম), ঈম্ফাল্, কংলৈপাক্

চৈচৎ,
০১-০২-০৮, তেম্ফা

# হন্দোক্লোয়্গী ৱারোল্

**'এসিয়াগী অনৌব ৱারীসিং'** হায়্রিব লাইরিক্সি ঐন দিল্লীদগী লয়্রক্প **'অধুনিক্ এসিয়াই কহানিয়াং'** হায়্ব এসিয়াগী অপূন্ব খুৎফোঙ্দোক্ থৌরম্ পরেং মরীসুবগী অহান্ব লাইরিক্নি। মসি অঙাং ওইরিবসিংগী পানবগীদমক্ খোম্জীনবনি। ইংলিস্তগী হিন্দীদ বি, এন্, গোয়ন্ন হন্দোক্পনি। হিন্দীদগী ঐন অমূক্ মীতৈলোন্দ হন্দোক্চবনি। ৱারীসিংসী এসিয়াগী তোঙান্ তোঙান্ব লম্ ১৪দগী খোম্জীন্বনি। নেসনল্ বুক্ ট্রষ্ট, ইন্দিয়ান এসিয়াই সাংস্কৃতিক্ কেন্দ্র য়ুনেস্কো, টোকিয়োগী মতেঙ্ লৌদুন ফোঙ্জবনি।

অফগনিস্থান্, বর্মা, ভারত্, ইন্দোনেসিয়া, ঈরান্, জাপান্, কোরিয়া, মালেসিয়া, নেপাল্, পাকিস্তান্, ফিলিপাইন্, সিঙ্গাপুর্, শ্রীলঙ্কা অমদি থাইলেন্দ গী ৱারীসিংনি। নুংঙাই-নুংঙাইব থিম্দ ইব ঙাক্তনি। অঙ্গীবসিংস্ য়াম্ন মতীং লৈব অফাওব কয়া য়াওরি। অঙাংসিংদ নুংঙাইহন্বদ নত্তন পূক্নীং লৌসিং পীব ঙম্ব ঙাক্তনি হায়্ন খ্দ দূন লাইরিক্সি হন্দোক্লব খঙ্গৎলুবনি।

অঙ্গীবসিংগ লোয়্নন মসিদ য়াওরিব লাইসিংসিবু য়েক্পীরক্প মীওইসিংগী মিংস্ লৌখৎচরি। মতীক্ মগুন্ লৈরব অফাওব কয়াসু য়াওরি অদূগ অঙাংগী লাইরিক্ কয়াদ মমীং লৈন য়েক্লিব ঙাক্তনি।

ৱারীসিংসিন অঙাংসিংদ কান্নব খরদং ফংহন্ব ঙম্লবদি ঐন হোৎনজমন্ ফংলবনি খঞ্জগনি। লোয়্নসিল্লোন্দ হন্দোক্প হায়্ব কলম্সিগী মতীক্ য়াম্ন চাউই। মসিন ঐখোয়্দ ৱাখল্ লৌসিং ফাওদোক্লবগী মরূ ওইব পাম্বৈনি। অদূবু ফন য়াম্ন কন্ন হোৎনদুনস্ ওরিজিনেল্দুদগী খরদি হেক্ত লৈহৌবগুম্ খল্লী, ওজা লনচেম্ব মীতৈগী ৱাহৈদ 'চম্প্রা মহী সুম্বদ মহাও খরদি মশিংদ করিদ পক্নুন হেক্ত লৈহৌই'। অদূগুম্ন হন্দোক্প লোয়্নসিল্লোন্দস্ ওরিজিনেল্ ওইরিব ৱারীসিংদুদগী হন্দোক্পদ অঙ্গীবসিংদুগী পূক্নিংগী ওইব মনূং হঞ্জীন্ব ৱাফম্ খরদি অদুমক্ লৈহৌই। লৈহৌদনব ফন নীংথীন য়েংজবনি অদূ ওইদুনস্ খর হেক্ত মরৈহৌব্রা খল্লী।

অফ্গনিস্তান্গী ৱারী 'লঙ্জা অমসুং উপাস্বী' হায়্রিবসিদ লঙ্জাগী মখোঙ্দ পুল্লিব লংদূ য়াম্ন কল্লী, মদূ উচেক্নুন থদৎপ ঙম্দে, মান উদ তোংবদ উসাদ য়েৎশিন্দুন সিনবগী মরম্ ওই। মতৌ অসূম্ন পূম্নমক্কী অরোয়্বদু মসিনী হায়্বদূ উৎখি।

'ঐন পুন্নমক্কী মখোঙ্দ য়েংলম্মী, পুন্নমক্কী মখোঙ্দ লংন পুল্লিবগুম্ নীংই। পুন্নমক্কী লংদুস্ মসিগুম্ন যাম্ন কল্লী। খোঙ্উপ্ শেম্বগী মখোঙ্দুদস্ পুল্লী, লং পুম্ব কিসিদুগী শক্তিনি। কিসি পুম্ব কোইরপ্ কোইরপ্ কোয়্। মখোয়্দু মশাগী ওইজবন ঈকোয় কোয়সিল্লী।'

ৱারীসীগী নুংগী ওইব ৱাখল্লোন্সি হিংব-সিবগী ৱাংউলোন্গী (ফিলোসোফিকেল্) ওইব ৱাফমদুমক্ ফুমদুন পুরি। অসুম্ন ৱারী খুদীংমক্ অঙাঙ্সিংদ কান্নব পীগনি হায়্বসি থাজ... ..ন।

লোইসিল্লক্পদ লাইরিক্সিবু ***কলম*** গীদমক্ ফোঙ্দোক্পিরিব, কলম থৌবুরেল্গী থৌ পুবিরিব ইচা বাকেস্ নাউরেমন য়াম্ন কন্ন চেন্বী চোংবীবগীদমক্ থাগৎপ ফোঙ্দোক্চরি। হেন্ন নুংঙাইজরিবদি লাইরিক্সিবু কলমগী পব্লিকেসন্ ওইন লৌশীন্বীব মসিনী। মসিগীদমক্ত কলম..া লুপ্লোয়্ খুদীংমক্ পুস্ থাগৎচৈ। লোয়্ননা হৈ-য়া কম্প্যুতর্গী চাং.ৌ কৈচান তেল্লব মতম্গী মনুংদ নম্বীদুন লাইরিক্ ওইন পুথোক্পিরক্পগীদমক্তস্ থাগৎচরি।

*— কেঃ ঐচঃ ইবেতোন্ দেবী*

*হন্দোক্লেয়্*

# য়াওফম্ তাক্প

[illegible]

([illegible])

# এসিয়াগী অনৌব ৱারীসিং

(অঙাংসিংগিদমক্ খোম্জীন্ব)

অফগনিস্থান্

# লঙ্জা অমসুং উ পান্থী

*অহজাম্ রহনাবদ্দি জরয়াব*

ঐখোয়্গী থোঙ্গান্দ উসা কক্থ্রব পান্থী অম হৌরি। মনাক্তুদ খোঙ্উপ্ শেন্নগী অপীক্প পোৎয়োন্শঙ্ অম লৈ। মহাক্ নুতিগী অয়ুক্ত থোঙ্ হাংই, নুমীৎ চুপ্প থবক্ শুই, নুমীৎ তাখিবগ থোঙ্ থিংদুন চাউরব সো অম লোন্শিল্লি। ঐখোয়্গী লৈকায়্দ থবক্ লৈতব অনী লৈ, মখোয়্ করিগুম্ব থবক্ অমত্ত শুদে। মখোয়্ করিগী থবক্ শুদ্রিবনো হায়্বদি ঐশু খঙ্দে, অদুবু মখোয়্ অনী নুমিৎ চুপ্প খোঙ্উপ্ শেন্ফমদুদ ফমদুন লৈ অমসুং মতম্ অরেন্নদ মাঙ্হল্লী। মখোয়্ অনীমক্ পোৎয়োন্ফম্গী পোৎ চৈগুম্ খল্লী।



নোমোদ ঐন খোঙ্উপ্ শেম্ফমদু লান্দুন চৎপদ খোঙ্উপ্ শেম্বদো মহৌসাগুম্ হরাও-তয়াম্‌দে, নুংশুক-নুংজানৈ, মহাক্ করিগুম্ব অরুব রাখল্ অম খল্লীবগুম্ মমায় লৃকথদুন ফম্লি। থবক লৈতব অনীদুস্ য়াম্ন নীংব কায়ন অমদি মতৌ অদুগুম্ব মমায় লৃকথদুন রাখল্ তৌরম্মী, অহান্বদদি মখোয় অনীসু খোঙ্উপ্ শেম্বগী মতৌ তম্লিবনি খল্লী, তসেংনমক্ ঐগী রাখল্ চুম্লবনি। অসুম্ব খল্লুবসি তসেংন অপঙ্বগী থৌদৌ ওইরম্মী।

শোয্দন করিগুম্ব অরাব থৌদোক্ অম থোক্রুম্ব য়াই, খল্লদুন খোঙ্উপ্ শেম্ফমদুদ চত্লুন খোঙ্উপ্ শেম্বদুদ হংলুই, 'করি তৌরবগে ?'

খোঙ্উপ্ শেম্বদুন তপ্প- তপ্প মঙক্ হাইগৎলগ ঐঙোন্দ য়েংলক্ই। অয়াম্ব মতম্‌দদি মহাক্কী মমিংথসিংদু নোক্‌পদগী লংখৎলম্বনি অদুবু ঙসিদি খজিক্ নীংব কায়বগী মতৌনি। থবক্ লৈতব অনীদুসু চপ্ মান্নন ঐঙোন্দ য়েংদুন লৈরে।

'ঐগী নুংসিরবব লঙ্‌জা পাইখ্রে', খোঙ্উপ্ শেম্বদুন হায়্রক্ই। মহাক্কী রাদু তাবদ ঐ হরাওবন লোইরে, মঙোন্দ হংলম্মী 'করম্ব পাইখিবনো ? লঙ্‌জা পাইখিবগী রাফমদু তাবদ ঐহাক্ য়াম্ব নুংঙাই।

ঐগী হরাওবদু খোঙ্উপ্ শেম্বদুন খঙ্লবগুম্ তৌখি, করিগীনো হায়্‌ববু মহাক্ ঙাইহাক্ লৈরগ খঙ্‌হৌদন কন্ন ফাক্-ফাক্ নোক্‌থোরক্ই।

খোঙ্উপ্ শেম্বদুন নোক্‌প উরগ থবক্ লৈতব অনীদুসু নোক্‌থোরক্ই।

খোঙ্উপ্ শেম্বদুন নোক্লিবদুসু লমন্ খুম্বগী রাখল্ অমদি সাউনীংবগী মওঙ্‌সু ইয়ান্ য়াক্লিন্নে।

'নখোয় করিগী নোক্লিবনো ? ঐন হংই।

'করিগীনো হায়্‌বদ ফৎত্রব লঙ্‌জাদো হৌজীক্ মহাক্ সিরগনি' মহাক্ হায়্।

'করিগী সিগদৌরিব ?' ঐন অমুক্ হংই। করিগীনো হায়্‌ববু মখোঙ্দ পুল্লিব সাংলব লংদু হৌজিক্‌সু পুল্লি। মসি হায়্‌রগ মহাক্ হরাওবগী মতৌদ মমিং লংখৎলী। ফৎত্রব লঙ্‌জাদুন করিগুম্ব উ অমদ হেক্ তোংবদ লংদু উসাদ য়েংশিনগনি। মদুদ থুজিন্দুন মহাক্ সিবগনি। খোঙ্উপ্ শেম্বদু কন্ন-কন্ন ফাক্-ফাক্ নোক্লক্ই। অমসুং হায়্‌রক্ই, 'লংদো য়াম্ন কন্নী, কনাগুম্ব উচেক্ অমত্তন মদু থদংপ ঙম্লোই।'

ঐগী হরাওজনম্বদ কর্পূর ওনখ্রে। মদুগী মহূত্ত ঐ অকীব ফাওরক্ই। থবক্

শুনীংদব অনীদুস্ খোঙ্উপ্ শেম্বদুগী ম্বাহৈদূমক্ হন্ন হায়্, 'কনাগুম্ব উচেক্ অমত্তন মদূ থদংপ ঙম্লোই, কনাগুম্ব উচেক্ অমত্তন মদূ থদংপ ঙম্লোই।'

'লঙ্জাদো পাইদি পাইস্রে অদূবু অশিবন মাগী মতূং ইন্নব্রবনি', খোঙ্উপ্ শেম্বন হায়্রক্ই।

'নহাক্ য়াম্ন মিনুংসি লৈতবনি' ঐন হায়্রুই।



মহাক্কী মমিত্তু হৌজিক্সূ হন্নাওবন লংখৎলি, অদূগ হায়্রক্ই 'ঐন মাগী চানব অহীংব উচেক্ পীবনি, মান মদূ হাংলগ হন্নাও হন্নাওন চাবনি, তৌইগুম্বসূং হৌজিক্তি মহাক্ পাইস্রেদন। ঐ....'

ঐ মহাক্কী ম্বাদূ তাদন চংলে। মাগী ম্বাহৈদূ নাকোঙ্দ ঙংদুন লৈরে। করিগিনো হায়্ববু মহাক্কী মখোঙ্দ সাংলব লংদূ হৌজিক্সূ পুল্লিবনি। ফংত্রব লঙ্জাদুন করিগুম্ব উসাদ তোংলুবগ মদূ লৌসিন্খিগনি অমসূং সিত্রিফাওব মদুদ লৌসিন্দুন লৈগনি। লংদূ য়াম্ন কল্লী, লঙ্জান মদূ থদংপ ঙম্লোই, থদংপ ঙম্লোই। অহীংসূ নুংঙাইন লেন্খিদে, ঐ তূম্ব য়াখিদে। অহীংগী অমম্বন ঐবু কিহম্ব নত্তে, মীহত্ত মপান্দ য়েংথোক্খিবদ অৱাব অমসূং নীংব কায়্বন থল্লী। হন্ন-হন্ন তূম্নব হোংনৈ তৌইগুম্বসূং পূক্নীংদ ম্বাফম্



অম হন্ন-হন্ন হৌগৎলক্ই। ব্রাফম্দূ করিনো হায়্বসূ ঐ ঈশামক্ খঙ্ব ঙম্দে। মদূ খঙ্নব হোৎনরিমখৈ মদুদ উংদুন লৈ। করিগুম্ব পাঙ্গল্ মতীক্ অমন ঐগী পৃক্রীংদগী মপান্ থোক্হন্দবগুম্ ফাওই। অহীং হৌখ্রে। ঐন খল্লী সাথিরব অরূম্ লাইহৌন ঐবু ফাজিম্বগুম্ ফাওরক্ই।

তাইবঙ্পান্ পূম্ব লং অমদি লংদূম্‌সিংন পুন্সিল্লি, করিগুম্বদ অকৃপ্প লং, করিগুম্বদ অশাংব। লম্বী পূম্বদূ লংগী লং ঙাক্তন পুল্লবগুম্ উরক্ই। খরন অপৌব লং, খরন অকৃপ্প, তৌইগুম্বসূং লং পূম্ব কল্লী, অসূপ্কী মতীক্ কল্লী, মদূ শুক্তৎ তৎলোই। খঙ্হৌদন ঐন উরক্ই লং পূম্ব কনা-কনাগুম্বগী মখোঙ্দ পুল্লিবনি। মীপূম্ খূদীংগী মখোঙ্দ লংদুন পুল্লি,ঐগী খোঙ্দসূ।

অয়ূক্ ওইরক্লে, ঐ হৌগৎলে। হক্চাঙ্ পূম্ব নীক্লি। লম্বী মপান্দ য়াম্ন লাঙ্ই, ঐ মপান্ থোক্লে, উবে খোঙ্উপ্ শেন্ফম্ ময়াদ হৌরিব উ অকঙ্বদুগী মখাদ মী য়াম্ন তিল্লি। খোঙ্উপ্ শেম্বদু কন্ন কন্ন লাউরি, হরাওবন জগোয়্ সারিবগুম্ খল্লী। ঐবু উরগ মহাক্ য়াম্ন হরাও-হরাওন ঈনাক্ত লাক্ই, অদূগ লাউরক্ই, 'য়েংঙউ, য়েংঙউ ঐন হায়বদূ চুম্‌দ্রা ?'

'নঙ্ করি হায়্নীংলিবনো ?' ঐন হংলুই, মহাক্ন ঐগী খূৎ পায়্রে, চিংদুন উকংদুগী মনাক্ত পুরে, উসা অমদ খূদম্ তৌদুন হায়্, 'য়েংঙউ অসোম্দ য়েংঙউ।'

লঙ্জা উসা অমদ ওন্নন য়াল্লি। মখোঙ্গী লংদুন উসাদ লৌসিন্দুন য়াল্লি।

মশাবু মদুদগী নাছেক্রেব কন্ন হোৎনজবনি। মদুদ মসাসিংদু তৎ তক্তুন মায়্কৈ মরীদ চাইন তারি। মতৌ অসূম্ন মহাক্ মথ্বায় থাদোক্লে।



মহাক্ সিরবনি, মকোক্তূ লৈমায়্রোম্দ য়াছুরি, মমিৎ পাঙ্ন-পাঙ্ন ঐঙোন্দ য়েংলি। ঐন খল্লী, লঙ্জাদুন হায়্রি কপ্ল-কপ্ল ঐঙোন্দ হায়্রি, 'পূম্নমকী অরোয়্বদু অসিনী'।

'ঐন নঙোন্দ হায়্খিদরা, মহাক্ থুন সিরনি' খোঙ্উপ্ শেম্বদূন হায়্। ময়াম্দূ লাঙ্লম্মী। মীওই পূম্নমক্কি মমিত্তূ অপঙ্বগী নুংঙাইবদুদ হরাওরদুন লংখৎলি। ঐন

খল্লী মখোয়্ হরাওবন ঙম্খৈ লৈত্রে অমসুং লাউরি, 'কয়া ফরবনো উচেক্ ওন্নন য়ান্দুন লৈরে, ঐখোয়্দি য়ান্দেদন।'

ঐন পূম্নমক্কী মখোঙ্দ য়েংলম্মী, পূম্নমকী মখোঙ্দ লংন পুল্লিবগুম্ নীংই। পূম্নমক্কী লংদুসু মসীগুম্ য়াম্ন কল্লী। খোঙ্উপ্ সাবগী মখোঙ্দসু পুল্লী, লং পূম্ব কিসিদুগী ময়ায়্নি। কিসি পূম্ব কোইরপ্ কোইরপ্ কোয়্। মখোয়্দু মশাগী ওইজবন ঈকোয় কোয়্সিল্লী।

ঐন কন্ন নোক্লম্মী। 'করিগী নোক্লিবনো?' পূম্নমক্ন হংলম্মী।

মদুগী পাউখুম্ ঐ করিন পীগনি? ঐ নোক্কুন অদুম্ লৈরে। নোক্পগী খোঞ্জেল্ ব্রাংখৎলক্ই। লম্বী পূম্ব ঐন নোক্পগী খোঞ্জেল্ন নিল্লী হায়্ন খল্লী।

'নঙ্ করিগী নোক্লিবনো?' খোঙ্উপ্ সাবদুন মখোন্ ব্রাউন অমসুং য়াক্র লাউরক্ই।

'নখোয়্ পূম্নমক্কী নখোঙ্দ অকম্ব লংন পুল্লে' ঐন হায়্। মখোয়্ লোইন মিপাইরে, কিন-কিন মশা-মশাগী মখোঙ্দ চেপ্থ চেপ্থ য়েংনরি। মদুদগী ঐঙোন্দ হাংলক্ই, 'কদায়্ লংদি, করম্ব লং, করম্দৌব লং?'

অদুবু মদু পূম্নমক্ খঙ্দন ঐন ঐগী খোঙ্দ য়েংজরি। ঐগী খোঙ্দসু অকম্ব লংদুন পুল্লী। মদুগী মতুংদুদ অকোয়্-অকোয়্ব কিসি কিরি। মশাগী কান্নব য়েংবগী নাপল্গী অর্পাক্প কোঙ্গোয়্।

মতৌ অসুম্ন ব্রাফম্সি অহীং চুপ্ন ঐগী পূক্লীংদ ঈথক্ হৌদুন লৈরি। মদুদগী খোরক্কুন মপান্ খোরক্ই। খঙ্হৌদন ঐঙোন্দ তাইবঙ্পান্ পূম্ব মীতিন্ পূম্ব করিসু নত্তবগুম্ খল্লে। ঐন কন্ন-কন্ন নোক্লি, ঐন খল্লী, মখোয়্ পূম্ব উকংদুগী উসাদ য়াল্লি, পূম্নমকী মখোঙ্দ অম, মদুদ কন্ন পুস্সিল্লী। খোঙ্উপ্ সেম্বদু ঐগী নাক্ত য়াল্লী। মাগী মমায়্দু ঐগী মায়্গ মায়োক্নরি। মাগী মায়্খোঙ্দসু য়াম্ন ব্রান উই, অদুগ হায়্রিবগুম্ খল্লী, 'পূম্নমক্কী অরোয়্ব অসিনি'। থবক্ লৈতব অনীদুসু মদুদ য়াল্লী। মখোয়্গী মায়্খোঙ্দসু অসুম্ন অব্রাবগী মমি তারি, অরেম্বদ মতৌ তম্লিবগুম্।

অতোপ্প মসাদ লঙ্জাদু য়াল্লী হায়্ন খল্লী। ঐগী পূক্লীংদ ফাওরক্ই, 'মসি করিগী অমুক্ হন্ন লাক্লিবনো?' মতম্দুদ ঐন খল্লী, মাগী মখোঙ্দ অতোপ্প লং পুল্লি মদুন খোঙ্উপ্ সাবগী পোৎয়োন্শঙ্ ফাওব তিংলি। অতোপ্প লংজাসি হিংলিব উচেক্সিংগীদমক্তি অসুম্ন খল্লক্ই।

*লাইরেক্প থদিম্ খোরবন্দী*

## বর্মা

# ফজব নুংসিরব

গোটনী

নোংজুথা হৌরক্লে, নোং মকূপ্-মকূপ্ তারি। ঐ মরূপ্‌ক লোয়্‌নন উ পাম্বী অচৌবদূগী মখাদ ফম্লি। ঐখোয় অনী লৈবাক্কী সান্নপোৎ সারি। মদূগিদমক্ ঐখোয়্‌ন লৈশৌপূংদগী লৈবাক্ লৌরিবনি, মদূ মোন্‌সূ মোল্লী অদূগ মচুসূ ফজৈ, লৈঙোয় লম্‌গী লৈবাক্কুম্ ৱাউদে। মতম্‌দুদ ঐখোয় লৈবাক্কী অপীক্-অপীক্‌প সম্বীসিং সারি।



মতম্দুদ খব চাউবব নৃপামচা অনী ঐখোয়্গী নাক্ত লাক্ই। মখোয় খুঙ্গংগী অতোপ্প নাকন্দ লৈর্বনি। মবানির্গী মনংদ অমদি মশা ফৈ। মশা ফবদুদ মীন ক্কীগী হায়্ন লঙ্ঙৈ মদৃগী ৱাহঙ্গোক্তি অনোয়্ব ইবোই হায়্বনি। মহাক্ত ফৃরীৎ মনূংদ অহীংব উচেক্ অম লোত্তুন পুরক্ই। মক্‌প্ল হংলুই, 'উরোক্‌সি নঙ্ন কদায়্দগী ফংবনো? মসি নঙ্ন নাউবিন থাববা?'

'হোয়্ মসি ঈকোন্ মপান্দ লৈবিঙৈদ ঐন কাপ্লুবনি' ক্কীগীন হায়্।

'ঐনসৃ উবোক্ অমদ পান্দম্ তৌবনি, অদূবু মা পাইপ্রে' অতোপ্প অঙাংদুন হায়্বক্ই।

'পুথোক্তুন য়েংলর্বাদ খঙ্গনি, কবস্ব উবোক্তো হায়্বদো' ঐন ক্কীগীদ হানবক্ই। অহান্বদ মদৃ থৈদোক্লুব শের্ম্জিল্লক্ষ্মী অদূবু মান ফৃবীৎ মনূংদগী উচেক্তু পথোবক্ই। মখোঙ্দ পুন্দুন কবিগুম্বদ নাঙ্গোক্‌খিদনব থল্লিবনি। ঐন উবোক্তু পায়্দুন য়েংই, মদ যাম্ল নুর্ণস, কযাদ ফজবিব, কযাদ ঙৌবিব, সঙ্গোম্গুম্ব মশা সংবান্নব, খৌদব মখোঙ্ অমসৃং মচীন্, উচেক্তুন ঐগী নাক্ত লৈজবদ কযাদ নুংঙাইজে। ঐহাক্শা উচেক্ য়োক্‌প পাম্বনি, ঐগী মতম্সিদ গুয অম, হৌদোঙ্ অম, অমসৃং য়েম্বী অচৌব অম লৈ। য়েম্বীন হৌজিক্ফাওবদ য়েকম্ ১৪ কোম্লর্বনি।



নুমিৎসিংদো ঐ য়াম্ল হরাওই। মরূমদুদগী মচা ওম্ব ঙাইবদ অমদি ঐগী য়েন্নাউ কয়ামকুম্ লৈরনি খন্বদ। মদু পৃম্ব নীংশিংদরে, ঐ হৌজিক্তি, ঐ শুপ্নগী মতৌ করম্ল ক্কীগীদগী ফজরব উরোক্সি লৌগদগে হায়্বসিদ খল্লী।

ক্কীগীস্ ঐগী মায়থোঙ্ উরগ ঐগী পৃক্কীংন উরোক্তু পাম্জরিবদূ খঙ্বগুম্ তৌখি। মহাক্ল হংলক্ই, 'নঙ্ মসী য়োক্প পাম্লা?'

ঐন পাউখুম্ থুন পীরম্মী 'পাম্বদি পাম্লিবনি, অদুদ নঙ্ন মদূ ঐঙোন্দ পীগদ্রা?'

'করিগী পীদনি, লৌরো তৌইগুম্বসূং মসীগী মহুত্ত ঐঙোন্দ করিনো খরদি পীব তাই, ঐ চুরূৎ তরা পাম্মী।'

'ঐগী মরূপ্সিংদি কনাস্ থক্তে, কনাদগী লৌরগ পীগনি?' ক্কীগী অমদি মহাক্কী মরূপ্তি ঐখোয়দগী হেন্ন চাউই। মখোয় লোইন লোন্ন-লোন্ন চুরূৎ থক্ই। ঐন হায়, 'ঐ উরোক্তুদি পাম্মী, অদুদ চুরূক্তি ঐগী লৈতে।'

'অদু নঙ্গী নবেম্বোক্ নঙ্গ লোয়্নন লৈবদো মাদি চুরূৎ থক্ইদন। মঙোন্দগী লৌরগ খর পীয়্।'

'নত্তে মান ঐঙোন্দ পীরোই, ঐঙোন্দ ইবেম্বোক্তুদগী চুরূৎ লৌরুনব থৌনাস্ লৈতে। নঙ্ন পাম্লবদি ঐ নঙোন্দ উরোক্কী মহুত্ত সেল্ খর পীরগে।'

'সেল্ কৈদৌননি ঐখোয়দি শুপ্নগী চুরূৎ পাম্মী। নঙ্ন মদূ ঙমদ্রবদি কনাদনো অম হংনরুগে।'

ঐ তসেংন নীংব কায়রে, করি তৌগনি খঙ্দে। ঐ ইবেম্বোক্কী চুরূৎ হুরান্গদ্রা? নত্তে মদুম্ তৌব অফব নত্তে, মসী অফব ব্রাফম্ নত্তে, অদূগিদি ফূগনি। ঐ খন্দুন লৈরে।

'ফরে চৎলো' ক্কীগীগী মরূপ্ন হায়্। ক্কীগীন ঐঙোন্দগী উরোক্তু মুল্লে। মখোয় চৎখ্রে। উরোক্ত ঐঙোন্দগী তোঙান্খিবদ মসাদূ ফর-ফর তৌরি। মদূ ঐঙোন্দগী চৎনীংদবগুম্ল ঐগী পৃক্কীংস্ উরোক্কীদমক্ লাঙ্তক্লে। ফজরব উরোক্সি ঐগী ওইজনীংবনি। ঐ খম্ব হৌরক্ই। ঐন মরূপ্ত হংলুই 'হৌজিক্ করি তৌগনি?' মান মঙক্ হাইরদুন খুল্লক্ই, 'নঙ্ন চুম্মী খন্বদূ তৌ।'

ক্লীগী অমসূং মরূপ্ চংখ্রে, উরোক্সূ পুখ্রে, হৌজিক্ ফাও মসা ফর-ফর খপ্লি। ঐন খল্লী, 'মহাক্ ঐবু মনাক্ত কৌরি'। ঐ খাঙ্বা ওল্লমদে



'ফরে' ঐন লাউরম্মী, 'উরোক্তু পুরকউ, ঐ নখোয়্দ চুরূৎ পীগে, ওাইহাক্ ওাইয়্।' ঐ চুম্দ্রিং য়ুম্লোম্দ চৎলে। সিরিসিংদু কাদুন অবোক্কী কাদ চঙ্লে। মাগী লাইরিক্ হাপ্প উপু হাংদোক্লে, লৈবাক্ তৈব খুত্তুন চুরূৎ উপু লৌথোক্লে। থীরগ মচৈ তরা লৌথোক্লে অমসূং চুরূৎ উপুদু মফম্ চান থল্লে। চুরূৎ মচৈ তরাদু লৌথোক্পদগী উপুদু ইহাঙ্ হাঙ্হৌরে। চুরূৎ লৌথোক্লগ অঙাং অহূম্ন ওাইদুন লৈহৌব মফমদু য়ৌন চেল্লক্লে। 'সে লৌরো, তরানি, মশিং চুম্ন' ঐন ক্লীগীদ হায়্। মহাক্ল ঐঙোন্দ উরোক্তু পীরে। ঐ হরাওবন ওম্খৈ লৈখিদে। খল্লী 'ঐসে তাইবঙ্পান্সিদ খ্বাইদগী ফজব উরোক্কী মপূওইরবনি। ঐ মরূপ্তগী কায়্নরে অমসূং উরোক্ত পুদুন য়ূম্দ লাক্লে।

অমম্ব উপু অমসূং ব্রা মকক্ খর পুক্সিল্লে। মদুন পোন্ অম শেম্লে অমদি উরোক্তু মদুদ থল্লে। পোন্দুদ মাগী চানব খর থম্বিরে। ঐ নুমীৎ তাত্রিফাওবদি ফজরব উচেক্সিদ ওাওদুন লৈরে। মাগী পোন্দুগী ময়াদ ফম্দুন লৈরে, মাগী মতৌ য়েংলগ হরাওজে। নুমিদাং ওইরে, চাক্শঙ্দ চাক্ থোংবগী মখোল্ তারক্ই। চাক্ চারগ ঐ অমুক্ উরোক্ মনাক্ত লাক্লে পোন্ মনাক্ত ফম্থবদ ওায়্রি। খঙ্হৌদন ঐখোয়্ অবোক্কী য়াক্লব মখোল্ তারক্খি, 'ঐগী চুরূৎ কনান হরাল্লি?'



অবোক্ন মথঙ্-মথঙ্ যুম্‌গী মীওই খূদীংমক্ত হংই, ঐঙোন্দদি হংদে। অবোক্ খঙ্ই ঐ চুরূৎ থক্তে। মরম্‌সিন ঐন চুরূৎ হুরাম্বগী ৱাফম্‌সি খম্বফাও ঙমদে।

অবোক্ ময়াম্দ হংবদ চোক্‌থদুন মমৈদ মনাওনূপা ঐগীন খুরাদ তারে। ঐগী খুরা সন্‌আংগস্ ঐখোয়্‌গ লৈমিন্নে। মহাক্ অয়ূক্ খূদীং ঙা ফাব চৎপগী হৈনবী লৈ। চুরূৎ উপুদ লৈবাক্ তৈবদুদ খুরাগী অমোৎপ খূত্তুন উপুদো পায়্‌রম্‌গনি, মসি খন্দুন খুরাদ চৈব হৌরক্ই। মান চৈবদুদ খুরান করিগুম্ব য়াম্ন চাউরব মরাল্ অম তৌরবগুম্ খল্লী। 'তৌইগুম্বসূং ঐনদি অদোম্‌গী চুরূৎ লৌদে' খুরানদি হায়্। হৌজিক্‌ফাও করিগুম্ব পোৎ অম তঙায় ফদ্রবদি নঙোন্দ হায়্‌দন লৌদে। হৌজিক্ ঐগী চুরূৎ উপূ অম থন্ন লৈরি।' মসী হায়্‌দুন মাগী ফূরিৎখাউদগী চুরূৎ উপু পুথোক্লুন উৎলী।

'অদু ওইদুনসূ মসী নঙ্‌ন লৌব ওইগনি' অবোক্ন হায়্, 'নঙ্ নত্তন অতোপ্প কনানস্ ওইরোই'।

'ঐদি নঙ্‌গী চুরূৎ শোক্‌সূ শোক্তে অমসূং মদূ ঐন পায়্‌বসূ পায়্‌দে'।

'নঙ্ ওইদব ঙাঙ্‌লিবনি, নঙ্ হুরাম্বনি। অমুক্তসূ নঙ্ ঐঙোন্দ পোৎ অমত্ত হংখিদে।'

খুরা সন্‌আংগবু ঐন ইকায়্‌খুম্নবনি। মহাক্‌ ঐঙোন্দগী চহীসূ হল্লিবনি। অবোক্ল মঙোন্দ চৈবদূ তাবদ ঐ ইশাবু ইকায়্‌জে। ঐন তৌব থবক্কী খুরাদ মরাল্‌দূ থঙ্‌জীন্বিরে। মহাক্‌পু হুরান্ব অমদি মীনম্বনি হায়্‌ন হায়্‌বীরে। ঐন চুরুৎ লৌব মতম্‌দ মসি খন্‌হৌদে। মদূসূ অশেঙ্‌ব হুরান্বদুদি ঐনি। খুরাদ মীচৈ থারিবসিদ ঐন তূমীন্ন লৈরবদি ঐ হুরান্বগ লোয়্‌নন মীনম্ব অমসূ ওইগনি। তূমীন্ন লৈবসিদসূ মীনম্ব অমদি ওইরবনি।

অবোক্‌ খুরাদ চৈ থাংলি অমসং সাউরি, ঐন খল্লী। খুরা সাউদুন মমায়্‌ ঙাঙ্‌লক্লে। করিগুম্ব ঙংখৎনবসি হেন্‌গৎলক্কুন খুরান সাউদুন অবোক্ত খূৎ থারক্লবদি য়াম্ন ফত্তব ওইরনি। মবানি খৎনরিব কাদুদ ঐন চৎলগ হায়্‌, 'অবোক্‌ ঐবু ঙাক্‌পীয়্‌, ঐন নঙ্‌গী চুরুত্তু লৌবনি'।

**খুরা** অমদি অবোক্‌ ঐগী রাদুদ ইঙক্‌ ঙক্লে।

'অহোয়্‌ ঐগী য়োক্লব উচেক্‌ অম পাম্বদগী মমল্‌ চুরুৎ তরানি।



**করিগুম্ব** অম **তৌদুন ঐন** উরোক্তু লৌব পাম্‌খিবনি।' ঐন ইশাগী মায়্‌কৈদগী অশেঙ্‌ব রাদূ হায়্‌নব হোৎনরম্মী। '**করিগুম্বদ** অসিগুম্ব রাসি তাখিব্রা?' অবোক্ল লাউরক্‌খি। 'অহল্‌ ওইরব উরোক্‌ অমগিদমক্‌ হুরাল্লিবসিবো?'

খুরানসূ অবোক মান্নন ঐঙোন্দ চৈব হৌরক্লে। 'নঙ্ ইকায়ফম্ থোক্পনি, হনুব উরোক্ অমগীদমক্ অসিগুম্ব থবক্ তৌরিব।'

'নত্তে নত্তে অবোক্, মসি য়াম্ন ফজরব অমদি নুংসিরব উরোক্লি। মসি উরগ পূক্লীংসে সুমখ্রবনি'। ঐন হায়্রিবসিংদ্ খুরা অমসূং অবোক্ল খঙ্ব ঙম্লম্দে। 'নঙ্ন চুরূৎ লৌদ্রিঙৈদ ঐঙোন্দ করিগী হায়্রম্দ্রিবনো?'

'নঙ্ন য়াবিরক্লোইদ্রা হায়্দুন কিবদগীনি'।

'অদুবু নঙ্ন খঙ্দ্রে, অচুম্ব ঙাঙ্বগী থৌনা লৈত্রব অমদি মদূ অয়ম্ব অমসূং লৌনম্বনি।'

'ঐ নঙোন্দ ব্রাশক্তুন হায়্রিবসিনি, ঐ মতূংদ অসুম্ন তৌররোই' ঐন হায়্রম্মী।

'ফৈ' অবোক্ল হায়্, 'ঐন থাজে নঙ্ মতূংদ নঙ্গী নমীংদ মিংদাথিব ওইগদব থবক্সি অমুক্ হন্ন তৌররোই হায়্ব।'

'নত্তে অবোক্ নত্তে, অদুম্ হায়্বীগনূ, হৌজিক্ ঐ নঙোন্দ পূম্নমক্ অচুম্-অচুম্বদুত সেংন হায়্দোক্লবনিন ঐবু হুরান্ব ওইরিবরা? ঐসে অচৌব হুরান্বগুম্ উব্রা? হায়্য়ূ অবোক্'

অবোক্ল ঐগী লেংবান্দ মখূৎন পোপ্ পোপ্ থাদুন 'নত্তে, নঙ্ হুরান্ব নত্তে, লাক্উ চৎসি ঐ অমদি নখুরাদ ফজব নুংসিরব উরোক্তূ য়েংহল্লু' মসী হায়্রদুন অবোক্ল হৌন-হৌন নোক্প হৌরক্ই।

ঐখোয় অহূম্ পোন্ লৈন্নিব মায়কৈদুদ চৎলে, খুরা অমসূং অবোক্ নোক্লি, ঐদি খল্লী, নত্তে, নত্তে ঐ কৈদৌনূংদসূ হুরান্ব নত্তে।

পাইরেক্প — খুসেন্

ভারত্

## বস্ত কোয়্ব

- বল্লিকানন্

মমীং মাগী বল্লিমান্ হায়্বনি অদুবু ময়ান্ন বল্লী হেক্ত কৌনরে। মাগী চহী শুপ্পগী নীপান্দমক্ ঙায়্রি। মাগী পূক্কীং মতম্ লৈব খিবিক্ত খঙ্জীন্নব অমসূং খছ্নব অনীংব লৈ। সান্ন-খোৎনবদ মাগী মরূপ্ কনাসূ লৈতে। মহাক্ তসেংন মতোম্ত ঙায়্। থবক্স্ করিস্ লৈতে মরম্সিন নুমিৎ চুপ্প **কোরিদোন্দ** লেপ্তুন লৈ অমসূং লম্বীদ করি থোক্লি, কনা কনা চৎলি, কনা লাক্লি হায়্বসি য়েংদুন লৈ। মহাক্কী মরূপ্ মপাঙ্ কনাসূ লৈতে। মহাক্ মতোম্তনি, সান্নবসূ করি সান্নগনি। মতোম্ত সান্নব মশান্ন করিসূ লৈতে, শুপ্পগী য়ূম্গী মাঙ্গোন্দ লেপ্তুন মপাদ করি তৌরি, অদুদ নুংঙাইথোক্ই, মসিনি মাগী থবক্। মহাক্ অনৌ-অনৌব রাফম্ খঙ্ব ঙম্মী, অনৌ অনৌব থৌদোক্সিং য়েংই। করি করিগুম্বদ খঙ্জিন্বদ থৌদোক্সিংদো অঙকপসূ ফাওব যাওই।

অমুক্থক্ মীরৈবাক্কী সিফায় অম মখোয়্গী লম্বীদ চৎলী। মহাক্ মাগী য়ূম্ মনাক্ত লাক্ই, মাবু ফাবনি খল্লী। মহাক্কী ফজরব কুচু সুম্হৎনীংঙাই ওইরব নূপা ওইবগী মতৌ মঙাল্ লৈরব মায়্থোঙ্, ফজরব ফিজোল্, মায়্কৈ খূদীংদ ফজনত উই। মহাক্কী মঙাল্ লৈন ফজরব মায়্থোঙ্দূ উবদ অঙাং খর নত্তন অহল্ফাওব কিরম্মী। করিগীনো হায়্বদ মান লাক্পদূ উবদ পূম্নমক্ক ময়ূম্দ চঙ্নখ্রে। তৌইগুম্বসূং বল্লী, মাদি কিদে। মা মখোয়্গী থোঙ্গান্দ লেপ্লি, সিফায়্দুন নক্ক লাক্কব মতম্দ বল্লী মখোঙ্ খূনীং অনী থেক্কৎলদুন থুনমক্ সিফাইগী মতৌদ সলাম্ তৌরম্মী।

সিফায়দু য়াম্ল হরাওরম্মী। মা লেপ্লম্মী। বল্লীরোম্দ য়েংদুন মোমোন্ নোক্লম্মী অমসূং মনাক্ নক্ল লাক্তুন মানসূ বল্লীদ সলাম্ 'গুদ্ মোর্নিং' হায়রম্মী। বল্লী হরাওজে, সিফায়্ মাগি লম্বীদ অদুমক্ চৎখ্রে

বল্লী হরাওবগী ওম্থৈ লৈরম্দে। মখোঙ্দুফাও লৈমায়্দ তাদবমখৈ খঙ্খি, মান ওসি অকীব, মতৌ লৈন ফজব সিফায়্ অদুগ বারী সানখি, য়ূম্লোন্ কৈরোম্নবদ চৎলম্ল পুম্নমক্ত তাক্লম্মী।



য়ুম্লোন্নবগী মীওই খূদীংন মদূগী মরম্দ নৈনব হৌরম্মী। কন্নান হায়, 'য়েংউ কয়াদ থৌনা লৈখ্রব নূপীমচানো?', অতোপ্পন হায়, 'হোয় মশক খঙ্দব সিফায়্দ ঙসি মান ব্রা হায়রুই। য়েংখি-য়েংখিবদ মদূগী নৈনব। বল্লীনদি খঙে মা হৌজিক অপীক্প অঙাঙ্ নত্ত্রে, হৌজিক মা চাউরবনি, মদুদ মাবু থাগৎনরিবসে।

বল্লীগী য়ুম্ লৈরক মচা অমদ লৈ। লৈরক্তুদ মী য়াম্ন তিন্নদে, অদূগ পুম্চীক চীক্পস্ নত্তে। বল্লীন উই লোন্নবগী মপল্স্ কৈথেল্ চৎলী। করিগুম্বদ চিদাইগী পোৎয়েন্শঙ্ মপূদো করিনো খর লৈরুরগ তপ্প-তপ্প লাক্লি। করিগুম্বদ সন্ **গারী** অদোম্দ থোক্লক্লবদি কাংখোঙ্ মখোল্ তর-চুং-চুং হায়্ন তায়্। সন্ লাবসিংগী মঙক্ত পুম্ব শরীক্ মখোল্ তায়্। করিগুম্বদ হূই অম সোম্দ চেল্লক্তুন লম্বীগী অতোপ্প মায়কৈদ চেন্খিব উই। মান চেল্লিবদু করিগুম্ব কোয়্লৈ লৈদুন মনম্ নম্মী, মখোঙ্ থাঙ্গৎলী অমসূং লম্বীগী নাকন্দ হৌরিব পাম্বীদুদ ময়ূং কাপ্সিল্লি। মদূগী তুংদ অদূম্ন অমুক্ চেল্লক্তুন হান্নগী মফম্দ অমুক্ হল্লক্ই। করিগুম্ব পোৎ কাউরম্দুন মদূ লৌব লাক্লিবগুম্। করি-করিগুম্বদ চাক্লীবস্ চৎপ উই। পোৎ হাব কাঙ্বূদি অয়াম্ব মতম্দ লাক্তুন লৈ। মসি হায়্বগী মরম্দী লম্বীদুদ মতম্ লৈব খিবিক্ত অম নৎত্রগ অমদী থোক্ই, মদুদ বল্লীগী পূক্লিং চঙ্লি। বল্লীন খ্বাইদগী য়েংব নুংঙাইজবসি **বস্**নি। খুঙ্গংদুদ *সহরফা*ও চথোক্ চৎশিনগীদমক্ত **বস্** অমখক্তনি। **বস্**সি পূং অমগী তুংদ লম্বীদুদ থোরক্ই অমুক্খক্ **সহর্** চৎলী অমসূং অমুক্ হল্লক্ই। **বস্**ত খূচৎ খূদীংদ অনৌব মীওই ঙাক্ত তোংই। চথোক্ চৎশিন্ তৌরিব **বস্**তু য়েংবদ বল্লী য়াম্ন হরাওন উই।

*বস্*কী চথোক্ চৎশিন্ তৌবদু নুমিৎ খূদিংগী য়েংবদগী বল্লিগী পূক্লীংদ **বস্** তোংদুন চৎনীংবগী অপাম্ব তপ্প-তপ্প হৌগৎলক্লি। মহাক্ত খল্লী **বস্** তোংদুন য়েংনীংই, অমুক্তং ওইরবস্। **বস্**ন চথোক্ চৎশিন্ তৌবদূ উরগ **বস্**ত তোংদুন চৎনীংবগী অপাম্বদূ অমুক্ত হেন্গৎলক্ই। মতমদুদ **বস্** লৈরক্কী মচীদ খাম্দুন মদুদগী তোংলিবসিং কূম্থরক্ই। বল্লিন মখোয়্বু মুন্ন-মুন্ন য়েংলি। তোংলিবসিংদুগী মায়্থোঙ্দূ মবূক্লিংদ উরক্ই। মখোয়্গীদমক্ খল্লী। মতম্ চূপ্পদ **বস্**কী ব্রাখল্, মদুদ তোংনীংবগী অপাম্ব করি করিগুম্বদ লৈরক্তুগী কনাগুম্বী মাগী চহী মতাঙ্গী অঙাং **বস্**ত তোংদুন **সহর্** চৎলী। হল্লক্লগ **সহর্** নৎত্রগ **বস্**কী মরম্দ কনাগুম্বদ তম্মী। মদুদ মহাক্ পূক্লিংদ কল্লক্চৈ। মবূক্লিংদ হায়জে, 'নাপল্ করিগী, মদুদস্ নাপল্ হায়্বসিগী ব্রাহছোক্ বল্লি নৎত্রগ মাগী চহী মতাঙ্দুগী মীসিংন খঙ্দে অদূবু মসিদ্দি তসেংবনি, ব্রাহৈসি অফব মীওইগিদমক্ত শিজীন্নদে।

নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে, থা কয়াসূ হৌখ্রে, বল্লি মতম্ লৈব খিবিক্ত মাগী য়ুম্লোন্নবসিংদুগ উননব হোৎনরম্মী। মখোয়্ন **সহর্**দ **বস্**ন চখোক্ চৎশিন্ তৌবসিংদো মখোয়্দ মখল্ কয়ামরুম্গী ৱাহংসিং হংলুই, **সহর্**গী মরম্দ খঙ্জীল্লি। **বস্**কী মরম্দ হংলুই। মতৌ অসূম্ন **সহর্**দগী খুঙ্গংফাওব **মাইল্** তরূক্ লাপ্ই হায়্বসি খঙ্লে। **বস্**ন নাকল্ অমগী অতোঙ্লম্ **পৈসা** কূহ্লানি। নোংমদি বল্লিন কনাগুম্বন হায়্ব তারম্মী, **বস্**কী ভারাদি খজিক্তনি, **পৈসা** কূহ্লাখক্। বল্লীন য়াম্ন ঙক্ল থোক্লম্মী। মাগিদমক্তদি **পৈসা** কূহ্লা হায়্বসি অচম্ব সেন্ফম্ নত্তে। মান খল্লী থা অমদ **পৈসা** কূহ্লা তূংসিম্ব ঙম্লবদি য়াম্ন নুংঙাইগনি। **সহর**ফাও চৎপদ **বস্**কী **মিনত্** ৪৫ চঙ্ই। মান **হিসাব্** তৌই। করিগুম্ব **বস্**ত ফম্লগ **সহর্** চৎলব অমসূং মফম্দুদ কুম্থদন **বস্ত** ফম্ন-ফম্ন অমুক্ হল্লক্প ঙমগনি। **পৈসা** কূহ্লা চৎখিবগী অমসূং **পৈসা** কূহ্লা হল্লক্পগী পূন্ন **পৈসা** হুম্ফু। করিগুম্ব নুমিৎ য়ুংবগী পূং অমদ **বস্**ত চৎলবদি পূং অনী তাগদৌব **মিনত্** ১৫ ৱাৎলিঙৈদ **সহর্**দ থুংলুগনি অমসূং হল্লক্পগী **মিনত্** ৪৫ অসূম্ন পূং অনী মখায়্দ হল্লক্কনি।

মহাক্ মতৌ অসূম্ন **হিসাব্** তৌরে, চখোক্ চৎশিনগী মতম্। অতোঙ্মল্ (ভারা) তূংশিল্লি। খল্লী করি নুমিত্ত চৎশিগে, মমৈদদি নুমিত্তু লাক্লে।

নোংমদি নুমীৎয়ুংবদ বস খুঙ্গংদগী **সহর্**দ চৎলী। অমসূং লৈরক্তগী লম্বী অচৌবদ লৈখৎকদৌরে, মরক্সিদ খোঞ্জেল্ অম তায় **'বস্ খাম্মু, বস্ খাম্মু'** **ড্রাইভর্**ন উরে অপীক্প নূপীমচা অমন লম্বীদ লেপ্তুন মখূৎ মচাদূ হাইরি।

**বস্**কী খোঙ্জেল্ তপ্থরক্ই। **কন্দক্তর্**ন বল্লীবু উরে অমসূং ঙক্ল হায়্- 'ঙসিদি অদোম্সূ চৎলে, ফরে।' **কন্দক্তর্**ন নুমিৎ খূদীংগী মাঙ্গোল্ মচীদ বল্লীন লেপ্লদু উখিবনি।

'হোয়্ ঐ **সহর্** ফাও চৎকবদনি' বল্লীন খুম্মী, 'ঐগী **পৈসা** য়াওরি।' মপান্দ লেপ্ল লেপ্ল মান **পৈসা** উৎলক্ই।

'ফৈ ফৈ হান্ন **বস্**ত কারক্উ' অসি হায়্দুন **কন্দক্তর্**ন বল্লীবু চিংখৎনব মখূৎ তিংথোরক্ই।

'ৱারুনু ঐ ইশান কারক্লে, অদোম্গী মতেঙ্ মরূ ওইদে।'

**কন্দক্তর্** ফাগি তৌগম্ব মীওইনি। মতম্ পূম্বদ নোকল্লি। 'ইহে **মেম্ সাহেব্** সাউগনু য়েংউ, খ্বাইদগী মমাঙ্ থংব **সিৎ** হাঙ্লি, মদুদ ফম্মূ, খর চৎহল্লুসে, মী পূম্নমক্ হন্দোক্উ, **মেম্ সহেব্** লাক্লি।'

নুমিৎ য়ুংব মর্তাম্ম মবম্ অসীন শুপ্পগি মী তঙ্কক্ তরেৎতমক্ তোংই, মখোয়্ লোইন বল্লীদ য়েংলক্ই। **কন্দক্তর্** গী ৱাঙাঙ্‌দুদ মখোয়্ নোক্লীংলক্ই। বল্লী খর ইকায়্খি। কনাগী মায়্কৈদস্ য়েংদন মহাক্ মমাঙ্গী সিত্তুদ চত্তুন ফম্থে।

'**মেম্ সাহে** [illegible]' নোক্লন **কন্দক্তর্** ন অমুক্সু হায়্রক্ই, মসি হায়্রগ হুইসেন্ খোংই অমসুং **গারী** ধর-ধর তৌদুন চৎপ হৌরে।

**বস্** তু তসেংনা নৌরি(হাঁল্ল), অনৌ-অনৌব মচু তৈরি, ঙৌন লংব মচু, মদূগী মপান্দ অশঙ্বব ফিবান্। **বস্** কী মনূংদসূ লূপাগুম্ লংব চৈ, বল্লীন ফল্লিবদুগী মমাঙ্‌দ **দ্রাইভর্** গী মিংসেল্ মথক্ত ফজরব ফল্লাঙ্ **ঘরী** অম য়াল্লি। ফম্নব সিৎসিংদুসূ য়াম্ন মোম্ব অমদি ফম্ব নুংঙাইব ঙাক্তনি।

বল্লী **বস্** মনূংগী পোৎ খূদীংমক্ মুম্ন য়েংলি। অদূবু মহাক্র মপান্দ য়েৎথংববোম্দ য়েংবদদি করিসূ উব ফংদে। মীহুৎকী মিংসেল্ মনূংদগী মপান্গী তাইবঙ্‌পান্দ লৈরিবদূ মা তসেংনে উব ফংদে। মহাক্র পাম্বে অম থিরে, মাগী সিত্তুদ লেপখৎলে, মিংসেল্ রাংমগী মপান্দ য়েংলম্মী।

**বস্** হৌজিক্ খোংগী নাকল্ নাকল্দ থৌরি। লম্বীদূ য়াম্ন পাক্প নত্তে, ওইথংবদ খোং, খোংদূগী য়াম্ন তাম্ন তাম্ন ৱাংল-ৱাংলব তার্ পাম্বী, সংলব লম্পাক্, চীংশাংসিং, মমৈদ সংবান্নব অতিয়া। য়েৎথংবদ লুরব খোং লৈ, মদূগী মথংদ ঈশং-সংব লেঙ্-লেঙ্ চৎলিব লৌবুক্ হেক্ উরিবমখৈ।

কয়াদ নুংঙাইজরিব য়েংখিবদ।

খঙ্হৌদন বল্লীন খোঞ্জেল্ অম তারক্ই, 'তাৱা হে অঙাং, ফম্মূ, মতৌ অসূম্ন সিত্ত লেপ্ল হৌনদে।' মহাক্র লয়্দুন য়েংই, সিত্ত ফম্থরে অমসুং মায়্কৈ মরীদ য়েংই কনানো লাউরক্খিবদো ? মহাক্র উরক্ই, অহল্ ওইরব নূপা অম, বল্লীন সিত্ত লেপ্লদুদ ৱাজরম্মী। বল্লীন মান ঙাঙ্‌লিবদূ ফন খন্দে।

'মসিদ অঙাং-নুংগী ৱা লৈতে, ঐনসূ ময়াম্গুম্ন **পৈসা** কূম্বা পীরিবনি অমসুং **তিকেৎ** লৈরিবনি' বল্লীন হায়্রম্মী।

**কন্দক্তর্**ন নূপা অদূদ অমুক্ হায়্রক্ই, 'য়েংবিয়ূ **সাহেব্**, মহাক্ পীক্লিব অঙাং নত্রে, মাদি **মেম্ সাহেব্** নি, অদোম্ন করি খম্বিবগে অপীক্প অঙাংন **পৈসা**

কুচ্ছা পীগদ্রা অমসুং **সহর্** ফাওব মথন্ত চৎকদ্রা ?'

বল্লী সাউন **কন্দক্তর্** রোম্দ য়েংলগ হায়্, 'ঐ **মেম্ সাহেব্** নত্তে, নীংশিংব্রা হৌজিক্ ফাওব নঙন ঐঙোন্দ **তিকেৎ** পীদ্রি।'

**কন্দক্তর্** ন বল্লীগী মতৌ তল্লদুন হায়্, 'হোয়্, হোয়্ নীংশিংই' অদূগ নোক্ই। **বস্** ত তোংলিব মীওই পূম্ব **কন্দক্তর্** গ লোয়্নন নোক্লম্মী। বল্লীসু মখোয়্গ লোয়্নন নোক্লম্মী।

**কন্দক্তর্**ন বল্লীগী মনাক্ত লাক্লে, **তিকেৎ** শেংলে অমসুং বল্লীদ পী' নঙন **সিত্**তুগী **তিকেৎ** লৌব নত্ত্রা ? হৌজিক্ নুংঙাইন নশাগী **সিত্**তফম্মূ।' মান হায়্।

'করিগীনো হায়্ববু......... ঐন পাম্বদি...........' বল্লীন হায়্, অমুক্ লেপ্খৎলক্ই।

' তৌইগুম্বসুং নঙন অসূম্ম লেপ্লবদি তুগনি, খূনীংথেক্ (গোলায়্) লয়্বদ, নঙোন্দ শোক্কনি, মরম্সিন ঐন নঙোন্দ ফম্লব হায়্রিবনি।'

বল্লীন সাউন হায়্রক্ই, 'ঐন হায়্রিবদুনি, ঐ অঙাং নত্ত্রে, চহী নীপান্ মপূং ফারবনি।'

'ইহে হোয়্, ঐদি কাউরুরেদন, নঙদি চহী নীপান্ সূরবনি' **বস্** খাম্মী, অনৌব মীওই কাখৎলক্ই, **কন্দক্তর্** ঙাইহাক্ মথৌ চিল্লী। মীসিং কাখৎলক্পদুদ বল্লীন করিগুম্ব মাগী **সিত্ত** ফম্খিদরা কিজরম্মী, মহাক্ মাগী **সিত্ত** ফম্থরক্ই।

মরক্সিদ হনুবী অম কারক্ই। বল্লীগী থংনব **সিত্ত** ফম্ই। **বস্** থৌরে, হনুবীন মঙোন্দ হংই, 'ঈবেম্ম নতোম্ত চৎলিব্রা ?'

বল্লীন হনুবীদো ফন খন্দে, মাগী পাক্ল-পাক্লব মনা, মদুদ মখূন্ মখূন্ লাউন হৎলী, মখূন্দুদ য়াল্লিব লৈ। হনুবীদো ক্না চারি। হনুবগী মচীম্বান্দে কাগী মচুন ঙাঙলি। বল্লীন খল্লী, 'মাগী মচীম্বান্দগী অশায়্ব ক্লাসি তারক্লনি। হুং হনুবীসিদি কনান ব্রা ঙাঙনরুদৌনো ?' মান খল্লী অদূগ তপ্প হায়্রক্ই, 'হোয়্, ঐ ইতোম্তনি, ঐন ইশাগী **তিকেৎ** কক্লবনি।'

হোয়্ ঈমা **মেম্ সাহেব্** ঙসীদি **সহর্** চৎললি, **পৈসা** কুচ্ছাগী **তিকেৎ** মপূম্ কক্লবনি। **কন্দক্তর্** ন মাগী ফম্ফম্দ ফম্ল ফম্ল হায়্রক্ই।



'নঙ্ নশাগী থবক্ তৌ' বল্লীন মসী হায়্রগ মা নোক্লম্মী অমসূং **কন্দক্তর্** সূ নোক্লক্ই তৌইগম্বসূং হনুবীদু মচীন্দগী ক্বা অশায়্বদু তারদুন হায়্রক্ই, 'অসিগুম্ব অপীক্প অঙাংন মতোম্ত চৎপ চুম্দে। নঙ্ন করি খঙ্ই, **সহর্**দ কদায়্দ চৎকনি, লৈকায়্, য়ূম্ **নম্বর্**, লৈরক্লচিংব খরদি খঙ্ব তঙায়্ফদে।'

'নঙ্ ঐগীদমক্ ব্রাবীরম্নু, ঐ লোইন খঙ্ই' মসী হায়্দুন বল্লীন মায় মিহুৎলোম্দ লয়্শিল্লক্ই অমসূং মপান্দ য়েংব হৌরক্ই।

বল্লীগী পুক্সীদ অহাম্ব **বস্** খোঙ্চৎ শেম্ সাবদ কয়াদ চেক্শিল্লিবনো? নিয়ম্ মপূং ফান শেম্ সাবদ কয়া ফজন হোৎনরিব। নোংমগী চাদিং ফংবদুদগী খজিক্ খজিক্ তূংশিন্দুন মপূং ফান থম্জিল্লিবনি। পূক্লিংদ করিগুম্ব **মিথায়্** লৈনীংলবসূ, করিগুম্বদ **বোল্**, সান্নপোৎ তৌইগুম্বসূং করিসূ লৈদে। মতৌ অসূম্ন **পৈশা** হুম্ফু তূংশিল্লিবনি। খুঙ্গংদ **মেলা** তৌবদুদ মহাক্ থৌরী হাইবী তোংনীংবনি, ফূরীৎখাউদ **পৈশা** সূ য়াওরি অদূবু মান মাগী অনীংব পূম্ব নম্থদুন **পৈশা** তূংশিম্বনি।

হৌজিক্ মাগী কোয়্নবগী **পৈশা** লৈরবদুদসূ অতোপ্প অম খল্লী, মমাদ তাক্লম্দন য়ূম্দগী করম্ন চৎকনি? মসিগীসূ পাম্বে থিরম্মী। নুমিৎ য়ুংবদ চাক্ চারগ মমা পূং ১দগী পূং ৪ ফাওব তূম্মী অমসূং মতম্সিদ মহাক্ মখোয়্গী মাঙ্গোন্দ লেল্লিবনি। করিগুম্বদ খুঙ্গংদ ঙাইহাক্ কোয়্রুরগ লাক্পসূ য়াওই, মতম্দু ঙসি **বস্** ত কোয়্বদ

শিজিন্নরিবনি।

'**বস্** থৌরি, পাক্ চাউরবা লম্পাক্ লান্দুন, করিগুম্বদ লম্বী মপান্দ অপিক্ অচৌবা খাংপোক্সু উরক্ই, পোৎয়োন্শঙ্ অম অনীসু। করিগুম্বদ মাঙ্দ লাক্লিবা **ত্রক্** উরক্ই। করিগুম্বা **বস্** নত্ত্রগ **ত্রক্** মনাক্ত চৎখিবা নত্তে, অসুম্ন খল্লী, ঐখোয়্গী **বস্** মথক্ত কাদুনা চৎখ্রি। করিগুম্বদ খোঙ্না চৎলিবা মীসু উরক্ই। মসী পুন্নমক্ উরুরগ বল্লী য়াম্ন হরাওজে। চেল্লিবা **বস্**তগী য়েংবদ উ পাম্বীগী সাংলবা পরেংদু **বস্**কী মায়্কৈদ চেল্লিবগুম্ **বস্**না মনাক্ত হেক্ য়ৌবগ নীংবা কায়্না লেপ্লি, অদুদগী মখোয় লোইনা **বস্** কী মতুংদ চেন্খিবগুম্ উরক্ই।

খঙ্হৌদনা বল্লী হরাওবগী জগোয় সারক্ই, অপিক্পা সম্বী অম মমৈ ফিরাল্ সাদুনা লম্বী ময়ায়্দ **বস্**কী মমাঙ্দ চুম্ব্রিং চেল্লি, **বস্**কী খোঙ্জেল্ খরা তপ্থে। **ড্রাইভর্** কন্না-কন্না **হোর্ন্** খোংই, তৌইগুম্বসুং **হোর্ন** খোংলিবমখৈ সম্বীদু কিরম্মী অমসুং অমুক্ত হেন্না য়াঙ্না চেল্লী **বস্**কী মমাঙ্দ চুম্ব্রিং। বল্লী হরাওরি, মহাক্ সম্বীদুনা চেম্ব উবদ হরাওনা নোক্লি। মহাক্ নোক্পদু লেপ্প নত্তে, নোক্ল- নোক্ল পি ফাও তারক্লে। 'হে **মেম্ সাহেব্** য়াম্ন নোক্লে, হয়েংগীসু খরা খাক্উ' **কন্দক্তর্**না হায়্রক্ই।

মমৈদ সম্বীদু লম্বীদগী লয়্থোক্খ্রে। মদুগী মতুংদ **রেল্গি** থোঙ্, **বস্** লেপ্লে, য়াম্ন থাপ্ন **রেল্ গারী** অম লাক্পা উরক্ই। কয়াম্ থাপ্পনো হায়্বসু অপীক্পা অমু-অমুবা খুদম্গুল্লি। তপ্প-তপ্প মদু মীৎনা উরক্ই অমসুং মনাক্ নক্শিল্লক্লগ মপুং ওইবা উরক্ই। মদুগী খোঙ্জেল্ অমসুং অরাঙ্বদু অসুক্ কল্লম্মী, অকোয়্বদু নীক্হল্লী, বল্লীনসু **বস্**তু নোম্লি খল্লী। **রেল্গারী** চৎখিবগ থোঙ্ হাংলে অমসুং **বস্** থৌরে। মদুদগী কৈথেল্ অম লৈরে, অপিক্পা, মদু মী খরদমক্ তিল্লী। **বস্** মদু লাম্থোক্লুনা অহাঙ্বা লম্বী অমদা লাক্ই। মফম্দুদসু কৈথেল্ লৈ, মদু ইহাঙ্ হাঙ্ই, অচৌ-অচৌবা পোৎয়োন্শঙ্সিং, মদুদ লৈতেংলিবা পোৎ ময়াম্, বল্লী মদু উবদ ঙক্লম্মী। কয়াদ লৈতেং-খোত্তেংলবা অরঙ্বা পোৎয়োন্শঙ্সিং, মদুদ মীওইসিংনা করি করি লৈনরিবনো, মাদি ইঙক্ ঙক্লে।

মদুগী মতুংদ **বস্** লেপ্ফম্ লৈরে। তোংলক্পা মীওই পুন্নমক্ কুম্থরে, অদুবু বল্লী, মাদি কুম্থদরে।

'হে **মেম্ সাহেব্** নঙ্ কুম্থরোইদরা?' **কন্দক্তর্**না হায়্, '**পৈশা** কুম্ভান অসিফাওবতং চৎপা য়াবনি।

বল্লীন হায়রক্ই, 'নত্তে ঐ কুম্থরোই ঐ বস্ সিদ অমুক্ হন্‌গদবনি' মহাক্ন থুনমক্ ফুরিংখাউদগী পৈশা কুল্লা অমগ লৌথোক্লে অমসুং কন্দক্তনদ পীরে।

'করিগীনো কুম্থরোইদৌরিববো ?'

'নত্তে করিসু থোইদোক্‌প লৈতে, ঐদি শুপ্পগী বস্ তোংবনি, অতোপ্প লৈতে।'

'বস্, হৌজিক্ নঙ মফম্‌সিফাও লাক্লিব, কুম্থৌদন, কোয়্-খোত্তুন য়েংউ করি-করি লৈরিব।'



'ইতোম্ত, নত্তে, নত্তে ঐ কিজে।'

বল্লীগী রাদুদ কন্দক্তনদু য়াম্ন নুংঙাইহিরি। মহাক্ন হংই, 'বস্‌ত নতোম্ত লাক্‌প মতম্‌দদি কিদব্রা ?'

'নত্তে মদুদদি করিসু কিদে' মান খুম্লক্ই।

'ফরে, ঐন নঙগী চানব করিনো খর লৈরক্লে।'

'নত্তে নত্তে ঐঙোন্দ অহেম্ব **পৈশা** য়াওদে। নঙ্ ঐঙোন্দ **তিকেৎ** পীরো, শুপ্পগী **তিকেৎ**।'

'নঙ্গী চাদিং করিস্ চৎলোই, চানব পোত্তি ঐন লৈগনি, ঐগী মায়কৈদগী।'

'নত্তে নত্তে ঐ করিস্ চানীংদে' মহাক্ন অরেপ্প ওইন হায়রক্ই।

**কন্দক্তরন** মরেঙ্ নোম্লদুন চৎখ্রে, মা মখাদ কূম্থখ্রে। বল্লী মফম্দুদ অদুম্ ফম্দুন ঙাইহৌরি। ঙাইহাক্ লৈরগ **বস্** চৎনব মতম্ ওইরে। হন্দক্তি অতোংব মী পংয়াম্ য়াম্দে।

**কন্দক্তরন্** বল্লীগী মনাক্ত লাক্লে, **তিকেৎ** পীরদুন হংই, 'নহাক্কী নমান নঙবু থিরল্লোইদরা?'

'নত্তে, ঐবু কনানস্ থিরল্লোই।'

**বস্** থৌরে হল্লক্পদস্ **দৃশ্যদুমক্**। বল্লী হন্দক্স্ অদুম্ য়েংনীংলি, লাক্পদ য়েংনীংবগুম্, তৌইগুম্বস্ং মতম্দুদ মান উরক্ই লম্বীগী মতাইদ অপিক্প সম্বী অম সিদুন তারি। অয়াঙ্ব **ত্রক্ল** থোম্ব ওইরিনি।

'মসি সম্বীদ্ নত্ত্রা? ঐখোয়গী **বস্**কী মমাঙ্দ চেম্বদো? বল্লীন **কন্দক্তরন্দ** হংই।

**কন্দক্তরন** মঙক্ নোমদুন 'হোয়্' হায়রি। বল্লী য়াম্ন ব্রারম্মী, ঙাইহাক্কী মমাঙ্দ কয়াদ ফজরল্লিব অমসুং নুংসিরল্লিব। হৌজিক্ মথ্বায় য়াওদরে, মহাক্কী ফজব পূম্ব মাঙ্খ্রে, হৌজিক্তি মদ্ অকিব অমগুম্ উরে। বল্লীগী পূক্লিংদ সম্বীগী শক্তম্ উরি, সিরব সম্বী, অকিবগী শক্তম্দ। মহাক্কী থৌনা পূম্ব মাঙ্খ্রে, হৌজিক্ মহাক্ মিহুত্তগী য়েংবগী অপাম্বদ্ মাঙ্খ্রে।

মহাক্ **সিত্ত** ফম্থরে, তসেংন নপ্শিন্দুন, নীংব কায়ন। মহাক্ খুঙ্গং য়ৌরে পুং ৩.৪৫ তারে। **বস্**কী মী পূম্ব কূম্থরে বল্লীনস্ মশা পূম্ব য়েংজরক্ই, কূম্ন-কূম্ন **কন্দক্তরন্দ** হায়রক্ই, 'ফরে ফরে অমুক্ উনসি।'

**কন্দক্তরন** নোক্তুন খুল্লি, 'ফরে **মেম্ সাহেব্**, **বস্**ত তোংনীংব লাক্লবদি চিংনদন লাক্উ অমসুং হোয়্, অতোংমল্ পুরক্প কাউগনু।'

বল্লী নোক্ই, চোংথদুন **বস্**তগী কূম্থরে। চেন্ন চেন্ন ময়ূম্দ চঙ্খ্রে

ময়ূম্দ হেক্ য়ৌবগ মমা তূম্বদগী হৌগৎপদ ঙায়্রি অমসূং য়ুম্থংনব ইন্দোন্গ য়ারী সান্নরি। ইন্দোন্দ শায়্-শায়্দুন য়া য়াম্ন ঙাঙ্বনি। করিগুম্বদস্ তূমীন্ন লৈতে। **বস্!** অমুক্তং হৌখ্রবদি লোইব নাইদে, হৌবগী য়াদনি ঙাইরিব।

বল্লীবু উরগ ইন্দোন্ন হায়্, 'নঙ্ কদায় চৎলুই' মাগী খুৎহায় অসূম্ তৌই, মান মরী-মরী হংথৈ, খুম্বগী মরু ওইদে। বল্লীন খুম্দরে, শুপ্লতগী নোক্লম্মী, ঈমা অমসূং ইন্দোন্, মখোয়্গী য়ারীদ লূপ্লম্মী।

'হোয়্,ঈচেবেম্ম, অদোম্ন চুম্ন হায়্বীরে, ঐখোয়্গী অকোয়্বসিদ অতোপ্প তাইবঙ্পান্ অমনি, মদুদ করিনো হায়্ন খঙ্ব হায়্বসি লূবনি।'

ঈমান ইন্দোন্দ হায়্রি, 'অদুদ ঐখোয়্ন কনাগুম্ব অম খঙ্লব অদূস্ মপূং ফারে হায়্ব য়াদে।'

'হোয়্ অদোম্ন হায়্রিবদূ চুম্মী' বল্লীন হায়্রুই।

'করি ? নঙ্ন হায়্খিব্রা ?' মমান বল্লীদ হংলক্ই।

'হোয়্ ঈমা ঐন হায়্রিবনি, অদোম্ন হায়্রিবদূ চুম্মী। ঐস্ মদূ য়ানীংই। তাইবঙ্পান্সিদ লৈরিবসে মসি ঐখোয়্ন মপূং ফান খঙ্ব ওম্দে' বল্লীন খুম্লম্মী।

'য়েংউ কয়াদ পিক্লিব অঙাং অদূগ ঐখোয়্গী য়ারীদ য়াওশিল্লী' মন্দোন্ন হায়্রক্ই, 'ঈবোক্লুম্নদন'।

বল্লী মপূক্লিংন্দ নোক্লি অমসূং মফমুদুদগী চৎখ্রে। মহাক্ মাগী মিনোক্তু মমা অমদি মন্দোন্দ উহল্লীংদে, করিগীনো হায়্ববু মদুদ করিস্ কান্নব লৈতে।

*শাই রেকপ - আর. কে. শঙ্কর*

ইন্দোনেসিয়া

# ইপূবোক্কী খুদোল্

- জসরান্ সখলো

থাপ্লব চীংগী লম্দ অপিক্পা খুঙ্গং অম লৈ। তোঙান্ন তাব খুঙ্গং, লন্ন-লন্ন তাব য়ুম্সিং, ঈংন চীক্ল তোঙান্ তারিব খুঙ্গং, মফম্দুদ হো-হা ফাও লাউনদে। চীংদগী তুরেল্ অম চেন্থরক্ই। মদু খুঙ্গংসিগী ময়ায় ফাওদুন চেল্লী। তুরেল্ ঈশিংদু সেংই, মদু চীং নূঙ্গায়্গী মরক্তগী লয়্দুন তারক্ই, লেপ্পগুম্ তৌদুন চেল্লক্ই। খুঙ্গংদু য়ৌরক্পদ মাগী খোঙ্জেল্ য়াঙ্শিল্লক্ই। খুঙ্গংসিদ অঙাং অম লৈ, মমীং বাকরি কৌই। অহীংগী অচীক্পদ খুঙ্গং পুম্ন তুম্নখ্রব মতম্দ তুরেল্গী ঈচেল্গী ত্রোং ত্রোং লাউবদো মহাক্ তসেংন তায়্। নুতিগী অয়ূক্ মাগী মিকপ্ থোক্পসি অতোপ্প খোঞ্জেল্ অমনি, মখোল্দু অথাপ্প তুরেল্ ৱাংমদগী য়ৈরিব খোল্। খোল্গী তুংদ মস্জিদ্ত ঙংলিব অজান্ পাবগী মখোল্। তুরেল্গী ত্রোং-ত্রোং, অয়ূক্কী খোল্ য়ৈব, মদূগী তুংদ অজান্, মসি পুম্নসি খুঙ্গংগী পুন্সিগী তোপ্প শব্দক্ অমনি।

অজান্ পাবগী মখোল্দু অতোপ্প কনাগীসূ নত্তে, বাকরিগী মপূবোক্কীনি। খুঙ্গং পুম্নদ নুতিগী অয়ূক্ত তারিব মাগী মখোল্ হৌই অমদি লূন্মী। মান অজান্ লাউবদ লৈমায়্দগী হৌন খোঞ্জেল্দু ৱাংন চৎলি। বাকরিগী মপূদো মশাগী থবক্ত চাং নাই অমসূং মাগী থবক্ত অশোয়্ব অমসূং অরাম্ব লৈতে। তৌইগুম্বসূং নোংমগী ৱানি। অয়ূক্ ওইরে, অজান্গী খোঞ্জেল্ তাদ্রে। খুঙ্গংদো ইহাঙ্ হাঙ্বগুম্ তৌরে।

বাকরি খুঙ্গংগী মতাই অমদ লৈবনি অমসূং মপূবোক্ক অতোপ্প মায়্কৈদ। ঙসিদি মহাক্ অজান্ তাদ্রে। মা য়াম্ন ৱারে, ঙসী করি তৌরে, ঈপুবোক্ করি তৌরব, মহাক্ নারব জাৎলা, নংত্রেগ করিগুম্ব থবক্ অচীম্ব লৈরম্লোইদরা ? তৌইগুম্বসূং করি

থবক্ ওইরম্‌গদগে। মহাক্ অয়ৃক্ত খ্বাইদগী ওন্ন হৌগত্তুন **নমাজ্** পাবগী হৈনবী লৈবনি। ওসি মাগী পূক্লিং নুংঙাইতে। মপূবোক্কী বাখল্ তৌই। করি তৌসিগে, অহান্বদ মপূবোক্কী মরম্‌দ থিজিন্ব নংত্রগ মস্‌জিদ্‌ত চত্তুন **নমাজ্** তৌরুগে। ফরে মস্‌জিদ্‌ত হান্ন চৎলগে। ইপূবোক্কী পাউস্ লৌরনি অমসূং **নমাজ**স্ তৌরনি।



মহাক্ মস্‌জিদ্‌ত থুংলুরে, মায়্‌কৈ মরীদ য়েংই, মপূবোক্ করিগুম্বদ উদে, পুম্নমক্ত হংই, কনাস্ খঙদে, করি তৌগনি, কদায়্‌দ চৎলগ খঙ্‌ব ঙম্‌গনি ? মহাক্ নারব্রা ? **নমাজ্** তৌব মতম্‌দ মসি পুম্নমক্ মাগী ব্রাখল্‌দ কোয়্‌দুন লৈরে।

**নমাজ্** লোইরগ থুন য়াঙ্‌ন মপূবোক্কী য়ুম্‌লোম্‌দ চৎলম্মী। খর চৎলগ খল্লক্‌ই, খূৎ হাঙ্‌ন ঈপুবোক্কী মনাক্ত চৎকদ্রা ? নত্তে খূৎ হাঙ্‌ন চৎপ য়াদে। করিনো খূদোল্‌পোৎ অমদি পুদুন চৎপ ফৈ, করি পুসিগে ? থুনমক্ খল্লগ হৈজুগা, করিগীনো হায়্‌বদ ঈপূবোক্ক হৈজুগা য়াম্ন পাম্বনি। ফরে, হৈজুগাদুম্ পুদুন চৎলগে।

অয়ূক্কী মতম্‌দি ওইরিবনি, লৈচিন্ নোংফাই থাংই। অদূ ওইদুনস্ মা হৈজুগা হৌরিব চীংদুগী মায়্‌কৈদ চৎলী,ঈংবন তৎ লাউই। অদূন মস্‌জিদ্ চক্রিঙৈদ কোৎ অচৌব অম লিৎলবনি। মান চীংগী অঙম্বদ চৎলিবমখৈ ঈংব হেন্‌গৎলক্‌ই। **কোৎকী** কুদাম্ লোইন পাক্সিল্লে, অদূ ওইদুনস্ অঈংবন মপূং ফান লাক্‌শিল্লী।

চৎন-চৎন করিনো খর খল্লী। ঙম্বমখৈ হৈজুগা খূল্লগে। ঈপূবোক্ক য়াম্ন হরাওগনি মান মদূ উবদ। মান মপূবোক্‌পু মখূৎন পীজগনি, মপূম্ মপূম্ মতোঙ্‌দূ লৌথোক্কুন পীগনি। হৈজুগা মক্, হোয়্ মকূদস্ থবক্ কান্নগনি, কম্বুদি কল্লী, মদূগী ফজ-ফজব সান্নপোৎ সাব য়াই। ঈপূবোক্ক য়াম্ন ফজব **মালা** শেম্ব হৈ। মান শেম্ব সাব **মালাদি** তাঙ্‌ন য়োম্ব য়াই। **মালা** অমদ লূপা য়াঙ্খ্রে ফাও য়োল্লি। করিগুম্বদ **মালা** পরেং চাম্ম লেংব ঙল্লবদি সেল্ য়াম্ন পায়্‌গনি। অদূগ পরেং চাম্মগিদি হৈজুগাস্ য়াম্ন চঙ্‌গনি। ঈপূবোক্ক সেল্ অদূক্ য়াম্ন পায়্‌রবদি অদূদি অৱাৎপ লৈররোই। মহাক্ মপূক্লিংদ **হিসাব্** তৌদুন লোইরে। পরেং অমদ লূপা য়াঙ্খ্রে... য়াঙ্খ্রে, চাম্ম, চাম্ম য়াঙ্খ্রে, মহাক্ মখূৎ থেক্কুন থীব হৌরক্‌ই। তৌইগুম্বসূং চমম্নরে, মহাক্ **হিসাব্** তৌবদি তম্‌দ্রি, চমম্নে, ফরে তোক্লো, ওইনীংব ওইসন্, ঈপূবোক্ক হৈজুগা মপৈ অম উবদ হরাওগনি। ঈপূবোক্ক হরাওরবদি ঐস্ হরাওগনি।

মসি খল্ল-খল্লগ মপূক্লিংদ য়াম্ন হরাওরম্মী। হুই খোংদুন চৎলী। অমুক্ ব্রাখল্‌দ অপম্ব অম লাক্‌ই, লেপ্পী অমসূং খম্ব হৌরক্‌ই। অদূবু খুঙ্গংগী অঙাংসিংন মঙোন্দগী হান্ন য়ৌরম্লবদি... অদুদি মখোয়্‌ন হৈজুগা লোইন খূল্লম্নগনি, অদূগ করিগুম্ব ইতোম্‌ত উব মখোয়্‌ন ফূরবদি...। নত্তে নত্তে মসি খন্দবন ফৈ, মহাক্ চৎখৎলী।



চীংগী মথক্ থংব লম্পাক্ য়ৌরে, হৌজিক্ হৈজুগা পাম্বীদি থাপ্লি নুমিৎসূ থোরক্লে। অতিয়াদ ঙাংলিব মঙাল্ সন্দোক্লি...। মহাক্ য়াঙ্‌ন চৎপ হৌরক্‌ই। লম্‌হুই হন্নরক্‌প উরক্‌ই, করিগীনো হায়্‌বদ নুমিৎ থোরক্লে, মখোয়্‌গী তুম্নবগী মতম্ ওইরে। মহাক্ য়াঙ্‌ন চৎপ হৌরক্‌ই। হৈজুগা পাম্বী মরক্ত য়ৌবগ নিংসা মপী হোল্লি মায়্‌কৈ মরীদ লৈদুন য়েংই, কনাসূ উদে।

পাম্বী মরুম্‌দ চঙ্‌লে, উরে হৈজুগা ঙাক্ত **চাইন** তারে। অহীংদ নোং নুংসিৎ শিংখিবনি, অদূননি ময়াম্‌সি কেল্লিব। হরাও-হরাওন হৈজুগা খন্ন হৌরক্‌ই। মাগী **কোৎ**কী ফূরিংখাউদু থল্লে, খোৎকী ফূরিংখাউসূ চাউই। '**কোৎ** শেগায়রবসূ মদূ শেম্‌গনি' মান খল্লী।

খঙ্‌হৌদন লাঙ্‌ব তারক্লম্মী। মী খর লাক্‌পগী মখোন্নি। শোয়্‌দন খুন্‌গী অতোপ্প অঙাংসিং ওইরিনি। মহাক্ পূক্লিংদ কিরক্‌ই, 'মখোয়্ শোয়্‌দন সাউনীংগনি, করিগীনো হায়্‌বদ মখোয়্ য়াওদন ঐন অঙক্লদ লাক্লে, করিগুম্বদ মখোয়্‌ন হৈজুগা পুম্নমক্ মুল্লবদি... ? করিগুম্ব ঐবু ফুরবদি... ? মখোয়্‌ন ঐবুসূ মিহৌ চাউবনি হায়্‌গনি।' মখোয়্ য়ৌরক্লিঙৈদ মহাক্ চংনীংলম্মী, তূমিন্ন চংখিব পাম্মী।

মহাক্ মোংশোং অমদ লোৎলে, মায়্‌কৈ মরীদ কোয়্‌ন কূপ্‌শিল্লি, মপূক্লিংদ কিরক্‌ই, হন্ন-হন্ন খুদাগী মিং সোল্লক্‌ই।

'ঐবু কনাসূ উখিদনব' মসী খন্দুন মহাক্ তূমিন্ন নিংসা হোম্বগী মখোল্‌ফাও তাদনব। মান লোৎলিব মোংশোংদূ কারক্‌প মীনদি উব য়াই। মহাক্ল উরক্‌ই, অঙাং মঙানী, মখোয়্ মফমদু য়ৌরক্লে, পূম্নমক্ খুন্‌গী অঙাং ঙাক্তনি,মঙোন্দগী হেন্ন চাউব।

অঙাং মঙাদুন কোয়্‌রৈ লয়্‌দুন য়েংব হৌরক্‌ই, নুংসা থিন অমন অমদ হংনরক্‌ই, 'ঐখোয়্ য়াম্ন থেঙ্‌খ্রবরা ?'

অতোপ্পন হায়্, 'হৈজুগা অমত্ত লৈমায়্‌দ তাদে।'

'লাইবক্ থীব হায়্‌বদুনি,অসূক্ থাপ্ন লাক্লে অদূগ **ফল্** তাদ্রে' অহূম্ সুবদুন হায়্‌রক্‌ই।

'কনানো অম ঐখোয়্‌গী মমাঙ্‌দ থুংলখ্রে' পূম্নমক্তগী মশা ফবদুন হায়্‌রক্‌ই।

খঙ্‌হৌদন পূম্নমক্ল খঙ্‌নরক্‌ই, শোয়্‌দন বাকরি মফম্‌সিদ লাক্লল্লগনি। মাদি খ্বাইদগী ঙন্ন হৌগৎপনি।

অঙাং অমন হায়্,'মহাক্ নুতিগী অয়ূক্ত মস্‌জিদ্ চংপনি, **নমাজ্** তৌবনি।'

বাকরি মোংশোংদ লোত্তুন পূম্নমক্ তারি। মপূক্লিংদ কিবসূ হেন্‌গৎলক্‌ই, কিরিবমখৈ খুদাবু নীংশিংলি, 'হে অল্লা তালা ঐগী থব্বায়্ কম্বিয়ূ।'

অঙাং মঙাদো ব্বারম্মী, করি তৌগনি ? মতম্‌দুদ নাপী মরক্ত লিল্লাদ তারিব খোঙ্গুল্‌দো উরক্‌ই। অমন লাউরক্‌ই, 'য়েংউ, য়েংউ, বাকরিগী খোঙ্গুল্, মহাক্ল হৈজুগা লোইন খূন্‌খ্রবনি।'

অতোপ্পন হায়্‌রক্‌ই, 'থুন চৎলূ, হৌজিক্ ঐখোয়্‌ন মাবু ফাব ফংগনি, লম্বীদ চৎলমখিনি, মঙোন্দগী হৈজুগা মুন্সি।'

মশা ফব অঙাংদু খর খল্লী, ঙাইহাক্ খল্লগ হায়রক্‌ই, 'নত্তে মদূ অচুম্ব নত্তে, ঈংবন চিংসিল্লিব অঙম্ব অয়ূক্ত হৌগত্তুন মস্‌জিদ্ চৎপ, মদুদগী অমুক্ থাপ্ন লাক্‌প, মসি পূম্ব মান তৌরিবনি। ঐখোয়্ পূম্নমক্ নুংঙাইন ফমূংদ তূমদুন লৈরে, হৌগৎলগ তন্ন-তন্ন মফম্‌সি য়ৌরক্লিবনি। মরম্‌সিন হৈজুগাদুদ মাগী হক্ লৈ, ঐখোয়্‌গী নত্তে, করিগুম্ব হৈজুগা পান্নবদি অয়ূক্ ঙন্ন হৌগৎপ তাই। ব্না অমন ঐখোয়্‌ন ঙন্ন হৌগত্তুন মস্‌জিদ্‌ত চৎকদবনি, **নমাজ**দ য়াওশিন্নব।'

মসি তাবদ অঙাং পূম্নমক্কী মায়্‌থোঙ্ মক্‌শিল্লে, পূম্নমক্ক মান হায়্‌রিবদূ অচুম্বনি হায়্‌ব খঙ্ই। করিগুম্ব তন্দ্রবদি মখোয়্ হৈজুগা ফংগদবনি। পূম্নমক্ক তূমিন্ন ময়ূম্ মায়্‌কৈদ চৎপ হৌরক্‌ই।



মোংশোংদ লোৎলিব বাকরি পূম্নমক্ তূমিন্ন তারি, মখোয়্ হন্‌খিবদূ উরক্‌ই, মহাক্কী পূক্লিং পেত্থরক্‌ই। মপূক্লিংদ খুদাবু খুরুম্‌জরক্‌ই, মাগী থৱায় কন্থিরবনি। করিগুম্ব অঙাংসিংন মাবু উরম্লব মহাক্ তোইরম্‌গনি। মহাক্কি ব্রাখল্ মক্‌শিল্লব অঙাংসিংদুগী মায়্‌থোঙ্‌দ তারুরে।



কয়া নুংঙাইত্রবনো মখোয় পূম্ব। হৈজুগা অমফাও ফংদরে, খঙহৌদন মহাক্র লাউরক্‌ই, মখোয়বু কৌরদুন, 'ঙাইখো, ঙাইখো' অসি হায়দুন মখোয়রোম্দ চেল্লম্মী।

অঙাং পূম্ব লেপ্লে, ঙক্র য়েংই, 'মসি কদায়দগী থোরক্লিবনো, মথক্ত চীংথক্তদি লৈহৌদে'। বাকরি মনাক্ত থুংলরে, নিংসা মপি হোন্ন-হোন্ন হায়রক্‌ই, 'ঐবু ঙাক্‌পিয়ু ঙসিদি ঐন হৈজুগা পূম্ব খূল্লবনি। লৌরো খর খর নখোয়সূ। ঐখোয় লোইন মরূপ ঙাক্তনিন য়েন্নরসি।' পূম্নমক্র মিপাইরে, 'করিনো, করম্ন', খ্বাইদগী চাউব অঙাংদুন হায়, 'নত্তে নত্তে, থাগৎচরি, বাকরি, নঙ খ্বাইদগী ঙন্ন হৌগৎলি, মফম্‌সিদ

থুংলরে, হৈজুগা খূল্লে, মসি পূন্নমক্ত নঙ্গী হক্কি।'

'পঙ্গনু' বাকরীন মহাক্কী মখূৎ পায়দূন হায়, 'ঐ তসেংন হায়রিবসিনি, হৈজুগা খর লৌরো, ঐ হায়গে, অসূম্ন করিগী তৌরিবনো হায়বদো। ঙসি ঈপূবোক্ক নমাজ পাদরে, মহাক্ মসজিদ্ লাক্ত্রে, ঐন মাগ উনব চৎকে খল্লী, মদুদ হৈজুগা খর পুদুন চৎকে, তসেংন নারম্বসূ য়াই, হৈজুগা উবদ হরাওগনি, বস্, ঐ মঙোন্দ ঐগী শরুক্সি পীরগে। অরেম্বসি নখোয় লৌরো''

অঙাং অমন হায়, 'হোয়, ঙসি অয়ূক্ নখোয় ঈপূদো কনাগুম্বগ ব্বারী সান্নহৌই মহাক্ লোক্ থুংলে। ফবদ মতম্ চঙ্গনি অদূগ মসজিদ্ চৎকনি।'

অঙাং অচৌবদুন হায়, 'ঐখোয় অসূম্ তৌরদি, বাকরীগী হৈজুগা য়েঙ্খোক্করসি, অদূগ ঈপূবোক্কী মনাক্ত চৎলসি অমসূং হৈজুগা পূন্নমক্ মঙোন্দ পীরসি। মহাক্ খুন ফরবদি ঐখোয় মাগী নুংসিব খোঞ্জেন্ন লাউব অজান্ অমূক্ হন্ন তাব ফংলগনি, পূন্নমক্ হরাওরে। অমন অমগী মরেংবান্দ কোল্লদুন চৎলম্মী নুমিৎ হৌজিক্ চীংথক্ত ঙাল্লক্লে।

*শাই রেকপ — ওওসমন্ এফেন্দী*



ইরান্

# কবি অমসূং নুমিৎ

— সাইরস্ তহবাজ্

অঙাংসি নুমিৎপু য়াম্ন পাম্মী, পোৎ পুন্নমক্তগী হেন্ন নুমিৎকী মঙাল্ মহাক্ যেংব ঙম্মী, তাব ঙম্মী, ঈশৈশু সংবান্নব মচু লাক্ই, উসিংসূ ঈশং শংই, নূং নূংজাওসিংদ অঙৌব মতৌ লাক্ই। পোৎ খূদিংদ মশাগী মচুদ মচু শঙ্লক্ই, নুমিৎকী মঙাল্দ মফম্ পুন্নমক্ অনৌব তত্তন লাক্লিবগুম্ মহাক্কী মরূপ্ য়েন্বান অয়ুক্ অঙন্বদ খোংবদ মী পুন্নমক্ তাদূন হৌগৎলী। য়াউ অমসূং উচেক্সিংসূ মহাক্ত খোংব তারগ নোংমদুম হৌরিবনি। মাগী অতোপ্প মরূপ্ থেবসূ খোংবদূ তারগ হৌগৎলি, মনা অনীদূ হাইরদুন উমংগী মায়কৈদ চৎখি। অঙাংদূসূ থেববু য়েংব ওইন মাঙ্দ হাইগৎন চৎলি, লম্বীদ লেপ্ লেপ্তুন মাগী ফোঙ্ ফোঙ্ সারিব খূৎতুন নাম্লী।

অঙাংদূ উচেক্সিংদ পুক্লিং য়াম্ন চঙ্ই। মঙোন্দ মখোয়্গী অয়ুক্ অঙন্বদ হৌদোক্পগী চী চী খোংবসে য়াম্ন নুংঙাইজে, উচেক্ত অতিয়াদ পাইব, মদূ উরগ নুংঙাইজে, নুমিৎকী মঙাল্দ উচেক্সিংগী মচু কয়াগী মশান মহাক্ শুম্হৎলি।

তৌইগুম্বসূং পুন্নমক্সিগী খ্বাইদগী হেন্বদি নুমীৎনি নুমিৎ তাখিবগ য়েন্বা মাগী মকোন্দ হল্লক্ই। থেবন মাগী সাংলব মনাদূ থেক্থরক্ই অমসূং মমিৎ উইসিল্লক্ই। অহীংগী লঙ্জাসূ হল্লক্ই, অতোপ্প উচেক্সিং কিদুন ঈশৈ শক্তে।

নুমিৎ তাখিবগ মফম্ পুম্ব মম্খি, মালেম্সূ মুশিন্ মুন সন্দোক্খি। মফম্ পুন্নমক্ পুম্মম্ মম্খি, শুক্-শুক্ন মম্খি। অঙাংদূ অমম্বসি তসেংন পাম্জদে। মহাক্কী মিত্ত অমম্বমচু অমত্তসূ উব ফংদে।

মাগী মনাকোংদ ঈশৈ অমত্তসু তাব ফংদে মরম্সিন মাসু তূম্থখি।

অহীং অম মান মঙ্ মঙ্লম্মী, মা চাউরে হায়্ন তৌই, হৌজিক্ মহাক্ ৱাংলব চীংসিংদ কারি, অনক্প চীংসিদ কারগে হায়্ন মান লেপ্লে, নুমিৎসি মখূৎমক্ত ফারগে অমসূং মথূমদ পুন্নগে অদূদগিদি কৈদৌনূংদসু মল্লরোই।

মথঙ্গী নুমিত্ত অয়ূক্ ওইরে, য়েন্বান হৌজিক্ খোংবদ ঙায়্রি, অঙাংদূ য়ূম্দগী থোরক্ই। থেবন মমিৎ পাঙ্থোল্লক্পদদি মা চৎলম্লে।

'ঐদি খঙ্হৌদে, মা কদায়্ চৎলিব' য়েন্বান থেবদ হায়্, তৌইগুম্বসূং মা মায়্কৈ সোম্দ চৎখি অমসূং মান চীংলোম্দ চৎখিব লম্বীদুদ খূদম্ তৌই।

থেবন হায়্, 'ঐখোয়সু মাগী মতূং ইন্দুন চৎলসি, মাবু মতোম্ত থাদোক্প ফত্তে।

থেব চেল্লে, চেন্ন চেন্ন চৎলে। য়েন্বাসু জগোয়্ সাই, চোংই, মাগী মতূং ইন্ন চেল্লী করিগীনো হায়্ববু মা তুংদ লৈহৌদনব। অঙাংদূ চীংগী মতোন্দ থুংম্লে, মতম্দু ফাওবদ য়েন্বা অমসূং থেবসু মাগী মনাক্ত য়ৌরে। অঙাংদুন মাগী মরূপসিংদুবু মনাক্ত উবদ হরাওই। মহাক্ লেপ্লে, থেববু নুংসিন নাম্বিরম্মী। য়েন্বাগী মায়্কৈদ মখূৎ হাইদুন মাগী নুংসিবদূ উৎলী।

অঙাংদো মতোম্ত নত্রে খঙ্বদ হরাওজৈ। চীংদি ফন ৱাংই। মহাক্ত য়াঙ্ন য়াঙ্ন কাব হৌরক্ই মান য়ৌদ্রিঙৈদ নুমিৎন হান্ন লাপ্থোক্খিগদ্রা হায়্ন গিপাইজৈ।

থেবন লম্বী খঙ্ই। মাগী অকম্ব মখোঙ্ন মা ফন ৱাংবদগী চোংব ঙম্মী। করিগুম্বদ অৱাঙ্ব চীং অম কাব ঙম্মী। তৌইগুম্বসূং অদূ ওইদুনসু তপ্ন-তপ্ন চৎলী, করিগীনো হায়্বদ অঙাংদুগ লোয়্নন চৎপ ঙম্লব।

চীংদূ তসেংন ফজরব কূংলব উমং অমগী মায়্কৈদনি। করিগুম্বদ চাউর-চাউরব নূংজাওসিং লৈ, করিগুম্বদ ৱাংল-ৱাংলব উ পাম্বীসিং। সোম্দ অপিক্-অপিক্প মোংশোং, অদূগ অসোম্দ ৱাংল-ৱাংলব নাপী, করিগুম্বদ ঈশিং খোং করিগুম্বদ অশঙ্ব লৈমায়্।

মায়্কৈ মরীদ ইশঙ্ সংই। করিগুম্বদ মচু অৱাওব, করিগুম্বদ অয়াক্প, অনৌব মনাসিংগী মচুন তোঙান্ন লংলি অদূগ নোংন চাম্থোক্খ্রব উনাসিংগীন তোঙান্ন ফজরি।

মফম্‌সিদ অতোপ্প মচুসূ য়াওরি, অঙাঙ্‌ব, কোল্লা মচু, নাপু, সংবান্নব, জামুন্‌, হীগোক্‌ অমসূং অতৈ অতৈ খঙ্‌দব মচু কয়াগী লৈ শাংলি। মখল্‌-মখল্‌গী উ পাম্বী, করিগুম্‌বদ অপিক্‌প. অনেম্ব, করিগুম্বদ চাউ সাংলব মোংশোংসূ অসূম্ন করিগুম্বদ পান, করিগুম্বদ য়াম্ন কূংন।

অঙাংঙ্গুন মচু কয়ামরুম্বু শকখঙ্‌লিব অমদি খঙ্‌দব মচু পূম্নমক্‌ লৈ। অঙাংঙ্গুন মসিমসূ খঙ্‌ই, মফমদুদ নুমিৎ থোক্‌ই, চীংগী মতোপ্প মদূ ঙাইরিবনি।

অঙৌব থেবদু অঙাংগী মাঙ্‌দ চেল্লী, অঙাংসূ চৎলি অদূবু মাগী ব্রাখল্‌দদি থেবন চেল্লিব অমসূং উচেক্‌সিংন চীং-চীং খোংলিব অদূদ হেন্ন থল্লি। মা মদুদ ঙাওরিবগে হায়বদূ করম্ব মতমদ চীংদোপ্প থুংলুবগে খঙ্‌দে। খঙ্‌হৌদন মান উরক্‌ই, লম্বী লোইরে। মফমদুদ মোংশোং লৈতে,উসূ হৌদে। মায়কৈ মরীদ সাংলব অশঙ্‌ব নাপী নত্তন অতৈ করিসূ লৈতে। মাগী মরূপ্‌ অঙৌব থেব নাপীদুন সান্নরি।

অঙাংদু মদুদ লেপ্লে,মান অতিয়াদ য়েংই, অতিয়াদ মান নুমিৎ উই। মান লৈদুন লাক্‌খিব লম্বীদ য়েংলম্মী। মদুদ উরক্‌ই উ পাম্বী, মোংশোং, নূংজাউ, তৌইগুম্বসূং মদূ পূম্বদগী তোপ্প চীংগী লৈমায়দ সংলব অপিক্‌প ব্রাউথাংনব মচুগি পরীংসিংদু করিসূ নত্তে মাগী খুঙ্গংগী য়ূম্‌ পরেংনী। য়ূম্‌ পূম্নমক্‌ মসেল্‌ মরাংব, ব্রাউথাংনব পরীংগুম্‌ উই।

লয়্দুন মা মাঙ্‌দ চৎখৎলী। অব্রাঙ্‌-অব্রাঙ্‌ব নাপীদগী থোরক্তুন চীংদোপ্প থুংলরে। মফমদু য়ৌবগ মহাক্‌ লেপ্লে, মখাদ য়েংই, অতোপ্প মায়কৈদ।

মায়কৈদুদসূ উ পাম্বী হৌই, মোংশোং অমসূং নূংজাও লৈ। মখাদ অরোয়্‌ব অথাপ্পদ য়ূম্‌সিংগী ব্রাউথাংনব পরীং লৈ। চীংগী অতোপ্প নাকপ্প খুন্‌ অমসূং মদূসূ মাগী খুঙ্গংগুম্মি।

তৌইগুম্বসূং নূমিত্তুদি মাদি লৈতে, মসিদ চীংগী চীংদোপ্প। মা মফমদুদ নাপী মথক্ত ফমথরে। খম্ব হৌরক্‌ই, মানন মশা মতোম্‌ত হায়জে, 'নুমিৎ মসিদ লৈতে, মা করিগুম্বদসূ মফম্‌সিদ লৈতে, নুমিৎ য়াম্ন চাউই, য়াম্ন চাউই, করিগুম্ব চীং অমদগীসূ হেন্ন, ঐগীদমক্‌ মঙোপ্প মতম্‌ লৈতে, মঙোপ্প কনাগীসূ মতম্‌ লৈতে।' মহাক্‌ নাপী মথক্ত হীপ্‌থখ্রে। থেব মনাক্ত লেপ্লি, মমিত্তু মখূৎকী খূৎশাসিংদুন খুম্‌জিল্লি। মদূগী মতূংদ মখূৎ খূৎশাসিংদুগী মরক্ত অপিক্‌-অপিক্‌প মখূন্‌ শেমদুন মখূন্‌সিংদুদ য়েংলগ অতিয়াদ নুমিৎকী মায়কৈদ য়েংই। মতৌসু অসূম্ন মান খল্লী, নুমিৎ মাগী মনাক্ত লৈ,

তসেংন মনাক্ত, মখূৎকী খূৎশাদ। হৌজিক্ মান মমিত্ত মচু খূদিংমক্ উব ফংই। মান হৌজিক্ ফাওব উরিব। মান উরে নুমিৎ ঙাঙ্ই।

মান উরে নুমিৎ নাপু মচুনি।

মান উরে, নুমিৎ সংই, পাম্বীগী মচুগুম্, মদূগী উনাগুম্, লৌবুক্ত হৌরিব নাপীগী মচুগুম্।

মান উরে নুমিত্ত মচু খূদিংমক্ লৈ।

পোৎ কয়ামক্নম্গী মঙোন্দ লৌসিং লৈরিবদুগুম্ নুমিত্তসূ লৈ। মান নুমিৎক ৱারী সাই, নুমিৎনসূ মঙোন্দ হায়্ব তায়্,

'ঐ মফম্ পূম্নমক্ত লৈ।'

মফম্ পূম্ব পোৎসিংগ লোয়্নন।

মীওই পূম্নক লোয়্নন অমম্ব পূম্নমকীদমক্।

ঐবু নুংসিব মীদূ

মান পূম্নমক্পু নুংসি।

ঐগী ৱারী সারিব মহাক্তু

মহাক্ পূম্নমক্ক ৱারী সাই।'

অঙাংদু করিসূ হায়্দে, নুংিন পূম্নমক্ হায়্রি।ম

মহাক্ল উরে নুমিৎ মাগী খূৎশাসিংগী মরক্তগী মাঙ্দ হাইগৎপ্রে, তপ্ন-তপ্ন মাঙ্দ হাইগৎখ্রে, মাগী মায়্ ফাও লাক্ই অমসূং মনঙ্গন্দ মথবাক্ত অশাব ফাওরক্ই। অশাবদূ মাগী হক্চাঙ্গী শরূক্ খূদিংদ সন্দোক্খি।

অঙাংদুন মমিত্তগী মখূৎ হাইদোক্তুন লেপ্খৎলক্ই। থেবন অমুক্ হন্ন লম্বীদুদ চেন্ব হৌরক্ই, মান লাক্খিবদুদ । থেব য়াঙ্ন চেল্লী অমসূং চেন্খিদুন নূংজাওদুদ থুংলুরে,মদুদ য়েম্বান ঙাইরিবনি।

থেবন হায়্, নুমিৎন অঙাংসিদ ৱারী সাই।' তুন্দ থেবন ৱাদূ অতোপ্প থেবসিংদ তাক্লুনব চেন্খ্রে।

য়েম্বান মশা ফন্দোক্ই, মকোক্ হাইগৎলী অমসূং অৱাঙ্ব সৈহেক্তে খোংব হৌরক্ই অদূগ মান ঙম্ব থাক্ত হৌন খোংই।

য়েম্বান ঈশৈ শক্তুন উচেক্ পূম্নক্ত হায়্, 'নুমিৎন অঙাংগ ৱারী সাই, নুমিৎন অঙাঙ্গ ৱারী সাই।

উ পাম্বী পূম্নকমক্ল খোঞ্জেল্সি তায়্, নাপী পূম্বনসূ।

উ পাম্বী পূম্বন উচেক্‌সিংদ হায়্।

উচেক্ পূম্বন নুংজাওসিংদ হায়্

নূংজাওসিংন চেল্লিব ঈশিংদ হায়্।

ঈচেন্দুন মালেম্‌দ হায়্।

মদুগী তুংদ অঙাংদু চীংদগী ময়ূম্‌দ চৎলে।

নাপীসিংন মাগিদমক্ লম্বী শেল্লে।

উ পাম্বীসিংন মাবু তরাম্ন ওক্লম্মী, মসাসিং হাইদুন।

উচেক্‌সিংন মাবু তরাম্ন ওক্লম্মী ঈশৈ শক্লুন ।

হৌজিক্ মহাক্ উচেক্‌সিংগী, উ পাম্বীসিংগী, নূংজাওসিংগী, নুংশিৎ, পূম্নমকী লোল্ খঙ্লক্‌ই।

মহাক্ চাউরে মী অম ওইরে, অমসূং মপা ওইরে, মান উচেক্‌সিংগী চীংদুবু উপাম্বীসিংগী খোঞ্জেল্‌দুবু, নূং-নূংজাওসিংগী ওস্বদুবু, ঈশিং ঈচেল্‌গী ত্রোং-ত্রোং লাউব সৈরোল্‌দুবু সৈহেক্ পান্দদুন পূল্সিল্লে, মদূ পূম্নমক্ ইসিল্লে। মহাক্ন মাগী থবক্‌সি পূম্নমক্ত উখোক্লে, ঈশিং, উ পাম্বী, নূং অমসূং উচেক্‌সিংগী লোন্, সৈরেংগী লোন্ ওইরে, মসি মীওইবগী লোন্‌সূ ওইরে।

ঐন মাগী সৈরেংসিংসি পাবূংদগী তাব ফংই। ঐন অমুক্ মদূ ঈচানূপাদ পাদুন তাহল্লী। অদূগুম্ব সৈরেংসিংদুদগী সৈরেং অম মসিদ ইরি, সৈরেংদূ চহী কয়ামরূম্‌গী মমাঙ্‌দ নোংম চীংথক্তগী মান পুরক্‌খিবনি -

থাপ্ন তুরেল্ মপান্দ কোয়্‌রি থেঙ্গু অম

অশাব নুমিৎসিংদ হীপ্‌থৈ

নুসা য়াইদুন অহল্ ওইরব থেঙ্গু তূল্লি।

ঈংন তুরেল্‌গী মপান্দ থাপ্ন

তুরেল্ মপান্দুদ ঐদি ইতোম্ত

থম্মোয়্‌দ মঙ্‌লান্ কয়া পুদুন

নুমিৎক উননবগী অপাম্ব

তৌইগুম্বসূং,

করিগুম্ব মীৎকূপ্ অমগীদমক্‌সূ

মিৎচান্নব ওমজদে

ঐগী নুমিৎন মায়রৈনখ্রে

ঐঙোন্দগী মায়রৈদুন থাপ্ল

থাপ্ল ঈশিংদ

তৌইগুম্বসূং ঐঙোন্দগী মফম্ পূন্নমক্ত সন্দেক্খ্রে

ঐগী অপম্বসিং

ঐগী অথুবসি

ঐগী নুমিৎ মতোম্ত নত্তে

থাপ্ল, তুরেল্ মপান্দ।

পাই রেকপ — নিকউদ নৌতুমী

জাপান্

# লম্‌হুয়্‌গী মচা

— নবকিশোর নীমী (১৯১৩-৪৩)

অঙাং তরেৎ থাবল্ ফরব অহীংদ খুঙ্গংগী লম্বী মতাই-মতাইদ চৎলি। মখোয়্‌গী মনূংদ খরদি অপিক্‌প অঙাংনি। চহী মখায়্‌মুক্ত ঙায়্‌রি মহৈশঙ চৎপ হৌব অদূগ খরন মখোয়্‌দগী চাউব হেল্লি। মখোয়্ পূম্নমক্ মনাক্ নক্‌প সহরদ, মফমদুদ লাইশঙ অমদ অহীংদ চাউরব কূম্মৈ অম তৌগদৌরি। সহরদু মখোয়্‌গী খুঙ্গংদগী চাউরাক্ল মাইলমুক্ থাপ্‌ই।

থাজন থাপ্ন অতিয়াদ ঙাল্লি। মপূং ফারব থাবল্‌দ লৈমায়্‌দ তারিব অঙাংসিংগী মমিদূ য়াম্ন নেম্মী। মপূং ফারব থাবল্‌দ মশাগী মমি উবদ হৃরাওজরি। মমিদুদ মকোক্ল ইচাও-চাউন অমদি মখোঙ্‌ন পিশক্ পীক্ল উরি। মখোয়্ লোইন নোক্লি। খরন মাঙ্‌দ হাইগৎন চৎলগ মশাগী মমিদূ মশক্ হোংলক্লব হোৎনরি। থাবল্ ফরব অহীংদ অঙাংসিংন অঙক্‌প অমদি তোঙাম্ব ৱাখল্ তৌই।

লম্বী মফমদুদগী অপিক্‌প চীং মরক্ত থোক্‌ল্লি, মদুদগী খর মখাদ কূম্‌থৈ, চীং ময়া হেক্ য়ৌবদ মখোয়্‌ন য়েন্নীংথাগী অহীংসিদ অঙৈংব নুংসিব তপ্পপ্ন তৌদ্রিগী সৈহেক্ তারক্‌ই। খোঞ্জেল্‌সি কূম্মৈ অমদগী লাক্লিবনি। মসি তারগ মখোয়্‌গী খোঙ্‌চৎ য়াঙ্‌শিল্লক্‌ই। মখোয়্‌গী মরক্তগী অপিক্‌প অঙাং অমদি তুংদ লৈহৌরে।

'থুন লাউ, বনরোকু, থুন' মখোয়্‌ন লাউরক্‌ই।

বনরোকু কৌব অঙাংসি তসেংবদি অঙাং অতৈদুগ লোয়্‌নন চৎপ ঙম্নব হোৎনজবনী। থাবল্‌গী মঙাল্‌দুদস্ তসেংন উরক্‌ই, ফজরব মশা পাব, অপিক্‌প অঙাংদুগী কোয়্‌রাওনব মমিৎ।

'ঐসূ ঙম্বমখৈ য়াঙ্‌ন চৎলিবনি' মান মিপাইব খোঞ্জেল্‌দ পাউখুম্লক্‌ই'

তৌইগুম্বসূং ফিনাৎসে উন খুনীং তোপ্প ফিনাৎ, মসি ঐগী নত্তে ঈমাগিনি ।'

অসেংবসূ মাগী পিক্লব অপাব মখোঙ্দুদ পিক্ল-পিক্লব খোঙ্শাদুদ অচৌব ফিনাত্তু অঙকপ ফাওরি ।

সম্বন্দ হেক্ থুংলুবগ মখোয় ইহান্ হান্ন অচৌব খোঙ্উপ্কী পোৎয়োন্শঙ্দ চঙ্লম্মী । বনরোকুগী মমান মচানূপাগিদমক্ অনৌব ফিনাৎ অমগীদমক্ত হায়্রক্ই হায়্রে ।

য়োসিনোরি, মখোয় পূম্বদগী খর চাউবদুন বনরোকুগী মরেংবান্দ কোল্লদুন পোৎয়োন্শঙ্গী নূপীদুদ হায়, 'য়েংঙউ ইবেম্বোক্, মসি সিরোকুগী মচানূপানি, সিরোকু তিন্গী থবক্ তৌবনি । মাগী ফিনাৎ পূংবা অম মখোঙ্দ চাব ,মমান হায়্রক্ই, ফিনাত্তুগী সেল্ কোন্ন পীগনি ।'

অতোপ্প অঙাংসিংদুন বনরোকুবু মমাঙ্ ইন্খত্তুন মশক্ য়েংহল্লী, পোৎয়োন্শঙ্গী নূপীদুদ । তিন্গী থবক্ তৌব নূপাদুগী মচানূপাদু মাগী মমাঙ্দ তূমীন্ন লেপ্লি,মাগী কোয়্রাওনব মমিত্তু অমুক্ কূপ্লি ।

নূপীদুন নোক্তুন উপুদগী খোঙ্উপ্ পূংবা খর পুথোরক্ই । বনরোকুগী মখোঙ্দ চাব য়েংনব । য়োসিনোরিন বনরোকুগী মপাগুম্ মখাদ ফম্থরগ ফিনাৎ অমমমদু মখোঙ্দ উপ্শিন্দুন চাত্রা য়েংব হৌরক্ই । বনরোকু ঈংন তূমীন্ন লেপ্লি । তিন্গী থবক্ শুব নূপাদুগী অমত্ত পোক্চব মচা ওইদুন তোনাল্লব অঙাঙ্নি । মশাগী থবক্ অতোপ্পবু তৌহন্বগী হৈনবী লৈরবনি ।

মমৈদ পূংবা অম খল্লে । বনরোকু ফিনাত্তু হেক্ তোংসিন্বগ, পোৎয়োন্শঙ্দুদ য়াম্ন হনুবী,মখ্বাঙ্ কোল্লবী অম লাক্ই । বনরোকু অমদি মাগী অনৌব ফিনাৎ পূংবাদুদ য়েংলগ মুরুম্-মুরুম্ সোল্লক্ই । মশা মতোম্ত ঙাঙ্বগুম্ নৎত্রগ অঙাংসিংদুদ হায়্রক্ই, 'ঈচানূপা নঙ্ কনাগী মচানো হায়্বদি ঐ খঙ্দে তৌইগুম্বসূং অথেঙ্ব অহীংসিদ অহন্ব ফিনাৎ পূংবা তোংদুন চৎলবদি লম্হুইন নঙ্বু খূদুম্ চন্গনি ।'

মীকুপ্ অমগিদমক্পূম্চীক্ চীক্খি । অঙাংসিংদুন য়াম্ন কিন হনুবীদুদ য়েংলক্ই । মতম্দুদ য়োসিনোরিন লাউন হায়্রক্ই, 'নত্তে নত্তে অসিগুম্ব ৱাফম্ লৈতে ।

'মসিদি শুপ্নগী অমম্ থাজবগী ৱানি' অতোপ্প অমন হায়্রক্ই ।

পূম্নমক্ত য়ানীংন মঙক্ হাইরম্মী তৌইগুম্বসূং মখোয়্গী মায়্থোঙ্দি মিপাইব, অকিবগী মওঙ্ উৎলক্ই ।

'ফরে, পোৎয়োন্শঙ্গী নূপীদুন হায়্রক্ই, 'ঐঙোন্দ পূংবাদু পীরক্উ, ঐ মদূগিদমক্ শেম্গে' মদুগী তুন্দ মৈখেৎ খেত্তুন থাবগুম্ তৌখি, মচৈদু পায়্দুন বনরোকুগী ফিনাত্তুগী খুগাদ ঙাইহাক্ থম্মী' য়েংঙউ মসি খুগাসিদ অমুব দাগ লৈরনি

অমসূং অহন্ব মাল্লরোই। লৌরো হৌজিক্ লোইন ফরবনি। মদূগী প্রভাব্সূ লোইরনি। কনাগুম্ব লম্হূই নৎত্রগ শা অমত্তগী প্রভাব্ লৈররোই।'



মদূগী তুংদ অঙাং পুম্নমক্ পোৎয়োন্শঙ্দগী থোরক্কুন লাইশঙ্গী লম্পাক্লোম্দ চৎলী। মফমদুদ মপান্লোম্দ ফম্বাক্ সাই। লাইশঙ্দ নূপীমচা খরন লাইরেম্বীশিং মওঙ্দ জগোয় সারি, জগোয় সাবীসিংদুন অঙক্প মওঙ্দ য়াম্ন য়াংন অনীরক্ অনীরক্ লয়্দুন জগোয় সারি। অঙাংসিংন য়ামন থৱায় য়াওন য়েংলি, মরক্ মরক্ত বরফসূ চারি। মদুদ মমিৎন জগোয় সাবীসিংদ লেঙ্দন য়েংলি। নূপীমচাসিংদুগী মায়থোঙ্দ অঙৌব পাউদর্গী মেক্অপ্ তৌই। মরম্সিন অঙাংসিংদুন নূপীমচাসিংদুগী মরক্ত তোনেকোবু মশক্ খঙ্বদ মতম্ চঙ্লম্মী। তোনেকো খুঙ্গংগী পম্প হাউস্ত থবক্ শুবীনি। 'য়েংউ য়েংউ' অঙাংসিংদুন অমন অমদ নাকোংদ হায়্নরি, 'হনুবী তোনেকোনি।'

ঙাইহাক্ জগোয় য়েংলব তুংদ লাইশঙ্গী অতোপ্প নাকন্দ চৎখ্রে। মফমদু তসেংবদি মম্মী মফমদুদ লম্হেন্ব খরন বোমব্রা থারি অমদি দ্রম্ য়ৈরক্ই। মতমদুদ থাউমৈ উপুদ কুপ্ফেৎ কাফেৎ ঙাল্লিব অমদি লৈরিব ফম্বাক্তুদ লাইথি জগোয় হৌরে। মীতিন্দু খায়দোক্তুন মতৌ অম হেক্ত তৌদুন মখোয় ফম্বাক্ মনাক্ য়ৌরমদুন অপিক্প

মতীক্ চান লৈতেং-খোত্তেংলব ফম্বাক্তু ফজন উব ফংলে।

লাইথি অম জগোয় সারি। অঙাংসিংদুন মদূ য়েংই। লাইথি চহী য়াম্লব মীসূ মান্দে, অদূগ অঙাংসূ। মাগী অমুব মমিত্তু অসূক্কী মতীক্ লংই, মদু থাজবদ খর লুন থোক্ই। মসি অশেঙ্‌ব মীরা নত্তগ অশাবরা? ঐ মরক্ মরক্ত লাইথিগী মমিত্তু কৃপ্পী। লাইথিগী মতূংদ সাহল্লিব মীদূ লেপ্পি হায়বসি অঙাংসিংদুন খঙ্ই। তৌইগুম্বসুং লাইথিগী মমিত্তুন কোয়রৈ লয়বদুদদি মখোয় কিব পোক্লকম্ই।

মতমদুদ লাইথিদুন ময়া কাথোক্ই। অশাঙ্‌ব মরৈদু মপান্দ তিংথোরক্ই, অমসূং মসিদ হান্ন গুক্লব অঙাংসিংদ অকিবগী খোল্লাউ লাউরক্ই, মদুদগী মান ময়াদু উম্শিন্খি। মদুদ অঙাংসিংন উরক্ই, লাইথিদুগী ময়াদু পূম্ঙাঙ্ ঙাঙ্ই। মদূ লাইথি সান্নরিবদুগী থবক্লি হায়বসি খঙ্ই। করিগুম্ব নুংথিল্ ওইরবদি মদু নোক্লমগনি তৌইগুম্বসূং মতম্সিদদি কনাসূ নোক্লে। লাইথি মাগী হন্ন-হন্ন কূপ্লিব মমিৎ অঙাঙ্‌ব মরৈ, অঙাঙ্‌ব ময়া অমসূং মৈঙান্দুদ শেল্লিব তারিব মদূগী অঙক্প মমিসিং মসি পূম্নমক্সি উরুরগ তসেংবগুম্ খল্লী অমসূং অঙাঙ্সিংদু মদুদ কিব ফাওরক্ই।

মখোয় বনরোকুগী অহম্ব ফিনাত্তু নীংশিংলক্ই অমসূং হনুবীদুগী ব্রাহৈসূ। 'করিগুম্ব অহীংদ অহম্ব ফিনাৎ তোংলবদি লম্হুইন নখোয়বু সুম্হৎকনি' মখোয়ন মসিমসূ খঙ্ই, কৃষ্মৈদুন য়াম্ন থেঙ্হল্লে। দ্রম্গী মখোল্ নেম্থগ্রে অমসূং মীতিন্সূ ময়েং তারক্লে। হৌজিক্ মখোয় য়ূম্ চৎননব খল্লক্ই। চীংথক্ ফাওদুন লৈকুৎ লৈতোঙ্ লৈব লৌবূক্কী লম্বীদুগী ব্রাখল্ তৌরক্ই।

মখোয় য়ূম্লোম্দ লাক্লে। থান অতিয়াদ হৌজিক্ ঙাল্লি তৌইগুম্বসূং থৌনাদি ঈংথগ্রে, থাবল্গী মঙাল্নসূ নুংঙাইব ফাওহন্দ্রে, মখোয় পূম্নমক্ তূমীন্ন চৎলি। মখোয় খূদীংমক্কী পূক্লিংদ খল্লিবগুম্।

চীংথক্ য়ৌবগ অঙাং অমন মচীন্দ মখূৎ খুমদুন অতোপ্প মাগ নক্লরিব অঙাংদুগী মনাকোংদ তূমিন্ন করিনো খর হায়রি। অনীসুবদুন অহুমসুবদুদ, মনাকোংদ তূমিন্ন তূমিন্ন হায়নবসিন অরোম্বসি বনরোকু নত্তন অতৈ লোইন থুংগ্রে। মখোয় অমন অমদ হায়, 'পোৎয়োন্শঙ্গী নূপীদুন লাইব্রা-তিন্ব্রা করিসূ তৌদে, মানদি শুপ্পগী মৈখেৎ খেৎবগী তৌসিন্নবদুতনি।'

অঙাংসিংদু চৎল্লি, নীংসা থিংদুন তূমিন্ন পূম্নমক্ক ব্রাফম্‌সি খল্লম্মী, 'লম্‌হুইন সুম্বগী ব্রাদুবু তসেংন করি ব্রাহল্লোক্ ওইব য়াবগে, লম্‌হুইদুগী **প্রভাব্** বনরোকুদ চঙ্‌খিগদ্রে ? মপান্দদি অসুম্ উরবস্ ? অদুম্ তৌরবদি ওইথোকপ য়াই, বনরোকুদ লম্‌হুইগী **প্রভাব্** তাপ্পবগুম্ তৌইগম্নসুং ঐখোয়্‌ন করম্ন খঙ্‌গনি বনরোকুন হায়্‌দ্রবদি ?'



অঙম্ব লম্বী য়ৌরে, মদুদ অনেম্ব নাপীসিংগী লম্পাক্ লৈ অমসুং অঙাংসিংদু য়াঙ্‌ন চৎলী । পূম্নমক্ক বনরোকু অমদি লম্‌হুইগী ব্রাখল্ খল্লী ।

লম্বীদু ঈকোন্ মাপন্দনি । মদুগী নাকল্ মরীমক্ত বোরোইগী মোংশোংনি । মখোয়্‌ন ঈকোন্ মপান্দ য়ৌরক্‌পদ অঙাং অম লোক্ খূরক্‌ই । ইচিক্ চীক্‌পদুদ লোক্ খূবগী মখোন্দু তসেং-তসেংই । চিংনদুন পূম্নমক্ অমন অমদ য়েংনরক্‌ই । মায়্‌কৈ পূম্ব পূম্‌চীক্ । পূম্নমক্ক লোক্ খূবদ্ বনরোকুনি হায়্‌বসি খঙ্‌নরক্‌ই ।

লোক্ খূবদ্ বনরোকুননি,মসিগী অরুব ব্রাহল্লোক্ করিনো ? অদুক্ থুন মখোয়্‌ন মসিগী মরম্‌দ খল্লিবমখৈ তসেংন থাজরক্‌ই, মসি শুপ্পগী লোক্ খূব নত্তে ওইবস্ য়াই মসি লম্‌হুইগী খোঞ্জেল্ । হুঁ হুঁ বনরোকুন অমুক্‌স্ খূরক্‌ই ।

হন্দক্তিং অঙাংসিংদুন করিগুম্ব চিংনব অমত্ত লৈত্রে, অশেঙ্ব মসি লম্‌হুইমক্লি। মখোয়্‌ কিরক্‌ই। খোঙ্‌থাঙ্‌ য়াঙ্‌শিল্লক্‌ই।

বনরোকুগী য়ুম্‌ খূঙ্গংগী অতোপ্প য়ুম্‌সিংদগী থাপ্ল অপিক্‌প চীংলক্কী কোল্লা পাশ্বী মরক্তনি। তরেং লৈবী গুহাগী মনাক্ত লশ্বী অচৌবদগী অপীক্‌প খোঙ্‌ লশ্বীদুদগী মাগী য়ুম্‌ য়ৌব তাই। হান্নদি নুমিৎ খুদিংগী বনরোকুবু মাগী য়ুম্‌ফাওব থিল্লনি। করিগীনো হায়্‌বদ মখোয়্‌ খঙ্‌ই। বনরোকু অপিক্‌প অঙাংনি, শোঙ্গব অমসূং লুন তৌবদগী তোনাল্লবনি। মহাক্কী মমান অয়াম্ব মতম্‌দ মমান্নবসিংদ কোল্লা অমসূং মিথাই পীজে। মান মতম্‌ লৈব খিবিক্ত বনরোকুবু য়েংসিল্লিনব হায়্‌রম্মী। ঙসিসূ কুম্মো য়েংব চৎলম্‌দাইদ বনরোকুবু হৌব চৎলুবনি

অঙাংসিংদু হৌজিক্‌ তরেং লৈবী গুহা মনাক্‌ য়ৌসিল্লক্লে। মখোয়্‌ন উরক্‌ই, বনরোকুগী য়ুম্‌ য়ৌব লশ্বীদুদ অৱাঙ্‌-অৱাঙ্‌ব নাপী হৌরক্লিবদো। মরম্‌দুন লশ্বীদুদ ময়েক্‌ সেংন উব ফংদে। মখোয়্‌ মাঙ্‌দ হাইগৎনব থৌনা লৈরম্‌দে। বনরোকুবু ময়ূম্‌ফাওব থিল্লগী হৈনবীদু মখোয়্‌ কাউশ্লবগুম্‌ তৌরে। তসেংবদি কাউব নত্তে। ঙসি মখোয়্‌ কিরবনি, ঙসি মখোয়্‌ অপিক্‌প অঙাংসিবূ কিরক্লবনি।

মমৈদ বনরোকু মতোম্‌ত ময়ূম্‌ মায়্‌কৈদ চৎখ্রে। তৌইগুম্বসূং তুং হন্ন হন্ন য়েংদুন চৎলী। মানদি খল্লী য়োসিনোরিদংদি মাগ লোয়্‌নন, অদূসূ য়োসিনোরিসূ লেঙ্‌দ্রে।

বনরোকু মতোম্‌ত ময়ূম্‌গীলশ্বীদ চৎলী। নারক্তগী থাবল্‌গী মঙাল্‌ লিখোরক্‌ই।



করিগুম্বদ মনাক্ নক্পদগী হঙোইগী তর তর হায়্ব সেংফাত্তব খোঞ্জেল্ তারক্ই। হৌজিক মা ময়ূম্ মনাক্ য়ৌরক্লে। মান অঙাংসিংদুন লোয়্নদ্রিবদূ করি মরম্গীনো হায়্বসি খঙ্দে, ঙসি ইহান্ হেক্ হান্ন অসূম্ তৌরিবনি।

বনরোকু হৌজিক্ অসুক্ য়াম্ন খঙ্বদি নত্তে অদূসু কদায়্দ করি তৌরিব হায়্বসিফাওবদি খঙ্নব ব্রাখল্ লৈ। মান মসিমসূ খঙ্ই মা লোক্ খূবদুদ অঙাংসিংন অমন অমদ তূমীন্-তূমীন্ন ঙাঙ্নখিবদূ মখোয়্ন করি খল্লিব।

বনরোকু খল্লী, কৃষ্মোদ চৎখিব মতম্দ অঙাংসিংদুগী শাজৎকী মরম্দ কয়াদস মহৌসাগুল্লিব। তৌইগুম্বসূং মখোয়্ন খল্লী, লম্হুই অমন ঐঙোন্দ মিত্রং তৌগ্লে। মান খল্লী, অদূগী মরম্ন মখোয়্ন ঐবু লোয়্ননীংদে। মাগী পূক্লিং নুংঙাইতে। য়োসিনোরি চহীদ মঙোন্দগী হেন্ন হন্ব মতম্ লৈব খিবিক্ত মাগী মতেঙ্ পাংলিব অদূফাওব ঙসি অহীং মাগী শাজৎসূ অঙক্পনি। মাগী মরূপ্সি (য়োসিনোরি) মাগী নুংঙাইতবদূ খঙ্বিবনি। মতম্ অমগী ব্রানি, বনরোকু ঈংলম্মী মদুন য়োসিনোরিন থুনমক্ মাগী অরুম্ব জেকেৎ লৌথোক্তুন মঙোন্দ পীবনি। মদূ ঙসিদি, ঙসি অহীংদি বনরোকুগী অনীরক্ লোক্ খূবদুদসূ য়োসিনোরিন মাগী জেকেৎ পীদরে।

হৌজিক্ মা ময়ূম্গী মনিং থংব সম্বল্ য়ৌরে। উগী অপিক্প থোঙ্দু হাংদোক্ই, মান লৈমায়্দ মশাগী মমি উরক্ই, মতম্দুদ মাগী ব্রাখল্দ চিংনব ফাওরক্ই। ঐঙোন্দ লম্হুইগী জাদু চঙ্খ্রবরা, অদূ ওইরবদি ঈমা ববান করম্ব শাজৎ চৎকনি?

মাগী মপা ঙসি তিন্গী পোৎয়োন্শঙ্ মপূসিংগী মিতিন্ অম চৎখি। মহাক্ ঙসিদি থেঙ্ন হল্লক্কনি। মরম্সিন বনরোকু অমসূং মাগী মমা তূম্লব শেম্ সারম্মী। মপা ঙাইবগী কান্নব লৈররোই। বনরোকু স্কুল্ চৎপদগী মমাগ লোয়্নন তূম্মী। তসেংবদি মহাক্ মমা মপাগী অমত্ত ঙায়্জব মচানি। মিনুংসিন তোনাল্লে অমসূং শোল্লে।

মখোয়্ ফমূংদ হিপ্থরে। মদুদ মমান হংই, 'ফরে ঈবূংঙো, কৃষ্মোগী মরম্দ তম্মূ', বনরোকুন করি করি তৌব মমান মতম্ লৈব খিবিক্ত পূম্নমক্ খঙ্ব পাম্মী। মান মহৈশঙ্ চৎপন মতম্দসূ মান মিনৎ খূদিংগী থবক্কী মরম্দ হংই,মফম্দুদ করি করি তৌই? মান ইহান্ হান্ন সহর্ চৎলুবদুদূ হংলম্মী, মদুদ মান করি করি উরক্ই? মান সিনেমা য়েংলুরবসূ মমান মঙোন্দ মপূং ফাব ব্রারী হংলম্মী।

বনরোকু ৱারী সাবদ অদুক্ য়াম্ন হৈ সিংব নত্তে, মান উব, তাবদু মমান শোয়্দন তাক্ই অমসূং মতৎ মতৎ তৌদুন তপ্প-তপ্প। তৌইগুম্বসূং মমান য়াম্ন পূক্নিং চঙ্গ্ন তায়্, অমদি ৱাতৈ খূদিংগী নুংঙাইজে।

'জগোয় সাবীসিংদ্দ ঈমা নূপী অম য়াওই, হনুবীগুম্বী. পম্প হাউস্ত থবক্ তৌবী তোনেকো' বনরোকুন হায়্।

'অদূ ওইরে' মাগী মমান ফাক্ ফাক্ নোক্থোরক্ই, অদূগ অতাপ্প নূপীসিংদি কনা কনানো নঙ্ খঙ্ব্রা ?

বনরোকুন মাগী কোয়্রাওনরব মমিত্তু পাঙ্থোরক্ই। নীংশিংনব হোৎনবিবগুম্, তৌইগুম্বসূং মাগী মাঙ্গী ৱাদগ কূক্লেগ মরী অমত্ত লৈনদে।, 'মম্মি অহীংদ অহন্ব ফিনাৎ তোংবদ লম্হুইন মিত্রঙ্ তৌই হায়্বসি চুম্ব্রা ?'

মাগী মমা ওক্লম্মী। ঙাইহাক্তি মাসূ তৌফম্ খঙ্দে। অহান্বদদি বনরোকু করি হায়্রিবনো খঙ্দে, তৌইগুম্বসূং থুনমক্ মদূগী ৱাখল্ লাক্লম্মী। অপিক্প অঙাংসিংদ করি করি থোক্খিবনো ?

'মদূদি কনান হায়্ ?'মমান হংই।

বনরোকুন মাগী ৱাহংদু অমুক্ক হল্লী, 'মসিবু অচূম্বরা ?'

'নত্তে অচূম্ব করিসূ লৈতে, য়াম্ন কুইরব মমাঙ্দ মীওইসিংন অসিগুম্ব ৱাফম্সি থাজনরম্মী।'

'অদূদি মসি পূম্ব মিনম্বনী।'

'হোয়্ মদূ মিনম্বনি।'

'অশেঙ্ব ৱারা ?'

'হোয়্, হোয়্ তসেং-তসেংলব।'

ঙাইহাক্তি বনরোকু তূমিন্ন লৈপ্রে। মান মাগী কোয়্রাওনরব মমিত্তু অমুক্

কৃপ্লক্ই। মমৈদ হংই, 'মম্মী করিগুম্ব অসূম্ন তৌরবদি নহাক্ করি তৌগনি ?'

'মদুদ করি তৌরব ?' মমান হংই।

'ঐন হায়্বদি লম্হুইগী **জাদু** ঐঙোন্দ চঙ্খ্রব মতৌ অদুম্ন ঐ লম্হুই ওল্লবদি নঙ্ করি তৌগনি ?'

মাগী মমান ফাক্ ফাক্ নোক্থোরক্ই, 'মম্মী তাক্উ, খুম্মো' মিপাইরদুন হায়্রক্ই অমসুং মান মমাবু পায়্রদুন নোল্লম্মী।

'ফরে ফরে' মমান খর খল্লগ হায়্, 'করিগুম্ব নঙন লম্হুই ওল্লবদি ঐখোয়্ নঙবু য়ূম্দ থম্ব ঙম্লরোই।'

বনরোকু মমাগী ৱা তাবদ নীংব কায়্রক্ই। 'অদূদি ঐদি কদায়্দ চৎকনি' মান হংলক্ই।

'নঙ্ তসেংন করাসুন্ চীংদ চৎলো', মমান হায়্, 'হায়্নৈ মদুদ হৌজিক্ফাওব লম্হুই লৈরি।'

'অদুদি মম্মী অমসুং পাপা করি তৌগনি ?'

মাগী মমান মায়্থোঙ্দো চিং লেম্হল্লম্মি অসূম্ন অহল্সিংন অঙাংসিংদ লঙনব মতম্দ তৌবগুম্, 'অদূদি ঐখোয়্ ৱারী সান্নরগনি, হৌজিক্ ঐখোয়্গী নুংসিরব বনরোকু হৌজিক্ , লম্হুই ওল্লে, তাইবঙপান্সিদ হৌজিক্ ঐখোয়্গীনি হায়্বদ করিনো, করিস্ লৈত্রে, ঐখোয়্সূ মীওইবগী মহূত্ত লম্হুই ওম্বন ফরনি।'

'নঙ্ অমসুং পপা লম্হুই ওল্লগদব ?'

'হোয়্, নঙগী পাপ অমসুং ঐ অহম্ব ফিনাৎ লৈগনি অমসুং হয়েং অহীংদ তোংগনি। মতৌ অদূগুম্ন ঐখোয়্সূ লম্হুই ওল্লগনি, অদূদি ঐখোয়্ অদুম্ করসূন্ চীংদ চৎপ ঙম্লগনি।'

বনরোকু মমিত্তু অমূক হেন্ন লাওন পাঙলক্ই, 'মসি নোংচুপ্ত লৈব্রা ? মফমদুদ অৱাঙ্-অৱাঙ্‌ব চীংসূ ?'

'হোয় হোয় মসি সিমানে প্রিফেকসরদ লৈ, নরেৱাগী খা নেংচুপ্ত।'

'মসি চীং মরক্তরা ?'

'হোয় খোংনাং তরু পাম্বীন কুপ্লদুন ।'

'মদুদ শাদাম্ব লৈতবরা ?'

'নঙন হায়ববু নোংমৈ পায়ব শাদাম্বসিংদুরা ? মখোয়দি শোয়দন লৈরমগনি, করিগীনো হায়ববু মফমদূদ মীওইব কনাসূ লৈতে, শাগী শা ঙাক্তনি।'

'করিগুম্বদ শাদাম্বন ঐখোয়দ পান্দম্লবদি,মদুদ ঐখোয় করি তৌগনি ?'

'ঐখোয় পূন্ন অরুব সুরুংদ লোৎকনি অমসূং কাচিন্ অমদ তূমিন্ন, শাদাম্বন ঐখোয়বু উব ফংলরোই।'

তৌইগুম্বসূং উন্ তারব অদূগ ঐখোয়গী চানব করিসূ লৈত্রবদি মদুদ চিঙ্গাক্ থিব মপান্ থোরক্কনি, মদুদ শাদাম্বগী হুয়সিংন উখ্রবদি ?'

'মতমদুদ ঐখোয় থৱায় কঞ্জনবগীদমক্ পুল্লপ্ চেন্‌গনী।'

'নঙ অমসূং পপাগীদি মদূ চুম্মী। নখোয় অনী চাউরবনি, য়াঙন চেম্ব ঙমগনি অদূবু ঐদি হৌজিক্ পিক্লিবনি, তুংদ লৈহৌগনি'

'ঐখোয়ন নঙবু খূবাম্মুংদ পুদুন চেন্‌গনী।'

'মদুদ শাদাম্বগী হুয়ন তুংদ তান্নরক্কনি।'

মাগী মম্মী তূমীন্ লৈম্রে, মান অমুক্ ঙাঙলক্পদদি লংনবগী খোঞ্জেলদূ নত্তে, 'ফরে মদুদ ঐন মতূংদ তপ্ল তপ্ল লাক্কনি।'

'করিগীনো ?' অঙাংন হংলক্ই।

'করিগীনো হায়ববু অসূম্ তৌন শাদাম্বগী হুইন ঐবু ময়ান লাক্কনি। মান ঐবু শাদাম্ব লাক্ত্রিফাওব, পুন্দ্রিফাওব ফাদূন থমগনি, মরক্‌সিদ নঙ অমসূং নঙগী পাপান অরোম্ব মফমদূ তান্ন চেলহৌনব মতম ফংগনি।'

বনবোকু বা'হসিদ ঙক্পন লোইখ্রে, মিপাইবব মিৎযেঙ্দ মান মমাবু যেংই, 'নত্তে মম্মী নত্তে' মা লাউবক্‌ই, 'অদৃদি ঐখোয় নঙ্ যাওদন লৈবগদ্রা ?'

'তৌই গুম্বসং ইবুংঙো অতোপ্প পাম্বেদি লৈত্রে' মমান তপ্প হায়বক্‌ই, 'মম্মীদি নঙগী তুংদ তপ্প তপ্প শি ত্রুন লাক্কনি ।'

'নত্তে মম্মী নঙ নত্তে, নঙ নত্তে' বনবোকু অমুক্ লাউবক্‌ই । মিপাইবদুন কোয়বৈ লয়দ্রুন, মবক্তুদ মোন্দূ ফমূং মখাদ তাপ্রে, মতম্দুদ ঙাইহাক্কীদমক্ মমাদ নপ্‌াসন্দুন কোল্লী, মমিগুগী মপি চদূম্ চদূম্ তাবক্‌ই ।

মমাগী মিত্তস্ মাপ ঈবা চেল্লক্‌ই । মান তপ্প মখূৎন মপি তৈথোক্‌ই । তপ্প চৌগৎলী, মোন্ মখাদগী লৌখৎলী অমসূং তপ্প বনবোকুগী মকোক্ থাংগত্তুন খাঙহল্লী ।

*পাই বেক্‌প—তিকেন্দ্র মযোম্বা*

কোরিয়া

# য়ূনি অমসূং সন্ লাব

ওয়াংগ মু

মীওই পূম্ব সন্ লাবদ শীক্লিং চঙ্‌নৈ। অদুবু য়ূনিদি তসেংন মদূ লৈতে। মহাক্কী শগোল্ পাম্মি। শগোল্ খঙ্ হৈরব শানি। করিনো হায়্‌বদ মাদি থবক্ য়াম্ল তৌই, মথৌনাস্‌ লৈ, তেংবসূ য়াই, অপাম্ব মফম্‌দ শগোল্ পুদুন চৎপ য়াই, অমুক্‌সূ শগোল্ গাম্নী চিংনৈ। সন্ লাবদি করিগুম্ব থবক্ অমত্ত লৈতে, শুপ্নগী লৌবুক্ত লৌ খোইবগী থবক্ত শিজীন্নব নত্তন। য়ূনিদি সন্ লাবগী মমিত্তু কিজৈ। মান সন্ লাবগী অতোপ্প হৈনবীদ সাউনীংই। মদুদি সন্ লাব মতম্ পূম্বদ শগুপ্ সায়্‌দুনত লৈ। শগুপ্ সায়্ মসি মান তসেংন পাম্‌দে।

নোংমদি য়ূনিগী মপূক্লিংদ সন লাবদু তূক্কৎচব হেন্‌গৎলক্‌ই। মাগী খুঙ্গং অপিক্‌পনি। য়ূম্ পূম্ব নক্ল- নক্ল তাই। য়ূম্‌সিংদুগী মমাঙ্‌দ চাউরব লম্পাক্ অম লৈ। মদুদ খুন্‌গী মীওইসিংন মহৈ মরোং য়ৈফম্ ওই।

খুন্‌গী মায়্‌কৈ মরীদ লৌবুক্ লৈ। লৌবূক্কী মরক্ত লৌবূক্কী মরক্ত খোয়্‌দ্রিং খোয়্‌দ্রাং তৌব খোঙ্ লম্বীসিং শেম্মী। খুন্‌গী খর থাপ্পপ্ন চীংসিং লৈ। মহৈ মরোং য়ৈফম্‌সি খুন্‌গী অঙাংসিংগী সান্নফম্‌সূনি।

য়েন্নীংথাগী মতম্ য়ৌরক্লে। লৌ হুম্ব মতম্নি। মহৈ মরোং য়ৈফম্‌দুগী মনাক্ত অরিব অচৌব উ পাম্বী হৌই। মসিগী উসাসিং লূক্‌তদুন য়াম্লরি। মদূ লৈমায়্‌দ শোক্লিং শোক্লিং তৌই। উ পাম্বীদুদ সন্ লাব অম পুল্লি। মদু মচু উৎ মাম্বনি,মমিৎ মুশুক্ মুই, মবূক্তু ফন চাউই, উৎ মাল্লদন, মখোঙ্ লোঙ্‌খুম্‌সূ মুসিন্ মুব ,মসিনি সন্

লাবদুগী মওঙ্ মতৌ। উ পাম্বী য়াম্নরক্লিব মসাসিংন ইশাং সাংই।

নুমিত্তু যূনি অয়ূক্কী চাক্ চারগ তুম্খ্রে, তূম্নুবগ হৌগৎলক্পদ বোল্ সান্ননীংলক্ই। মাগী বোল্ লৈ মদূ কুইরবনি। মফম্ অম অনীদি মকূ হুরে। বোল্দু পুদুন লম্পাক্ত সান্নব লাক্লে।



লম্পাক্তুদ সন্ লাবদুদি লৈ। নুমি ত্তু যূনিদ মাগী শক্তমদু অমুক্ক হেন্ন থিজিল্লে। করিগীনো হায়্বদ যূনি উবদ সন্ লাবদূ হৌন খোংলক্ই। মাগী মমিৎ তেংগোৎকুম্ পাঙ্থোরক্ই। ঙাইহাক্তি যূনি মাবু য়েংদুন লৈরে। মাগী থৌদৌদুসূ যূনিন খর ঙক্ক থোক্ই। মশাদ তোংব হয়িংদূ মমৈন হুমদুন তাম্ভোক্ই। মাগী মমিত্তু চীংয়া লান্ন হৌরিব উ পাম্বীদুদ য়েংই। মা শগুপ্ শায়রি। যূনিন খল্লী, সন্ লাবদূ অৱাব লৈতে, অমসূং যূনিগী মায়্কৈদসূ সন্ লাব করিসূ খন্দে, মাদি তত্তন উ পাম্বীরোম্দ য়েংলি।

যূনি কিব খর ফরে। মা তপ্ন-তপ্ন সন্ লাবগী মনাক্ত লাক্ই। মান মনাক্ত

থুংলবদ সন্ লাবন খঙ্‌হৌদন মাগী ৱাখল্ ওল্লকই অমসূং য়ুনিরোম্দ য়েংলক্‌ই। য়ুনিদি মদূ খঙ্‌লুদে, মান লৈব মফমদুদ লেপ্লি। মাগী বোল্দু কন্ন পায়রি, অমসূং মতূংদ লোংলি। মাগী বোল্দু সন্ লাবন মুম্ব পাল্লিবগুম্ য়ুনিন খল্লী অদূবু ৱাফমদুদি মদূমক্ নত্তে। সন্ লাবদুদি মচীন্দু লৈথোক্ লৈশিন্ তৌদুন মপূক অমসং নাক্‌চেক্কুদ মরৈন লেক্কুন লৈরি,অমসূং মমৈদু হাঁইরি। য়ূনি মপূক্লিংদ কিব ফাওরক্‌ই। মা সন্ লাবদুদ য়েংই অদূবু সন্ লাবন মমায় চুম্‌থোক্কুন মমিৎ উইশিন্দুন শগুপ্ সায়বদ নুংঙাইরি।

য়ূনিন মাগী বোল্দু মখূৎন কন্ন পায়রি, মাগী ৱাখল্ অমুক্ সন্ লাবগী মচীসিংদ থল্লি। মান খল্লী, 'শগোল্‌গী মচী পান্দে, করিগী পান্দ্রিবনো? করিগুম্ব সন্ লাব অমদি শগোল্ লাম্ছেংনহন্‌ব তারবদি কনান ঙম্‌গনি? খল্লিবমখৈ মান থাজে লান্দু সন্ লাবন ঙম্‌গনি। সন্ লাবগীদি সাংল-সাংব মচী পাল্লি। য়ূনিদি শগোল্ পাম্বনি, সন্ লাব পামদে, শগোল্ লান্দুদ মায়থীগনি খম্বদ য়াম্ন ৱায়্।

য়ুনিন উরে সন্ লাবদু তত্তন করিনো খর চারি মচীন্দ মা ঙক্‌সূ ঙক্‌ই। করিগীনো হায়্‌বদ মান মফম্‌সিদ হেক লাক্‌পদগী করিস্ লৈতে অদূসু পংসায়্‌দ সায়্, করিনো মান চারিবসি, করিগীনো মখদাঙ্‌সে কোয়্‌রৈ লৈদুন লৈরিব? করি পোৎ শায়্‌রিবনো? শগুপ্ শায়্‌বনি অসূম্ন তৌবসি য়ূনিগী পূক্লিংদ ৱাহং অম লাক্‌ই।



লেপ্ন লেপ্ন য়াম্ন থেংখ্রে । মান খল্লকই, মহাক্তি সান্নব লাকপনি । সন্ লাবগী মনাক্তগী হন্দোক্তুন লম্পাক্ত মতোম্ত লাক্লে, মতোম্ত বোল্ লংলে অমসূং ফারে । মসীবু সান্নব কৌবরা ? মান বোল্দু মথক্ত লংখৎলি অমসূং কাওই । অমুক্সূ লংখৎলি অমসূং কাওই । হন্দক্তি মান বোল্ মমাঙ্গী ফক্লাঙ্দ লংসিল্লি । ফক্লাঙ্দগী থক্তোক্তুন বোল্ হল্লকই অমসূং বোল্দ কাওনীংলম্মী অমদুবু বোল্ মখুত্তদি লাক্লে মায়কৈ অমদ চথোক্খ্রে, ওন্ ওন্দুন সন্ লাবগী মক্রোংদ য়ৌখ্রে ।

বোল্ ওন্দুনা চৎলিংঙ্গদ য়ূনিন মদূ ফানব মতুং ইন্নরকই । বোল্দু সন্ লাবগী মক্রাঙ্দ য়ৌপ্নবদুদদি মাসূ সন্ লাবগী মনাক্ত য়ৌরে । সন্ লাবদু হৌজিক্সূ মমিৎ উইসিন্দুনা শগুপ্ সায়রি । বোল্দ নৎত্রগ য়ূনিদ করিসূ কান্নব লৈতে । মাদি মশাগি নুংঙাইজবদুদ লেল্লি । মাগিদি শগুপ্ সায়ব অমদি মমৈ হাইবদুদগী হেন্ন থবক্ অমত্ত লৈতে । য়ূনিন খঙ্ই, সন্ লাবন বোল্ মাগী মক্রাঙ্দ লৈ হায়ব খঙ্দে । মরম্সিন মান তুমিন্ন বোল্দু লৌথোক্লীংলম্মী । মাগী মমিত্ত সন্ লাবগী মমিত্ত মীৎচান্নদুন লৈরে, পূক্লিংদ বোল্দু খল্লী, মখোঙ্দূ তপ্ন তপ্ন সন্ লাবগী মক্রাঙ্লোম্দ থাংলম্মী । সন্ লাবগী মনাক্ য়ৌরে । মান নিংসা থিংই অমসূং বোল্ লৌখৎনব নোঙ্ক্রুই । তৌই গুম্বসূং মসি করিনো, মান বোল্ থাঙ্গৎনব হোৎনবগ সন্ লাবন মঙক্ হাইরকই । মাগী মঙক্ত সিরিব শবিক্তু খীংলকই, মতমদুদ মমৈসূ হাইরকই । য়ূনি তসেংন মিপাইরদুন মকোক্ য়ৈদুন তুরে । মা লাউদুন তুংলোম্দ হন্দোকই । খূত্তুম্ শিংই অমসূং মখোঙ্ থীন্দুন মতোম্ত চৈজে, 'অপঙ্ব সন্ লাবসি মশা মতোম্ত নুংঙাইজবনি, অতোপ্প করিসূ খঙ্দে । মমৈ হাইজৈ অমসূং শগুপ্ সায়জে ।' মান য়ূনিদ হায়রিবগুম্ তৌই, 'ঐ নঙ্গীদমক্ত ৱাদে ।'

য়ূনি মিপাইরে । মহাক্ খোঙ্গ্রাই চন্দুন ফম্থখ্রে । মখদাঙ্দ মখূৎন সৌদুন, খূনীং মখুক্উদ ঙাদুন খম্ব হৌরকই, 'বোল্সি করম্ন খূন্গনি ? সন্ লাবন মসি খূল্হন্গদ্রা ? থিংবদি তৌরোইদ্রা ? অদূবু বোল্দি ঐগীনি অদূগ মান করিগী খূন্গৎহল্লোই ? ফরে চৈসি লৌরুগে অদূবু চৈসিন করম্ন খূন্গৎকনি ?' মদুদ খল্লিবমখৈ মাক্ সন্ লাবদুদ সাউনীংলকই । লাঙ্তক্লরে অমসূং ৱারে । মান মিৎচিন সন্ লাবরোম্দ য়েংই, হৌজিক্ মা মমিৎ উইসিল্লি, মা হৌজিক্ তূল্লি অদূবু মচীন্, মচীন্দুদি হৌজিক্সূ শগুপ্ সায়রি । য়ূনিন খল্লী, মসি অফব তাঞ্জানি, মাগী বোল্ খূন্গৎহৌনব । হৌজিক্ মিৎচিন য়েংবদূ মপূং ফান য়েংলকই । তসেংন সন্ লাবদূ তূল্লি, মহাক্ নোঙ্করে, সন্ লাবগী মক্রাঙ্দ অমসূং মখোঙ্ থাংজিন্দুন মখূৎ বোল্লোম্দ লাল্লকই ।

মদুদ অমুক্ হন্না তসেংন সন্ লাবন মমৈ হাইরক্‌ই, মমৈদু চুম্‌দ্রিং য়ুনিগী ওইথংব মখজাইদ পাল্লে, মা নাবন খোয়্‌রাঙ্‌লক্‌ই। খজাইদু খূৎন নাল্লি। সন্ লাবগী মথ্রাঙ্‌দগী থোরক্‌ই। নিংসা য়াঙ্‌ন হোল্লি। খজাইস্ সারি, অশোক্‌প মফমদুদ। মায়্‌থোঙ্‌দু কপ্লীং-কপ্লীং তৌরক্‌ই, পি তাদে হায়্‌বদ মঙায়্‌রে।

খন্দুন লৈরে করি তৌগ্রবগে, করিদগীনো ঐ ঙাইহাক্কী মমাঙ্‌দ মা তুখিবদুদি, মদুদ মখূত্তু শোক্‌খি, ঈ খরস্ থোক্‌খ্রে, তৌইগুম্বসূং হন্দক্তি, হন্দক্তি পি তারক্কদৌরে, কিবন তসেংন মশাদো নীক্লক্লে। মমিত্তগী মপি তারক্লে, কপ্লদি নত্তে, অকিবদূ অসাওবদ ওন্থোরক্‌পনি। মা সন্ লাবদুদ সাউরক্‌ই। সাউরব মিত্তু সন্ লাবদুদ লোইসিল্লদৌবগুম্ য়েংলক্‌ই।

কপ্‌ঙাঙ্ ঙাঙ্‌বদগী কন্না লাউরক্‌ই, 'মতীক্ চাদব অপঙ্‌ব ঐন, নঙ্‌গী করি অকায়্‌ব তৌরদন, ঐগী বোল্ করিগী পীদ্রিবনো? মসি ঐগী **বোল্**নি।' অমুক্‌স্ সাউনীংবন হায়্‌রক্‌ই, মখূত্তু খূত্তুম্ শিংলদুন সন্ লাবরোম্‌দ। মদুদগী মা ব্লাখল্ তৌরক্‌ই। 'মসি সন্ লাবনি, শগোল্ নত্তে, মাগী মচী পাল্লি,মাগী খূত্তুম্ সন্ লাবগী মচীদুগ মায়োক্লব ঙম্লোই। করিগুম্ব মাগী মচী পাল্লমদ্রব, অদূ ওইরবদি লমন্ খুম্ব ঙম্লব হোৎনরম্‌গদবনি।

সন্ লাবন মরৈ তিংথোরক্‌ই, মাগী মনাতোন্দ লেক্লক্‌ই অমসূং মমিৎ উইসিন্দুন লৈখ্রে। মাস্ মাগী অসাওবদু উৎলিবগুম্। য়ুনি মাগী খজাইদ অনাব ফাওরি, সন্ লাবন মমৈন কন্‌খিবদো। মখজাইদ তীল্ অমন চীক্‌খিবগুম্ খল্লী। মখজাইদ নাল্লদুন হায়্‌রক্‌ই, 'ফরে, ঐ পপাবু কৌদুন পুরক্কনি। মান নঙ্‌গী পাউ হংলনি।'

মচীন্ পৈরদুন মা ময়ূম্‌লোম্‌দ চৎখ্রে। য়ুম্ য়ৌরগ মমা মপা অনীমক্ লৈরম্‌দ্রে, করিগুম্ব থবক্ ম চৎখিরম্লে। মিনায়্ নূপী চাক্‌খুম্‌দ লৈ, মা লৈরঙ্ মৈ থাগৎলি। য়ুনি মঙোন্দ নিংঙাই তৌরক্‌ই, মাবু থবক্ তৌহন্দ্রবদুদ মা মপান্ থোরক্‌ই, বোল্ থিব।

মখোয়্ অনী মফমদুদ থূংলবদদি উরে, সন্ লাবদূ লৈরম্‌দ্রে, কোয়্‌ন য়েংলক্‌পদদি উরে. সন্ লাবদূ অথাপ্প লৌবূক্ অমদ লাঙ্গোন্ পান্দুন খোইরি,মতূংদ মপূ ইন্নরি। মহৈ মরোং য়ৈফম্ লম্পাক্তু ইহাঙ্ হাঙ্‌ই অমসূং বোল্, বোল্‌গী মরম্‌দ কনাস্ খঙ্‌ব লৈতে।

*পাই য়েকুপ — কিম্ য়ং গ কু*

### শ্রী লঙ্কা

## য়ূম্মুক্ চাউব থাউমৈ থান্ফম্

— সিরীশ্ রেত্তাসিংহে

শ্রী লংকাদ মে থাদ কালেন্গী থানিল্দ বুদ্ধগী চাউরব থৌরম্ পাঙ্থোক্ই। থান মাগী মপূঙ্ ফারব অমদি মতীক্ মগুন্গ লোয়্নন ঙাম্ব মতম্নি। থৌরম্সি **ভগবান্** বুদ্ধগী ঈকায্ খুম্নবদ মীওইসিংগী থস্মোয্দ মপান্ নাইদন থাজবগ লোয়্নন লাইশঙ্সিংদ চৎলি, ঈরাং থৌনি তৌই। মখোয়্ন লাইশঙ্দ সঙ্গোম্ **খীর্** পুরক্ই। মনম্ নুংসিরব মৈবা মনম্সিং থায্। লৈ কয়াসূ পুরক্ই, লাইসোন্ সোল্লগ লৈদূ কৎলি অমসূং **ভগবান্** বুদ্ধবু ইরাৎলদুন "হে তাইবঙ্ মপূ মতৌ অসুম্ন ফজরব লৈ নোংমদি খুইরক্ই, মতৌ অদূগুম্ন ঐখোয়্গী পুন্সিসূ খুইবক্কনি।"



'থৌরম্‌সিদ অহান্ব নুমিত্ত অয়াম্ব মীসিংন ঈরাৎ থৌনি তৌই, নুমিৎ য়ুংবদগী অতোপ্প নুমিৎকী নুমিৎ থোরক্‌প ফাওব চরা হেল্লী। মীওই খরন **ভগবান্** বুদ্ধগী অমদি লম্বোইবসিংগী পাউতাক্‌ তানৈ, খরন লায়্‌রব অমদি কনা লৈজদ্রবসিংগীদমক্তদি **বুদ্ধ পুর্নিমাগী** থৌরম্‌ অসি নুংঙাইনিংঙাই অমনি।

নুমিৎ তাখিবগ মীওই খুদিংমকী য়ুম্‌গী মায়্‌কৈ মরীমক্ত তোঙান্‌-তোঙাম্ব মচীসিংগী থাউমৈন পূম্‌ঙান্‌ ঙাল্লী। মঙাল্‌সি **বুদ্ধ পুর্নিমাগী** থৌরম্‌ পাঙ্‌থোক্রবগিদমক্‌ সাব থাউমৈ থান্‌ফম্‌সিংদ থাউমৈ থাম্বনি অমদি **ভগবান্** বুদ্ধগী পুন্সীগী থৌদোক্‌ অহুম্ব নীংশিংবনি। অহান্ব থৌদোক্ত ***ভগবান্ বুদ্ধন রাজকুমার সিদ্ধার্থ*** ওইন পোক্লক্‌পদ নীংশিংব, অনীশুব থৌদোক্ত মহাক্ত মঙাল্‌ ফংব নুমিৎপু নীংশিংব মদূন মহাক্‌পু **ভগবান্ বুদ্ধ** কৌখিবনি। অহূম্‌ শুব থৌদোক্ত মহাক্কী অরান্‌ খুভম্‌ ফংবদুবু নীংশিংবদ য়াম্নমক্‌ থাজবগ লোয়্‌নন পাঙ্‌থোক্‌নৈ। মীওইবন পোক্‌প মতম্‌দ হরাওনৈ। মহাক্কী মিং পন্দুন ঈরাৎ থৌনি তৌনৈ অমসূং মাগী মতৌ তম্‌দুন চৎনব হোৎনৈ।

মতৌ অসূম্ন **বুদ্ধ পুর্নিমাগী** থৌরম্‌ মতম্‌সিদ অপিক্‌প অঙাং অমন থাউমৈ থান্‌ফম্‌ সানব হোৎনরি। মহাক্‌ ফজব অমসূং মচুগী থাউমৈ থান্‌ফম্‌ সাব পাম্মী। মহাক্ত মবেম্বোক্কী ইখোল্‌দ পাম্ব মাইরেল্‌ অম হেক্তে মদূ য়োল্লগ কৈথেল্দগী ব্রাগি মচৈসিং অমদি মচৈ মচা মচাসিং লয়্‌দূন পুরক্ই। হৌজিক্‌ মান মচৈসিং অমদি অপিক্‌প মচৈসিংসি পুন্সীন্‌-পুন্সীন্দুন য়াম্ন চাউরব থাউমৈ থান্‌ফম্‌ সানীংই, অদূগুম্ব কনাগীসূ লৈতব অম। হৌখিব চহীদ মহাক্‌ মবেম্বোক্ত য়ূম্লোন্নবসিংগ **সহব্দ** মৈঙাল্‌ য়েংব চৎলুই, মদুদ থাউমৈ থানফম্‌দু খরদি কয়াম্‌ চাউই, মদূ য়ূম্‌ অমগুম্মী অমসূং অঙাংদুন মদূ হৌজিক্‌ ফাওব কাউদ্রি।

কালেন্‌গী অচৌব কূম্মৈদূ নুমিৎ কুন্নি ব্রাৎলি। খুঙ্গংগী মীওই পূম্ব অপিক্‌-অচৌ খাক্তন শেম্‌ সানরে। ঈমূং খরদি ময়াম্‌ পুন্ন থবক্‌ তৌরি। মখোয়্‌ পূম্ব তোঙান্‌-তোঙাম্ব মচুসিংন থাউমৈ তান্‌ফম্‌ শেল্লি। মদূন অচৌব কূম্মৈদুগী নোংম ব্রাৎলিঙৈদগী হৌন থানফম্‌সিংদ্‌ লৈতেংদুন ফজব অমদি শুম্‌হৎনিংঙাই ওইগদৌরিবনি। অপিক্‌প অঙাংসিংগী পূক্নিংদ তোঙাম্ব থৌনা লৈ, মখোয়্‌ন মখোয়্‌ মখোয়্‌গী থাউমৈ থান্‌ফম্‌দূ খুঙ্গং পূম্নমক্তগী অহেম্ব ওইহন্নীংই। মরম্‌সিন মখোয়্‌ তোঙান্‌ ফম্‌দূন মাগী মাগী মচিন্‌-মনাওসিংগ তিন্নদুন থবক্‌ তৌরি। অদুদ মাগীদি মচীন্‌ মনাও কনাসূ লৈজদে, মহাক্ত লোয়্‌নন মবেন্‌ হনুবী লৈরম্মী, মহাক্ত পাম্‌জবদি য়ূম্‌ অমমুক্‌ চাউব থাউমৈ থান্‌ফম্‌ সাবনি।



মবোক্না মাবু য়াম্ন নুংসিজরম্মী, মাবু মবোক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী য়োক্লকপনি। মাবু মবোক্না য়াম্ন নুংসিন, লুন চান্ন য়েংসিন্দুন য়োক্লক্কই। মহাক্না মাবু হৌজিক্সু 'পাটিয়া' হায়্ন কৌই, শ্রীলঙ্কাদ 'পাটিয়া' হায়্বদি 'অপিক্প অঙাং' হায়্বনি।

মবোক্কী য়ুম্ মনীংদ অপিক্প ইস্থোল্ লৈ মদুদগী মবোক্না থাব মনা মশিং য়োন্দুন য়ুম্ পুনৈ। মদুদ থবক্ কন্ন শুই। পাটিয়ান চাউরবদ,থবক্ শুব ঙন্নবদগী মবোক্ য়াম্ন হরাওজে। মা চহী তরামুক্কী ওইরে তৌইগুম্নসুং ইস্থোলদ মহাক্ নূপা অমগুম্ থবক্ শুই। লাংখোং হত্ব, লৈবাক্ তৌব, নাপী লৌথোক্প, পোৎ থাব, ঈশিং চাইব, হার্ হাপ্পনচিংব ইস্থোল্গী থবক্ নূপা অচৌব অমগুম্ তৌই। নুংথিলদ মহৈ তম্ফমশঙ্দ চৎলি। মহৈ তম্ফমশঙ্দ পূক্রিং চঙ্‌ন লাইরিক্ তম্মী। মহাক্ অঙ্ক ফজন তম্ব পাল্লম্মী মদূন ইঙ্গ্লাং নাপীগী য়োন্নব, মদুদ ফংলক্প হিসাব্ নীংথিন থম্ব ঙম্মব। মাগী লাইরিক্কী ৱারীনচিংব নুতিগী মবেন্দ পাদুন তাহল্লি। নোংমাইজিং খূদীংগী, মবোক্ খুঙ্গংগী কৈথেন্দ ঙন্ন হৌগৎতুন চৎলি, ইম্মাঙ্ নাপী য়োল্লী অমসূং মদুদগী ফংব সেলদুন মরু ওইবপোৎ লৈদুন পুরক্কই। অসূম্ন মশু মবেন্গী য়ুম্দূ ফজন চৎথরি।

মবোক্ মশান থবক্ পূম্ব শুই, অয়ুক্তগী নুমিদাংৱাইরম্ ফাও, নুংথিন্দগী

অহীং, নুমিৎচুপ্ন ইঙ্খোল্দ থবক্ শুই। পাটিয়ান মদুদ মতেঙ্ পাংলবদি মবোক্ য়াম্ন হরাওজে।

মহাক্ন উখোঙ্দ **মুর্ত্তি** অম সাদুন থম্মী, মদু উরগ উচেক্লচিংবন ইঙ্খোং নাপীদ শোক্তনব অমসুং মদুদ করিগুম্ব লাক্লবসু মদু তাঙ্খোক্লব সরিক্ থৌরীদ য়াম্দুন থম্মী। মহাক্ন মদু খিংই।

য়ুম্গী মনাক্ত মান ফজ-ফজরব লৈ থাই। মহাক্ তেলঙ্গা পাইব অমসুং গুলী শান্নবসু পাম্মী। মবোক্ন পাটিয়ান ঈঙ্খোল্দ থবক্ শুব অমসুং মদুদ মতেং পাংবদ য়াম্ন নুংঙাইজে। নোংম নোংমগী নুংসিজব হেঙ্গৎলি। মহাক্ন মাবু 'অপিক্প নোম্ব কম্ব মী' কৌই। কালেন্ থানিন্গিদমক্ত পাটিয়ান চাউব থাউমৈ থান্ফম্ শেম্ব উবদ মান নোক্লদুন হায়রক্ই, 'মসিদি নঙন য়াম্ন চাউব থাউমৈ থান্ফম্ অম শেম্লে, মসি ঐখোয়্গী খাংপোক্শঙ্দগীসু হেন্ন চাউরনি, ফরে মসিদদি ইবানিমক্ নুংঙাইন লৈব চল্লনি।'

পাটিয়া নুতিগী স্কুল্দগী হল্লক্পগ থাউমৈ থান্ফম্ শেম্বদ পূক্নিং চঙ্ই। য়ূম্লোন্নবগী অঙাংসিংন মদু য়েংব লাক্ই, মতৌ অসুম্ন মান অচৌব থাউমৈ থান্ফম্ অম শেম্লী হায়্বসি থাপ্ন থাপ্ন সন্দোক্খ্রে অমসুং মায়্কৈ মরীদগী অঙাংসিং মাগী থবক্ য়েংব লাক্লব হৌরে।

'নঙন অসূক্ চাউব থাউমৈ থান্ফম্সি করম্ন য়ান্গনি?' মখোয়্ পূম্বন হংলক্ই।

''ঐগীদি য়াম্বগী মরু ওইব লৈতে'' পাটিয়ান মপূং ফান থাজন খুল্লক্ই, 'মসি হৌজিক্ লৈরিব য়ুম্গী মমাঙ্সিদ অদুমক্ থল্লনি।'

ব্রাগী মচৈসিংন সাব মওঙ্, য়ুম্গী মমাঙ্দ অপিক্প খোঙ্ লম্বী মচাদুদ থম্মী। পাটিয়ান মদুদ নুতি-নুতিগী সাদ্রবসু মদূগী মওঙ্দুদি নুতিগী খর খর চাউথোক্লকপদগী য়ুম্গী মমাঙ্ থংব শরুক্ত পুরা ফন্জিন্খ্রে। হৌজিক্ মশু মবেন্ য়ুম্দ চঙ্গদব ওইরবদি মদূ ফাওদুন চঙ্লবনি।

কালেন্গী থানিন্দুসু সূপ্নগী নুমিৎ তরুক্লিদ ঙায়্খ্রে, পাটিয়ান মওঙ্দূ সাবদি লোইরে। মহাক্ য়াম্ন হরাওরম্মী, মশা মতোম্ত মখল্ অম ওইন য়াম্ন চাউথোক্চবা। খঙ্হৌদন মান করিনো অম খল্লক্ই। অসূক্ চাউরব থাউমৈ থান্ফম্সিগীদমক্তদি চে য়াম্ন চঙ্লগনি, মাগীদি অদূম্ য়াম্ব সেল্দি লৈতে, কদায়্দগী চে ময়াম্ লৈরুনি?

মসিগী ৱাখল্দ মা য়ূম্দগী থোরক্কই। মমান্নবসিংগী থাউমৈ থান্ফমদূ য়েংনব। ময়াম্গীদি করম্ করম্ন থাউমৈ থান্ফমদূ মচু মচুগী লৈতেংন অনৌব ফিজোন্দ অমদি লীক্কোন্ন লৈতেংবী নূপীসিংন লুহোংব চৎনব শেম্ শরিবগুম্মী।

মাগীদি হৌজিক্ ফাওব মওঙ্ খক্তনি অমসূং মওঙ্দূমক্ন য়ূম্নুসূ খন্জিনখ্রে। মহাক্ পূক্নিং ৱান য়ূম্দ হল্লক্কই। থাউমৈ থান্ফমদূ, লায়রবী নূপী অমগুম্ উগনি খল্লি।

নুমিৎ য়ুংব মতম্নি। পাটিয়া মবোক্ থিদুন চাক্শঙ্দ চঙ্লক্লে। লৈরঙ্দ চাক্ থাঙ্গৎলি। মবোক্ন লৈরঙ্গী মৈদূ চাক্ন হুমাই হুল্লি। অপাব অমসূং অয়াঙ্ব মখূম্দুন মনিন্গী কোঙ্গোল্ কারক্লি।

'ইবোক্,ঐদী য়াম্ন পঙ্লম্লে'' মান হায়্।

'করিগীনো ইচা ঈবূংঙো'' মবোক্ন হংলক্কই অমসূং লাঙ্তক্নন মঙোন্দ য়েংলক্কই।

'পটিয়া মমিৎ ঈরা চেল্লক্কই,''থাউমৈ থান্ফম্সি লৈতেংনব ঐখোয়্ন চে য়াম্ন লয়্ব ঙম্লরোই।''

'হোয়্, অদূবু নঙ্ ৱারুন্, ঐখোয়্ চে ময়াম্'ম লয়্গনি'' মবোক্ন হায়্রক্কই।

পাটিয়াগী মমিত্ত অঙকপগী ঙম্খৈ লৈতব ফাওদোক্নক্কই মবোক্ন হায়্রিবদূ করিনো হায়্ব খঙ্ব ঙম্জদে। মতম্দুদ মবোক্ন তাক্নক্কই, ''হয়েংদি থাংজনি অমসূং হয়েং নুমিৎ চূপ্ন হা লাল্লু তান্গনি। নোংমাইজিং নুমিত্ত ঐখোয়্ নুমিৎ চূপ্ন ফম্দুন য়োন্গনি'' অদুদগী মবোক্ন ঙাঙ্ব লেপ্লম্মী। পাটিয়াগী মায়্থোঙ্দ হরাও তয়াম্ব উৎলক্কই। মমিত্তগী মপি তারক্তুন মখজাইদ চেম্ফরক্কই। অমসূং মচীন্বান্দ মোমোন্ নোক্থোরক্কই।

'অদূগ ঐখোয়্গী য়ূম্ নোংথাংগুম্ ঙাল্লগনি।'' মবোক্ন মখা সম্থরক্কই।

থাঙ্জ নুমিৎত মখোয়্ন হা লাল্লু ফন য়াম্ন তাল্লে, মদূ মখোয়্ন নোংমাইজিংদ মমল্ কান য়োল্লে। কৈথেন্ চৎপ মতম্দ পাটিয়া য়াম্ন হরাওন, মাগী পূক্নিংদ কল্পনা তৌরক্কই, 'কালেন্ থাবূং (পুর্নিমা)গী অহীংদ মাগী থাউমৈন থাউমৈ থান্ফমদূদ করম্ন ঙান্গনি ? মহাক্ন মবোক্কী মায়্থোঙ্দসূ মোমোন্ মিনোক্ লোৎলিবদূ উরক্কই।

কালেন্গী অচৌব কূম্মৈন মরম্ ওইদুন পোৎয়োন্শঙ্সিং থোইদোক্ন লৈতেংলি। কূম্মৈগ মরী লৈনব পোৎ মচু কয়ান লৈতেংই। মচু মচুগী অরঙ্ব,

সনা মচু, লৈরোং পরেং, চেগী টোপিসিং অমসূং মায়খুম্, ফিরাক্সিং, থৌরী হাইবী অমসূং বাল্টিন্গী মওঙ্দ সাব থাউমৈ থান্ফম্।

পাটিয়ান য়াম্ন থাজন পোৎয়োন্শঙ্ অমদ লেপ্লম্মী অমসূং মফমদুদগী মহাক্ন মাগী থাউমৈ থান্ফমদু লৈতেংনব অপাম্ব মখৈ লয়রে। মদুদগী মখোয় য়ুম্দ হল্লক্লে।

নুমিৎ য়ুংবগী চাক্লেন্ চারগ মবোক্ ঙাইহাক্কীদমক্ তূন্নম্মী ঙসিদি মহাক্ য়াম্ন চোক্থরবনি।

পাটিয়ান অনৌব অমসূং ফজব মচুগী চেসিং পুথোক্লে মদূগী মতূংদ মবোক্কী অমম্ব কাটি লৌথোক্লে তৌইগুম্বসূং কদায়দ হান্ন কক্কনি হায়বদি মান লেপ্প ঙম্দরে, মা মিপাইরক্ই করিগুম্বদ লান্ন কক্লুগদ্রা হায়ন। করিগুম্ব অদুম্ তৌরবতি অরেম্বদ তারনি। মাগী অতোপ্প চে লয়নব **পৈশাগু** লৈতে। হৌজিক্তি অচৌব কুম্মৈদূ নুমিৎ মরীনিদং মঙায়রে। মাগী ব্রাব হেন্গৎলক্ই।

মবোক্ তূন্নম্বদগী হৌগৎলক্ই অমসূং য়ুম্গী থবক্ থনাদ চিল্লম্মী। মহাক্ন উরক্ই, থাউমৈ থান্ফমদুদি হান্নগী হান্নগুম্ অদুম্ লৈরি। মহাক্ন হায় 'পাটিয়া! থুন তৌরো হৌজিক্ মতম্ লৈত্রবনি।'' পাটিয়ান মপূক্লিংদ অব্রাবদূ মবোক্ত তাক্লম্মী। মবোক্ন পাটিয়াগী ব্রাদূ য়ারম্মী, মখোয় অতোপ্প চে অমূক্ লয়বদি ঙম্লরোই। মহাক্ন ঙাইহাক্ খল্লগ থাউমৈ থান্ফম্গী চে কক্প অমসূং নপ্পগী খল্লি তৌইগুম্বসূং হান্ন ঈমূংগী থবক্সূ শুদোক্প তারি। ঈমূং শিৎ সেংব ব্রাই তৈথোক্প, কোললিক্ উৎ অমসূং **সাবুন** তক্প চাম্থোক্প অমসূং নুমিদাংগীদমক্ চাক্লেন্ থোংব অসিনচিংবসূতৌব তাই। কালেন্ থানিন্গী নোংম ব্রাংলিঙৈদ ঈরাং থৌনি তৌব ঙম্নব।

মরম্সিন অচৌব কূম্মৈদূগী নোংম মমাঙ্ ফাওবদি মবোক্ন পাটিযাগীদমক্ করিসূ তৌব ঙম্দ্রে। নুমিৎতুদদি মখোয় অনী চঙ্দুন থাউমৈ থান্ফমদুগী থবক্ত মায় ওক্সিল্লে। থবক্তু মখোয়কী অনীংবগী ব্রাংমদ হেন্ন লুসিল্লক্ই। মবোক্তু অহল্ ওইব মরম্ন কালেন্ থানিনগী থাউমৈ থান্ফম্ সাব কাউথোক্খে, অদূগ পাটিয়া হৌজিক্ ফাও অঙাং ওইরি। তৌইগুম্বসূং পাটিয়ান **সহরদ** থাউমৈ থান্ফম্ উখিবদূ মহাক্ নীংশিংলি। মবোক্ন অঙাং ওইরিঙৈগী মতম্দো, নীংশিংলক্ই। চাউরাক্ন চহী য়াঙ্খেগী মমাঙ্দী ব্রানি। মান খল্লক্ই, মাগী হৌখিব মতম্গী মরম্দ মহাক্ চেসিং কক্ কক্তুন লৈ, লৈনাসিং সাখিবদ,সাংলব ফিরাল্, কয়াদ ফজরমগ্রব।

মবানি তিন্নদুন থবক্ তৌরে, যুম্গী মমাঙ্দ মফম্দি লৈত্রবনি। থাউমৈ থান্ফম্দুগী মওঙ্দু হৌজিক্ চে নপ্পদ খর ৱারস্মী মরম্সিন মবোক্ল শক্তম্দুগী মনূংদ চঙ্দুন চে ককপ হৌরক্ই। পাতিয়ান মপান্দ চৌক্রি থাদুন কারগ মদুদ চে নপ্প হৌরক্লে।

নুমিদাংৱাইরম্ ওইরক্লে, অদূ ফাওবদ শক্তম্দুদ থবক্ তৌবদূ মপূং ফারম্দে। মবোক্সূ চাক্খুম্গী থবক্ তৌব চঙ্খ্রে। পাতিয়ান নীংব কায়রদুন হৌজিক্ফাওব মাগী থবক্তুদ পূক্লিং চঙ্লি। 'হয়েংদি কালেন্গী কূম্ভেগী অহান্ব নুমীৎনি অমসূং মবোক্ল নুমীৎ চূপ্প লাইশঙ্দ ঈৱাৎ থৌনি তৌগনি।

অহীংদসূ চাক্ চারব মতূংদ মখোয়্ অনী থবক্তুদ লূপ্লস্মী। অদূ ফাওবদ মপূং ফাব ঙম্লম্দে। পাতিয়ান মপূক্লিং থেম্জিঞ্জরক্ই, 'হয়েংফাওবদি মতোম্ত ওইরবসূ চে নপ্প ঙম্গনি, ফিরাল্, চেবোন্নচিংবদুগুম্ব, অতোপ্প থবক্তু লোইব ঙম্দ্রবসূ করিসূ লৈতে। থাউমৈ থান্ফম্দূ মদূ য়াওদ্রবসূ ফজগনিদ । অহীং তুম্ব চঙ্বদদি মহাক্ নীংব কায়রক্ই।

মথঙ্গী নুমিত্ত মহাক্ ঙক্পগী ঙম্খৈ লৈরম্দে, হৌজিক্ মবোক্ল অতৈ কালেন্ থানিল্গুম্ ঙসিদি ঙস্তান লাইশঙ্দ চত্তবদুদ পাতিয়ান নীংশিংহন্দুন হায়রক্ই, 'অবোক্ মীশিংন লাইশঙ্দ চৎনব হৌরক্লে।'

'ঐ তারে ঈবূংঙো' মবোক্ল হায়্, 'তৌইগুম্বসূং হন্দক্তি ইতোম্ত চৎলরোই,ঐখোয়্ অনী চৎকনি।'

'তৌইগুম্বসূং অদোম্দি ঈরাৎ থৌনিসূ তৌগদবনি' পাতিয়ান হায়্। মবোক্ল পাউখুম্ পীবগী মহূত্ত নুংসিন পাতিয়াগী মকোক্ত চূপ্পীরক্ই অদূগ হায়্, 'অফব ৱানী, মবোক্ত মতম্ লৈব খিবিক্ত মশাগী থবক্তু নীংশিংগদবনি।'

নুমিৎ থোরক্লে। অয়ূক্কী সনা মচুগী মশেক্ল পোৎ খূদীংমক্ত য়েবদ মঙাল্ নাইরি। পতিয়া অমসূং মবোক্ল লাইশঙ্দ চৎলী। লম্বীদ মী য়াম্ন কূংই, পূম্নমক্ল লৈ, **খীর্** অমসূং **অগরবত্তি**নচিংব পুনরি। লাইশঙ্দ থুংলুবগ ঈরাৎ থৌনি তৌরে। লাই খুরুম্বনচিংব লোইরদুন মখোয়্ অনী যূম্দ হল্লক্লে।

ঙসিদি কয়াদ হৱাও-তয়াম্ব অমসূং নুংঙাইরব মতম্নি। মায়্কৈ মরীদ থৌনা অমদি হৈনীংবনি। মী পূম্নমক্ মাগী-মাগী যূম্দ কালেন্ থানিল্গী লৈতেংবদমথৌ চিল্লি, থাউমৈ থান্ফম্দুগী অপাব মরী-মরী চৎলিব মচু-মচুগী চেসিং নুংসিংন মরম্

ওইদুন সর-সর হায়ন মখোল্ থোক্লি, হাইরি । পাতিয়ান চৎন-চৎন য়াল্লিব অদৃগুম্ব থাউমৈ থান্‌ফম্‌সিংদুদ য়েংলি ।

মবোক্ য়াঙুন চৎলী । য়ুম্ য়ৌবগ মহাক্ক পাতিয়াবু থুন চরা ৱাল্‌হল্লে অদৃগী মতুংদ মপূং ফাদ্রিব থাউমৈ থান্‌ফম্‌দুগী মতুংদুদ মপূং ফাদ্রিব থাউমৈ থান্‌ফম্‌দুগী মনুংদ চঙ্‌ল্লে অমসূং মতৌ অসূম্ন মখোয় থবক্কু হৌরক্‌ই ।

নূমিৎ য়ুংব ফাওবদদি থাউমৈ থান্‌ফম্‌দু ফজরক্লে । লম্বীদ চখোক্ চৎশিন তৌরিব মীওইসিংন য়েংলদুন হায়রক্‌ই, ‘য়েংউ কয়াদ সিংগ্রব অঙাংনো ? মতোম্‌ত থবক্ পূম্নমক্ তৌরিবসে ? থাউমৈ থান্‌ফম্ মনুংদ মবোক্ক চেগী লৈ সারি, কক্লি, পাতিয়ান থাউমৈ থান্‌ফম্‌দুগী মথক্ত মদূ পায়রি অমসূং মতৌ অসূম্ন শক্তম্‌দুদ নপ্‌শিল্লী, মদূ উবদ ফজরক্লে । মখোয়্‌ন অঙৌব, সংবান্নব অমসূং অঙাঙ্‌ব মচুগী চেসিং শিজীন্নরি অমসূং মচুদুগী চেসিংন মপান্দুদ লৈতেংলি ।

নুমিৎ য়ুংলে । চাক্ থুন থুন চারগ মখোয় থবক্কুদ লূপ্‌শিল্লি । মবোক্ক থুন-থুন অদূসু তূমিন্ন থবক্কু তৌরি অমদুদ পাতিয়াদি করিগুম্বদ ঈশৈগী ময়েক্ খর ঙংলি । অনীমক্কী খুৎশাসিংদু থুন-য়াঙুন লেংলি । ককৃপ, গম্ তৈব অমদি নপ্ন, মসিনি থবক্ । মবোক্ক সূপ্নগী অৱাব অম লৈরি, করিগুম্ব অম তৌদুনথাউমৈ থান্‌ফম্‌দু লৈতেংব লোইদুন নুমিদাংৱাইরম্‌দ লোইব ঙম্নব । মহাক্ক চেদূ অশাঙ্‌বগী মতুং ইন্ন থূপ্লি অদূগ অঙক্‌প মওঙ্‌দ কক্‌ই । মতৌ অসূম্ন চেগী ফজরব দিজাইন্ সাই । পাতিয়ান মদু লৌবগ থাউমৈ থান্‌ফম্‌দুদ নপ্‌শিল্লী ।

থবক্ তৌন-তৌন নুমিৎ তাখিগদৌরে । নুমিদাং ওইরক্কদৌরে অদূবু ঙসি অহীংদি মম্‌দে, কবিগীনো হায়্‌বদ ঙসি অহীং মায়্‌কৈ মরীদ মঙাল্‌গী পরেংন অহীংবু তরাম্ন ওক্লি ।

লাইশঙ্‌গী কাংসি খীংব হৌরক্‌ই । ধোন্ য়ৈবগী মখোল্ তারক্‌ই । নুমিদাংৱাইগী ঈরাৎ থৌনি মতম্নি । পাতিয়ান মায়্‌কৈ মরীদ য়েংই । মহাক্ক য়ুম্ খূদিংগী মচুগী মৈঙাল্‌সিং, বোম্ব্রা পাইখৎপ উরাক্‌ই । তপ্ন-তপ্ন মায়্‌কৈ মরীদ থাউমৈ থান্‌ফম্‌গী থান্‌ফ্ ঙাক্ত ঙায়্‌খ্রে । মতৌ অসূম্ন মৈঙাল্‌গী পরেংগুম্লে । পাতিয়া হৌজিক্ অরোয়্‌ব লৈ নপ্‌সিল্লে । মহাকী মায়্‌থোঙ্‌দূ হরাওবন শাৎকায়রক্‌ই । কত-কত থাউমৈ থান্‌ফম্ মনুংদগী মবোকী চপ্নথাঙ (কাতি) মখোল্ তররক্‌ই । মহাক্ হৌজিক্‌সূ চে কক্লি ।

‘অবোক্ তোক্লো’, পাতিয়ান হরাওন হায়্, ‘থাউমৈ থান্‌ফম্ মপূং ফারে ।’

'ভগবান্ বুদ্ধন মতম্ পূম্বদ মতেঙ্ পাংই।' মবোক্না ঙাঙ্‌ন ঙাঙ্‌ন তৃমিন্ লৈখ্রে। ঙাইহাক্ লৈরব মতূংদ কপ্পগী খোঞ্জেন্দ হায়্রক্‌ই, 'পাতিয়া ঈবুংঙো, পাতিয়া ঐ মপান্ করম্ন থোক্কনি ? নঙ্ন ঐবুদি মনূংদ থিংজিন্দুন থম্লে।' তসেংবদি পূক্রিংগী ঈহুন্দুদ মবোক্কী মপান্ থোরক্লব লম্বীদুস্ থিংজিন্থ্রেদন।

'হোয়্ অবোক্ হৌজিক্ করি তৌগনি ? চেসি শেগায়্‌বস্ ফত্তে' পাতিয়ান হায়্রক্‌ই।

'করিস্ নত্তে ইবুংঙো, নঙ্ নুংঙাইতব তৌরুনু।' মবোক্না থাউমৈ থান্‌ফম্ মনূংদগী হায়্রক্‌ই, 'খুদোংথিব লাক্লবদি মদুদগী নাম্বোক্লব পাম্বৈস্ লাক্‌পনি, নঙ্ মৈখেৎ অম মনূংদ লংশিল্লক্‌উ, ঐ থাউমৈ থান্‌ফম্‌গী **মোম্‌বতি**সিংসে চুখৎকে।'

পাতিয়া মৈখেৎ পুরক্‌ই, মহাক্না থাউমৈ থান্‌ফম্ মথক্তগী মশামক্না মনূংগী **মোম্‌বতি**সিংদু চুখৎপ ঙম্বনি তৌইগুম্বস্‌ং হৌজিক্ মবোক্ মনূংদ লৈরবনিন মৈখেৎ মনূংদ লংশিল্লে। মবোক্না **মোম্‌বতি**সিংদু অমমম্‌ত ওইন চুখৎলক্‌ই। থাউমৈ থান্‌ফম্‌দু ফজরব মঙাল্‌গ লোয়্‌নন ঙান্‌খৎলক্‌ই।

'ইবোক্কী মশু ইবুংঙো, নঙ্ হরাওরব নৎত্রা ?' মবোক্না মনূংদগী হায়্রক্‌ই। পাতিয়াগী পাউখুম্ ঙাইদন মহাক্না মখা সম্‌থরক্‌ই, 'ঐস্ ইবুংঙো য়াম্ন হরাওই, ঐহাক্ হৌজিক্ ঈবাৎ থৌনিগী থবক্ত পূক্রিং চঙ্‌ব ঙম্লগনি, করিগীনো হায়্‌বদ থাউমৈ থান্‌ফম্‌গী থবক্ থুন লোইসিল্লে।' মতম্‌দুদ মবোক্না **ভগবান্** বুদ্ধগী **সুক্তি** খরা থিথরক্‌ই, 'করিগুম্ব নূপা অমন মাগী নুংঙাইব খরদু থাদোক্‌প ঙম্লবদি নুংঙাইব ময়াম্ ফংব ঙম্মী অদু ওইরবদি মাগী নুংঙাইব খরদু থাদোক্কুন অয়াম্ব নুংঙাইবফংবন ফৈ।'

পাতিয়া করিস্ খঙ্‌ব ঙম্‌দে। মান খঙ্‌ব হায়্‌ববু মবোক্‌স্ য়াম্ন হরাওই অমসুং মফম্‌সিদ মহাক্‌স্ মপান্ নাইদন নুংঙাইজৈ।

নোংপোক্ মায়্‌কৈদ অতিয়াদ সনা মচুগী বোম্না থাগৎলী, মদু মপুং ফারব থাজন অতিয়াদ কাখৎলক্লি। মহাক্‌পু কালেন্ থানিল্‌গী অচৌব কৃষ্ণেগী শরুক্ অম ওইন মথক্ত হাইগৎলক্লিবনি। অহীংগী লৈম (নিসিগন্ধ) ন অতিয়াসিবু লূহূপ্ উপ্‌হৃম্বিরি। অদুগুম্ব লূহূপ্তুগী হীরা অমখক্ অপিক্‌প লৈবাক্কী খাংপোক্‌শঙ্গী মাঙ্গোন্দ কূম্‌থরক্লি। মফম্‌দুদ অপিক্‌প অঙাংদুন হীরাগী ফজবদু য়েংলি।

থাউমৈ থান্‌ফমদুগী অতোপ্প মায়কৈদ অহল্‌ ওইরবী নুপী অমগী ঈরাৎ থৌনি তৌরিব শক্তম্‌ অমগী মমি উরক্‌ই।

খুঙ্গং পুম্বন লৈতেংলবদুদ মসিন খ্বাইদগী চাউরব থাউমৈ থান্‌ফম্নি। অহীং চুপ্প মীওই পুম্বন মসি য়েংবা লাক্লখি। কনান নক্ল, কনান থাপ্ল। অহীং তংখাইফাও মসিগী কুম্মোসি চথরি। মী পুম্ব ফজব দৃশ্রদু য়েংবদ শুম্‌হৎখ্রি, ফজরব কুফেৎ-কাফেৎ তৌরিব চাউরব থাউমৈ থান্‌ফম্‌ অমসুং মদুদ তারিব লাই নীংলিব মমি।

থাজন চৎন-চৎন চপ্‌ চান মথক্ত লাক্লে। করিগুম্বদ লৈচিন্‌সিংন মসিবু কুপ্‌সিল্লি। মায়কৈ মরীদ পুম্‌চিক্‌ চিক্‌ই, মপুং ফান ঈংন।



তপ্ল-তপ্ল থাউমৈ থান্‌ফমদুগী মঙাল্‌ সিথরক্লে। মোম্‌বাত্তীসিং অমমম্‌ ওইন লোইথোক্‌খ্রে। তপ্ল-তপ্ল পুম্নমক্‌ ঈংথখ্রে। মবোক্ল থাউমৈক থান্‌ফমদুগী মায়কৈ অমদ চে শেগায়রগ মপান্দ থোরক্‌ই। মপান্দ পাতিয়া থাউমৈ থান্‌ফমদুগী ময়াদ তুল্লম্ব থেংনৈ। মহাক্কী মায়থোঙ্‌দু মপুং ফান পেঙ্খোক্লদুন। তসেংন মহাক্‌ মঙ্‌দ মাগী থাউমৈ থান্‌ফমদু মশাগী য়ুমগী ইকায়খুম্নব (ইজ্জৎ) হেন্‌গৎহন্বনি খন্দুন য়েংজরি।

*পাই য়েক্‌পা — সোমাব্রি হেরম*

থাইলেন্দ

# য়েরুম্ থুগাইব হিরো

মানোজ কেরলমায়ুম

'জ্যাক্ নঙ্ ঙসি **মেলা** য়েংব চৎলোইদ্রা ? নুমিৎ লয়্থরক্লে । নুমিদাংবাই ওইরক্লে ' মমান হংলক্ই ।

'করিগী চত্তনি,মম্মী, ঐ শোয়্দন চৎকনি । চহী অমদ অমুক্খক্ তৌব **মেলা** নি ।'

'নঙ তসেংন খঙ্দ্রে, হন্দক্কী **মেলা** সিদ অনৌ-অনৌব পোৎ য়াওগনি, জগোয় সাবী, কোয়্ন চৎপ **সিনেমা**, লাইথি কৃষ্মনচিংব পুম্নমক্ নোংমদ লোইন য়েংবস্ ঙম্লোই ।'

'*মম্মী*, **মেলা** নুমিৎ কয়ানি চথগনি ?'

'ঐন খঙ্বদ নুমিৎ হুম্নিফাও' মমান হায় ।

'অদুগ নঙ্ হৌজীক্ করি তৌদুন লৈরিব ?'

'ঐ **মেলা** দ য়েরুম্ থুগাইবী সান্নগনি । অদুগীদমক্ য়েরুম্ ফুৎলি ।'

জ্যাক্ মপুক্লিংদ **মেলা** গী মরম্দ খল্লী । লাইশঙ্দ **মেলা** তৌগনি মফম্দুদ য়াম্ন লাঙ্-খোৎলম্গনি, খুঙ্গংদুগীত নত্তন মনাক্ নকপ খুঙ্গংগীস্ মীওইসিং **মেলা** য়েংব লাক্লম্গনি । পুম্নমক্ত অনৌব,অহন্ব ফিরোল্ শেৎনরমগনি, লীক্-কোন্ অমসুং লৈতেংনচিংব সিনরম্গনি নুপীসিংন,নৎত্রগস্ **মেলাদ** মশাগী লীক্-কোন্ অমদী মফি-মরোল্ উখোক্লবগী তাঞ্জা ফংনরম্গনি । অসিগুম্ব মতাঙ্সি নুতিগী ফংব নত্তে, নুপামচাসিংন **মেলাদ** য়েরুম্ থুগাইবী মশান্ন সান্নবগী তাঞ্জা ফংলগনি ।

মম্শিল্লকপ হৌরে । জ্যাক্কী য়েরুম্ সৌরে । মান মদু চেক্শিন্ন ফুরিৎখাউদ হাপ্চিল্লে অমসুং মমান্নবসিংগ লোয়্নন সেংগ, কুন্ অমসুং জেমিগ উনদুন । মরুপ্ মরী তিন্নদুন লাইশঙ্দ চৎলে, মফম্দুদ **মেলা** তৌরি । **মেলাদ** মী অমসুং লাঙ্বদি মহানি । মফম্ অমদ কাঙ্লুপ্ জগোয় সানব শেম্ সারি । জ্যাক্ন জগোয় সাগদৌরিব কৃষ্ণোরোইসিংদু য়েংনীংই । মখোয়্দু **কলাদ** হৈ সিংবন মরম্ ওইদুন অফাওব ভাক্তনি । য়েংগদৌরিব মীয়াম্ তিল্লে । অয়াম্ব য়েংগদৌরিবসিং লৈমায়্দ মায়্কৈ মরীমক্ত কোয়্সিন্দুন ফল্লে । মখোয় পুম্ব মান-মান ফম্নব ফক্ পুদুন লাক্লবনি ।

মরূপ্ মরীদুন ঙাইহাক্ অপূম্ব জগোয়্দূ য়েংলে অদূগ অমূক্ লাইথি জগোয় য়েংলি। মফমদুদদি অয়াম্ব য়েংলিবদূ চহী য়াম্নব ঙাক্ত ওইন তৌই মরম্সিন মখোয় মফম্দূদ লেপ্তুন লৈব ফত্তে খন্দুন কোয়্ন চংলে। মখোয়্ন লাইথিগী কূম্মোদগী হেন্ন নুংঙাইব অম থিরিবগুম্ তৌই। মরমীসিন মখোয় **মেলা** গী মফম্ পূম্ব থুংন চংলে।

কোয়্ন-কোয়্ন চংপদ মখোয়্ন য়েরূম্ য়োম্ব পোংয়োন্শঙ্ অমদ থুংলুরে। পোংয়োন্শঙ্সিদ অকূংপ য়েরূম্ থল্লি য়োম্নব। তসেংবদি পোংয়োন্শঙ্সিনি মখোয়্ন **মেলা** গী মফম্ থুংন থিরুরিবদো।

পোংয়োন্শঙ্সিদ অঙাং নূপামচা, নূপীমচা য়াম্ন তিল্লম্মী। পূম্নমক্ক অকূংপ য়েরূম্ লৈনব তিল্লম্লিবনি।

ময়াম্সি য়াম্ন লাম্লব্রা? তসেংন মদূসু নত্তে, পূম্নমক্শি চানবগী নত্তে, য়েরূম্ থুগাইবী সান্নবগীদমক্তনি লয়্নবিবসি। মশান্নসি মখল্ অমগী মূরুবনি। মসিদ অঙাংসিংন ব্রাফম্ অম থন্নে, সেল্ নত্তব য়েরূম্গী। ব্রাফম্ থম্লবিব অঙাং অনীদো মখুত্ত য়েরূম্ অমমম্ পায়্দুন অমন অমগী য়েরূমদুদ চৈফূ পী। মসিদ অয়াম্বন য়েরূম্ অমদি কায়্। অনীদুদগী কম্ব য়েরূমদু মদূ কায়্দন লৈহৌই। অঙাংদুগী য়েরূম্ কায়্হৌদবদো অতোপ্প অকায়্ব য়েরূমদূ মায়্থিব পীরবনি। করি-করিগুম্ব য়েরূম্ অনীমক্ কায়্বসূ য়াওই।



ফিভম্‌সিদদি মায় পাক্‌প মায়থিবগী বাফম্‌ লৈতে অনীমক্‌ মান্নন খন্নে। মাগী-মাগী অকায়্‌ব য়েন্নম্‌দু লৌনৈ।



'লাক্‌ও ঐখোয়্‌ য়েন্নম্‌ লয়্‌শি অদূগ সান্নব হৌরসি' জেমিন হায়্‌রক্‌ই।

'কয়া য়োল্লী য়েন্নম্‌সে' কুনন পোৎয়োন্‌শঙ্গ্‌দ ফল্লিবী নূপীদুদ হংই। 'য়েন্নম্‌ অমদ বাহ (ইন্দোনেসিয়াগী সেল্‌য়েক্‌) অম পোৎয়োন্‌শঙ্গ্‌ মপূদুন হায়্‌রক্‌ই।

অঙাংসিংন য়েন্নম্‌ খন্ব হৌরক্‌ই। মশান খঙ্‌জব মওঙ্‌দ খ্বাইদগী কন্ব য়েন্নম্‌ খল্লিবনি। মখোয়্‌ন য়েন্নম্‌দূ অহান্বদ য়াম্ন চেক্‌শিন্ন য়েংই, চাং য়েংলব তুংদ লয়্‌। মতৌ অসূম্ন অঙাং পূম্নমক্ক য়েন্নম্‌ অমমম্‌ লয়্‌রে।

জ্যাক্‌কীদি লৈজরবনি। মহাক্ক য়ূম্‌দগী ফূত্তুন পুরক্‌প্রবনি। মরম্‌দুন মাদি য়েন্নম্‌ লয়্‌দ্রে।

'লাক্‌ও জ্যাক্‌' জেমিন হায়্‌, 'ঐন ঐগী য়েন্নম্‌সি নঙ্গীগ থেংনব পাম্মী।'

'ফৈনা, মখাদ কনাগী য়েন্নম্‌ থংগনি ?'

'ঐগী' জেমিন হায়্। মহাক্ন মাগী য়েরুম্ মখূৎ অমন অসূম্ন পায়্ মদূগী অকোয়্‌ব শরুক্তুন মপান্দ থংত্তে। 'য়েংউ মসিদ লৈরে ঐগী য়েরুম্'' জ্যুকনসু মাগী য়েরুম্দূ ফজন পায়্‌রে অমসূং মখূৎতূ লয়্‌দুন জেমিগী য়েরুম্দুদ পান্দম্ থম্‌দুন লংই।

'ক্রাক্' য়েংম্ অম কায়্‌বগী মখোন্ তায়্ পূম্নমক্ক অমত্ত ওইন য়েংই, জ্যুক্‌ন লাউই অমসূং [illegible] নুংশিংত্তে লংখংখি। মদুদ মায় পাক্লিবনি অমসূং মহাক্ক জ্যুক্‌কী কায়্‌রব য়েরুম্দ মান ওইন খোম্‌জীন্দুন লৌই।

'হৌজিক্ ঐগ কনাগা থেংনগনি লম্বা' অতোপ্প মমান্নবসিংগী মায়্‌কৈদ লয়্‌দূন জেমিন হায়্‌বক্‌ই।

'ঐন তৌগনি লম্বা' সেংগন মাগী য়েরুম্দূ উৎলদুন হায়্‌রক্‌ই, 'য়েংউ ঐগী য়েরুম্গী মকূাদ মুন্দবগী মতৌ উবিবসে। মসিগী ব্রাহম্ভোক্তি য়াম্ন কল্লী হায়্‌বনি। ঐগী য়েরুম্ন নঙ্গী য়েরুম্ থুগাইগনি হায়্‌বসিদ থাজব লৈ।'

'হৈ' জেমিন হায় 'য়েংব তারেদনা, নঙ্গী য়েরুম্দূ মখা থংউ।'

সেংগন মাগী য়েরুম্দু মখূৎন কন্ন পায়্। মোমোন্ নোক্তুন জেমিন মাগী য়েরুম্দ পান্দম থম্‌দুনা সেংগগী য়েরুম্দ লংই।

'ক্রাক্' অমসূং হন্দাক্ত জেমিগী য়েরুম্দূ কায়্‌রে।

'হা হা' সেংগ হ্রাওই 'ঐন হায়্‌দরা ঐগী য়েরুম্ কল্লী অমসূং হৈ।' মহাক্ক জেমিগী অকায়্‌ব য়েরুম্দু লৌখ্রে। জ্যুকন পোৎয়োন্‌শঙ্গদগী য়েরুম্ অমমুক্ লয়্‌রে অসূম্ন মরুপ্ মরীসূ য়েরুম্ থুগাইবী সান্নরি। মসিদ কনাগীন হেন্ন মায় পাক্তে, কনান হেন্ন মায়্‌থিদে, মখোয় য়েরুম্ য়াম্ন লয়্‌নরে। মখোয় অমন অমবু ঙম্নবদগী। মময়্‌দ মখোয় কায়্‌রব য়েরুম্‌সিং পুদুন হোটেলদ চঙ্‌খ্রে। মফম্‌দুদ পূম্নমক্ক পূন্ন অকায়্‌ব য়েরুম্‌সিং অমদি চাক্, দহীগ চারম্মী।

মখোয় মাগী মাগী ময়ূম্দ চৎনব লয়্‌থোক্লরক্‌পদ লেপ্পরম্মী হয়েং নুমিদাংব্রাইরম্ অমুক্ উনদুন মেলাদ চৎমীন্ননব। মাগী মাগী ময়ূম্দগী য়েরুম্ পুনরক্কদবনি অদূগ মশান্নসি সান্নগনি।

মথঙ্গী নুমিৎত নুমিৎ যুংব মতূংদ জ্যুক্‌ন যূম্‌গী মাঙ্গোন্দো লৈরঙ্ শেম্‌দুন মৈ হৌরে অমসূং য়েরুম্ ফূৎপ হৌরক্‌ই। মহাক্ক মেলাগী মরম্‌দ খল্লি, মতৌ করম্ন

য়েন্নায় ফূৎকনি, অহান্বদ কনাগ থেংনগনি, খঙ্হৌদন খল্লকই। খোঞ্জেল্ অম তারক্ই, ''জ্যাক্ মসিদ করি তৌরিবনো ?''

'পপা, ঐ য়েন্নম্ ফূৎলি, নুমিদাংবাইরম্ মেলাদ য়েন্নম্ থুগাইবী মশান্ন লৈ।'



মপান তপ্প নোক্লক্ই, মহাক্ মপূক্লিংদ মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী মতম্দু নীংশিংলক্ই। মতম্দু জ্যাক্কী চহী মতাঙ্সিমক্ ওইরম্মী, মশামক্ অসিগুম্ব মশান্নসিদ শন্নক্ য়ারক্খি, হৌজিক্ মহাক্ জ্যাক্পু য়াম্ন নুংসিরক্ই। ব্রাফম্ খূদিংদ পাউতাক্ পীরদুন হায়রক্ই, মান করি তৌগদবনো অমদি করিবু তৌরোইদবনো হায়বদু। মহাক্পু মপূং ফান চেক্শিন্ন থম্মী। মহাক্কী অমত্ত ঙায়্ব ব্রাখল্দি জ্যাক্ন চাউরগ অফব অমদি মতীক্ চাব মীওই অম ওইবসিনি। মহাক্ন মতম্সিদ ব্রাখল্ তৌরক্ই, ঙসি নুমিদাংবাইরম্গী সান্নবসিদ জ্যাক্ন মায় পাক্কনি। মহাক্ন জ্যাক্ত হংই 'নঙ্ করি খল্লীবগে, নঙ্ থেংনবসিদ মায় পাক্কদরা ?'

'ঐঙোন্দ মদূ তসেংবদি খঙ্দে পপা , ঙরাঙ্সূ ঐহাক্ অহান্ব লম্বাদ মায়থিরে।'

'ঐ নঙোন্দ মদুদ মায় পাক্লব করি পাম্বে তাক্উগে ?''

'পপা, তাক্পীয়ুদনা, করি পাম্বে লৈবগে ?'

'ঐন নঙ্গী মতাঙ্সিগুম্ব মতমদুদ ঐস্ মশান্নদু য়াম্ন সান্নরম্মী। খুঙ্গংদ করিগুম্ব **মেলা** তৌরবদি ঐখোয় অঙাং পুম্নমক্ অফৎপ য়েক্সম্ পুদুন য়াম্ন সান্নরক্ই। মতমদুদ নুংঙাইবস্ য়াম্ন নুংঙাই। করি করিগুম্বদ ঐখোয় চাংয়েংদু অতোপ্প খুঙ্গংগী অঙাংসিংগস্ সান্নরম্মী। করি করিগুম্বদ ঐনস্ অমূক্খক্তি য়েক্সম্ তরানিথোয়্রোম্ মায়্থিব পীব ঙম্খি।

'পপা, অদূন নঙ্ করিগুম্ব মিত্রঙ্ খঙ্লমগনি' জ্যাক্ন অঙক্পগ লোয়্নন হায়্রক্ই, ''ঐঙোন্দ ব্রাফম্ পুম্নমক্ তাক্পিয় মদূগী মিত্রঙ্দো।'

'মিত্রঙ্, করিস্ নৎতে ইবুংঙো ব্রাফম্ পুম্নমক্ য়েক্সম্ ফৎপদ লৈরে করিগুম্বদ নঙ্গী য়েক্সমদূ কন্হম্ব শ্বায় শ্বায় লাঙ্দব পাম্লবদি নঙ্ন মদূ য়াম্ন কুইন ফৎপ তাই। অদূক্কী মতীক্ কুইন ফৎপ ঙন্নিমখৈ ফত্লূ, কুইন মৈথক্ত থম্মু, য়েক্সমগী মকূদু নুংগুম্ কন্দ্রিফাও। মসিন চুম্লবদি মদূ তুংদ চাবদি য়াররোই তৌইগুম্বসৃং নঙ্ন অদূক্কী মতীক্ য়াম্ন মায়্থিব পীরিমখৈ ফৈ, চাবগীদমক্ ব্রানীংঙাইদি লৈত্রে মরম্শিন ঐগী ব্রাসি তাও। ঐগী ব্রাশক্লি ঙসিদগীদি নঙ্ **মেলাদ হিরো** ওইরগনি।'

'নুমিদাংব্রাই ওইরে, জ্যাক্ মাগী মরূপ্সিংদু য়েক্সমগী পোৎয়োন্শঙ্দ উনরে। জেমিদ মান হায়্রক্ই, ''লাক্লো, জেমি ইবানি লম্বা। ঙরাঙ্ মায়্থিবগী ঈমন্ সিংনবগীদমক্ শেম্ সারে ঐ।'

'হোয়্, হোয়্, করিগী পাদনি ? নঙ্ ঙসি মদূগী ব্রাখল্ তৌরবনি নঙ্ নুংঙাইতব তৌদ্রবদি লম্বা তৌনরসি। তৌইগুম্বসৃং ব্রা অমদি হায়্গে, ঙসিদি ঐগী য়াম্ন কম্ব য়েক্সম্ লৈ।'

সান্নব অমূক্ হৌরে। জ্যাক্কী য়েক্সম্ মখা থংই, জেমিন পান্দম্ তৌই, 'ক্রাক' হায়্ব খোঞ্জেল্। জ্যাক্কী মায়্থোঙ্ লংখৎলক্ই। মাগী য়েক্সম্ন মায় পাক্লে। জেমিগী মায়্থোঙ্ নীংব কায়্রক্ই। মহাক্ মাগী মায় পাক্পদ থাজবনি।

' হৌজিক্ কনানো, অমুক্ লম্ব তৌনব লাক্লদৌব'' জ্যাক্ন মাগী অতোপ্প মমান্নবসিংদো য়েংলক্ই।

খর চাউব অঙাং অমন হায়্রক্ই, 'ঐগ লম্বা তৌসি।' কুন্ন মাগী য়েক্সম্ উৎলদূন।

মতম্‌সিদসূ জ্যুকী য়েরূম্ম মখা থংবদ, মান মায়্‌ পাক্লে।

ঙসি নুমিদাংৱাইরম্‌সি মাগী খুঙ্গংগী অতোপ্প মরূপ্‌সিংগ লোয়্‌নন সান্নরে অমসূং পুম্নমক্‌পু মহাক্ল মায়্‌থিব পীরে। মতৌ অসূম্ন য়েরূম্‌ কয়ামরূম্‌ মায়্‌থিব পীরে। হৌজিক্‌ মহাক্‌ মশাবু তসেংন থাজরক্‌ই, মহাক্ল খল্লী, অতোপ্প খুঙ্গংগী নূপামচাসিংগসূ শিংনব য়ারনি।

'লাক্‌উ, ইয়াম্ব, ঐখোয়্‌গ লোয়্‌নন অক্তংসূ লম্বা তৌনসি।' মহাক্ল মনাক্কী খুঙ্গংগী খর চাউব নূপামচা অমদ হায়্‌রম্মী। খর চাউব নূপামচাদূসূ মমান্নবসিংগ লোয়্‌নন নুমিদাংৱাইরমদূ সান্নরম্বনি অমসূং মথং-মথং মায়্‌ পাক্লম্মী। মহাক্‌ অরিব, হৈরব সান্নরোইনি। 'য়াম্ন হরাওন' মহাক্ল হায়্‌রক্‌ই। মহাক্ল জ্যুক্কী য়েরূমদূ মখূৎন পায়্‌দুন য়েংই,



মদূগী অরূম্বদূ ওল্লিবগুম্‌ তৌই। হায়্‌রক্‌ই, 'নঙ্গী য়েরূম্‌সি য়াম্ন লূম্মী তৌইগুম্বসূং ঐগীন হেন্ন কল্লী।'

'ইয়াম্ব, য়েরূম্‌ ঐগীন মথক্ত লৈহল্লু।''

'ফৈনে' অতোপ্প অঙাংদুন হায়রক্‌ই, অমসূং মহাক্ল য়েক্নমসূ কন্ন পায়রম্মী। জ্যাক্‌ন থুনমক্ পান্দম্‌দ লংই ''ক্রাক্'' হায়ব মখোন্ কন্ন তারক্‌ই। জ্যাক্ অমদি মাগী মরূপসিংন উরে জ্যাকী য়েক্নম্ কায়রে,। মখোয়্‌গী মায়থোঙ্ মক্‌শিল্লক্‌ই তৌইগুম্বসূং থুনমক্ মখোয়্‌গী মায়থোঙ্‌দ মোমোন্ মীনোক্ল লৈতেংলক্‌ই করিগীনো হায়বদ অচৌব নুপা মচাদূগী য়েক্নমদূসূ কায়রম্লে। মতৌ অসুম্ন লম্বাদূ চপ্ মান্নরে । কনাসূ মায় পাক্তরে, কনাসূ মায়থীদরে। অঙাংদূসূ হরাওরে, মহাক্ল জ্যাকী মরেঙ্‌বান্দ মখুৎ থম্‌দুন থাগৎপ ৱাহৈ হায়রক্‌ই, 'জ্যাক্ ঙসিগী লম্বাসিদ ঐখোয় অনীমক্ মায় পাক্লে, নুংসিরব ঈনাও ঐদী তসেংন সান্নরোয়্মক্লি, নঙসূ অদুম্মক্ ওইরক্লবনি। ঐখোয় অনীমকী য়েক্নম্ কায়রে, মরম্‌সিন ঐখোয় মশা মশাগী য়েক্নম্ লৌনব য়াই। অদূবু ঐগী য়েক্নমসূ নঙ্ লৌজরো, নঙসূ মতিক্ চাব সান্নরোই অম ওইরবনি।'

জ্যাক্‌কী হরাওব অমসূং নুংঙাইবগী ঙম্‌খৈ নাইখিদ্রে। অঙাং পূম্নমক্ পুদুন **হোতেলদ** চঙলক্‌ই। মফম্‌দুদ মান মায়থিব পীরক্‌প য়েক্নমমখৈ মমান্নবসিংদ য়েঙ্খোক্লক্‌ই। পূম্নমক্ল ঙক্লরম্মী। ঙসি জ্যাক্‌ন করম্ন মায়থিব পীরিবনো ? মখোয়্‌ন মদূগী অরোম্বদূ হংনরক্‌ই। জ্যাক্‌ন তাক্তি তাক্লে, **বস্**, মহাক্ল সূপ্নগী মোমোন্ নোক্তুন লৈরে অমসূং মকোক্ হাইগক্তুন ময়াম্‌গী থাগৎ ৱাহৈদূ ওক্তুন লৈরে।

হরাও হরাও মহাক্ য়ূম্‌দ হল্লক্লে। মপূক্লিংদ খল্লী, পপাগী মিত্রঙ্ থবক্ কান্নরে, চুম্ব মতম্ ফাওব মহাক্ নূমিদাংৱাইগী সান্নবদূ নীংশিংদুন লৈরে। মহাক্ল তুংগী থৌশিল্ কয়া শেল্লি। মহাক্ তসেংন থাজরক্‌ই, মপাগী মহূত্ত মহাক্‌সূ খুঙ্গংদুগী **হিরো** ওইরগনি।

সুরোসক্ হসদিন্ খোন্

মলেসিয়া

# য়ূম্লোন্নব

ইস্মাইল্ অহমদ্

জলেলা অমসূং মাগী ইমূং মনূং *তমন সেন্টোসা হাউসিং কোলোনীদ* য়ূম্ হোংলক্ই মদুদ থুনমক্ মীলিংগ, য়ূম্লোন্নবদ লৈবীদূগ মরূপ্ ওইরে নূপী মচা অনীমক্ ক্লাস্ অমত্তদ তম্মী অমসূং নুমিৎ খুদিংগী পুন্ন স্কুল্ চৎমিন্নে, হল্লক্মিন্নে । অহাঙ্ব মতম্দস্ মখোয়্ লোয়্নন লৈমিন্নে অমসূং সান্নমিন্নে । মবানিগী মরূপ্ ওইবদূ মীলিংগগী মমান হূই অম পুরক্ক্রিঙৈদদি য়াম্ন চেৎশিন্লম্বনি ।

'য়েংউ, ইবেম্ম, নঙ্গীদমক্ ঐন হূইনাও অম পুরক্ই, মসি ঐ অমদি নপাগী মায়্কৈদগী নঙ্গী নপোক্ নুমিৎকী খুদোন্নি ।'

'ঐগীদমক্ ?' মীলিংগ হরাওবন লোইরে, হূইনাওদূ নুংসিন তৌবিরে, মান হায়্রক্ই, 'নঙ্ কয়াদ ফজরিবনো ? নঙ্গী নমিং করি কৌসিগে ? ফৈ,ঐ নঙ্বূ জোহান্ কৌরগে, হোয়্, জোহান্ য়াম্ন চানরে ।'

তৌইগুম্বসূং য়ূম্লোন্নবদ লৈরিব জলেলাগী মমাদি হূইনাওদূ লৈব খঙ্লক্পদগীদি লাংতক্নরে । জলেলাগী ইমূং মনূংগী লাইনীংলোন্গী মতূং ইন্ন হূই, অমোংপ শানি অমসূং হূইনাও য়ূম্দ য়োক্প য়ানদে । মহাক্ন মপূরোইবদ মসিগী মরমদ হায়্নীংবনি তৌইগুম্বসূং মখোয়্ রাফম্সি থোইন খন্দে,'ফৈ ঐখোয়্ য়ূম্দ হূইনাওদু লাক্নবদি ফৈনা ।' মহাক্ন হায়্রক্ই ।

' তৌইগুম্বসূং অহীং চূপ্ন হূইনাও খোংব অমসূং লাউবদি তারিনিনে ।'

‘ হোয় হূইনাওদূ মাগী অনৌব য়ুম্দূ হৈনরম্খিরোই অমসুং মাগী মমা নীংশিংলম্গনি মরম্সিন মা খোংলিবনি ।’

অদূবু ৱাহৈ খরসিদ মহাক্ পেছোক্প ওম্দে । মাগী অকিব অম লৈরম্মী । জলেলা হূইনাওদুগ সান্নরবদি । মময়দ মখোয়্ন জলেলাবু মীলিংগগী ময়ুম্দ চৎপ থিংব তাই, হায়্ন লেপ্লরে । ‘অদূবু ইমা, ঐ মফম্দুদ করিগী চৎপ য়াদ্রিবনো ?’ জলেলান হংই,

‘হূইনাওদুগী মরম্দগী ।’

‘অদুদ ফত্তব করি লৈ ? ঐ মদুগ লোয়্নন সান্নদে ।’

‘ঐ খঙই, তৌইগুম্বসূং ঈবেম্ম, ঐখোয়্গী লাইনীংলোন্নি । হূই শোক্পফাও য়াদে ।’

জলেলা নীংব কায়্রক্‌ই, মহাক্ পাউখুম্ পীরম্দে । অদূবু তূমিন্ন মমাদ তক্লম্দন মীলিংগগী য়ুম্দ সান্নব চৎলম্মী ।

নোংমদি নুমিদাংৱাইরম্ জলেলা য়ুম্দ চেল্লক্‌ই অমসুং য়ুম্গী মনিং থংবরোম্দ চেন্‌খিবদুদ মমান চিংনদুন মাসূ জলেলাগী মতূং ইন্নরক্তুন মফম্দুদ উরে, জলেলা মখূত্তু নোইদুন চাম্থোক্লি ।

‘করি তৌরে, জলেলা’’, মহাক্ ওক্পগী মওঙ্দ হংলক্‌ই ।

‘মম্মী, ঐবু ঙাক্পীয়ূ, চাম্বিদুন, মম্মী সাউগনু, য়েংঙউ ঐগী খূৎ অসে চাম্থোক্লে ।’

‘অদূবুদি ঐন উরেনে, তৌইগুম্বসূং নঙ মীলিংগগী য়ুম্দ চৎপ য়ারোই, বস্, অদুদগী হেন্ন লৈতে ।’

‘অদূ মম্মী, মাদি ঐগী অফবী মরূপ্নি ।’

মতম্সিদ মীলিংগ লাক্‌ই, ‘জোহান্দি সূপ্নগী জলেলাগ লোয়্নন সান্নগদবগী তৌবনি ।’

জলেলাগী মমাদো ৱাসিদগী অমূক্ হেন্ন সাওরক্‌ই, ‘করি হায়্ব, হূইনাওগ সান্নব, নখোয় অনী খঙলিব নৎত্রা, মদূ ঐখোয়্গী লাইনপীংলোন্‌গী মায়োক্তনি ।

করিগুম্বা হূইন শোক্লবদি নখোয় নশাগী হক্‌চাঙ্‌ শরুক্তু লৈবাক্‌ অমদি ঈশিংন চাম্‌থোক্কদবনি অদূস্‌ তরুক্লক্‌, অশেংব ঈশিংন।'

'অদূবু জোহান্দি সেংই' মীলিংগন থাজন হায়্‌, 'ঐন মাদি নুতিগী ঈরুজবনি। মা করিগুম্বদন খজিক্‌ ফাও মোত্তে, অদোম্ম অমূক্তং য়েংলবদি খঙ্‌বিগনি।'

মসি হায়্‌দুন মান জোহান্‌লোম্‌দ থিন্দুন তাক্‌ই, মদূ মাগ লোয়্‌নন লাক্তুন তুংদ লেপ্লি।

'ঐ খঙ্‌ই, মা শেংই মীলিংগ, তৌই্‌গুম্বসূং ঐখোয়্‌গীদমক্তদি হৌজিক্‌সু মা অমোৎপ শা অমনি, বস্‌ মসিনি।'

মীলিংগন জোহান্‌গী মরম্‌ হায়্‌নিংঙাই অতৈ খনদ্রে অমসূং জলেলাগী মমান কদি হায়্‌নীংলিবনো হায়্‌বদূ খঙ্‌ব পাল্লম্‌দে। মাদি জোহাম্বু অমোৎপ হায়্‌বদি য়ানীংদে।

খঙ্‌হৌদন হূইদুন মাঙ্গোন্দ কোয়্‌চেন্‌ চেম্ব হৌরক্‌ই, মময়্‌দূ হাই-হাইদুন অমসূং শান্ন শান্ন খোংলি। 'ইহে নত্তে, হূইসি পুদুন চৎশ্রো, ঈমূংদ চঙ্‌হন্‌খিনু।' জলেলাগী মমা মিপাইরদুন লাউরি। মীলিংগ মশাবু থাজরক্রে, মহাক্‌ খঙ্‌হৌদন কিরক্‌ই, করিনো খর হায়্‌রক্রিঙৈদ মা জোহাম্বু পুদুন মযম্‌দুদগী চেন্‌খ্রে। ময়ূম্‌দ লাক্লগ মমাদ রারম্‌দূ লোইন তাক্লম্‌ই।

'মীলিংগ, নঙ্‌ খঙ্‌লিব নৎত্রা? মখোয়্‌গী লাইনীংলোন্ন হূইগ লোয়্‌নন সান্নব যাদে,' মাগী মমান মাবু থেম্‌জিল্লি।

'অদুদ মম্মী, মখোয়্‌ন ঐগী জোহাম্বু অমোৎপ করিগী হায়্‌রিবনো? ঐনদি মাবু য়াম্ন সেংন থম্বনি।' মীলিংগন মিৎলূ পিরাং ঈহৌন হায়্‌রক্‌ই। মাগী মমান করিসূ হায়্‌দে।

মমান য়াদ্রবসূ জলেলা মীলিংগগী ময়ূম্‌দ চৎলি। থৌদোক্তুন নূপীমচা অনীদুদ করিসূ অহোংব লৈতে, মখোয়্‌দদি মবানিগী মরূপ্‌ ওইবদুন হেন্ন মরূ ওই। জলেলানসূ খঙ্‌ই, মীলিংগন জোহাম্বু য়াম্ন পাম্‌জখিবনি।

জোহান্‌ য়ূম্‌ থংনবসিংগী নুংঙাইতনবগী মরম্‌ ওইরক্‌ই, মা অহীং চূপ্ন খোংই, হৌদোঙ্‌সিংবু তান্নে অমসূং অসূম্‌ তৌন লাঙ্‌দুনত লৈ।

অমুক্‌থক্‌ নোংমাইজিং নুমিত্ত, নুমিৎ য়ুংব মতম্‌দ মীলিংগ জলেলাগী য়ূম্‌দ

সান্নব চংলি। অসুম্ন নূপীমচা অনীদূন ফমদুন লৈরিব মফমদুদ জোহান্ লাক্তুন কুল্লরে। জলেলাগী হৌদোঙ্ কোরেং যুম্দ লাক্ই অমসূং নূপীমচাসিংগী মনাক্ত কুল্লরে। খঙ্হৌদন জোহান্ মাঙ্গোন্দ হৌদোঙ্দু অন্নরক্ই। কোরেংনসূ কিবদগী চোংদুন চুম্দ্রিং ঈমূংলোম্দ চেন্‌শিল্লী, জোহান্ন মতুং ইন্ন তান্নে। ঈমূংদ কোরেংগ টেলিভিজন্‌গী মথক্তগী চোংথে। জোহান্সূ মাগী মতুংদ তৌইগুম্বসূং মহাক্ন টেলিভিজন্‌গী মথক্ত থম্ব লৈগী গল্লা থেংজিন্দুন লৈমায়্দ পত্রাক্ লাউন তাদুন মচেৎ মচেৎ কায়রে।



লাঙ্‌বদূ তাবদ জলেলাগী মমা কাদুদ লাকই, "ইহে ঐগী ফজরব লৈগী গল্লাসিদি করি তৌরব? মান লাউরক্ই। জোহান্ কাদুগী ময়ায়্দ লেপ্‌লগ ঙংলি। মাবু উবদ মহাক্ন শুম্চিৎ পায়্দূন জোহান্‌গী মতুং ইন্নদুন মাঙ্গোন্‌লোম্দ চেল্লক্ই, জলেলাসূ ইঙক্ ঙক্তুন লৈহৌই। মা খঙ্ই, মমান মতম্‌সিদ য়াম্ন শাউরে হায়্বসি অমসূং হৌজিক্তি মাবু মীলিংগগী যুম্দ তসেংন চঙ্হন্‌লরোই, জোহান্ন মরম্ ওইদুন।

অহীংদুদ মীলিংগগী মপা যুম্দ লাক্লে, মহাক্ন মচানূপীগী মমিংত পি ঈহৌদু উরে। মীলিংগন কপ্ন কপ্ন মপাদ ব্রাফম্দূ হায়্দুন তাহল্লি।

'অচুম্বনি, করিগুম্ব জোহান্ন হৌদোং তান্নদুন মখোয়্গী ইমুং চঙ্লুরবদি অমসুং মখোয়্গী লৈ গল্লা থুগাইরল্লবদি মা শোয়্দন সাউব তাবনি।'

' হৌজিক্ ঐখোয় করি তৌগনি ?' মীলিংগগী মমান হংলক্ই, 'ঐস্ খঙ্দে, ঐন খল্বদ মীলিংগন হৌজিক্ মতম্ খরদি জলেলাগ তিন্ন-খোংনদব তাই।' মহাক্ নুংঙাইতন হায়্রক্ই।

মীলিংগ ঙক্চান্নরি। মহাক্ মাগী মপাগী ব্রাহৈদ্দ অমুক্ক ঙক্লম্মী। মাগী কাদ চঙ্খ্রে, ঙসি থোক্লিবসিগী মরম্দ খন্ খন্দুন মহাক্ ব্রায় অমসুং নীংব কায়্রক্ই।

অহীংদো জলেলাস্ তুম্লম্দে, মাস্ খন্দুন লৈরম্মী। জোহান্ন মরম্ ওইদুন মীলিংগগ মাগ মরূপ্ ওইব তোক্লে। মা খল্লি, মীলিংগদ মাগী হুইদূ থাদোক্খিনব হায়্সিরা, অদূবু মীলিংগ মাগী হুইদূ য়াম্ন নুংসিজৈ। জলেলা, মীলিংগবুস্ কায়্নব পাম্দে।

শোম্দ চয়োল্ খরদি জোহান্ খোংব লেপ্তে অমসুং লাঙ্স্ লাঙ্ই। য়ুম্লোন্নবসিংন মদুদ য়াম্ন লাঙ্তক্লে, করিগীনো হায়্বদ অহীংদ হুইন অসূম্ন খোংবসে ফত্তব খুদম্নি। তোক্ঙা সন্দোক্লক্ই, হুইন অসূম্ন খোংবসি হুইদূ নংত্রগ মপূদ করিগুম্ব খুদোংথিব থৌদোক্ থোক্লল্লি। অসিগুম্ব ব্রাহৈসি তারগ মীলিংগ অমুক্ক হেন্ন নীংব কায়্রক্ই।

মরক্সিদ, মীলিংগ অমসুং জলেলা উনরম্দে। মখোয়্ অনী হ্লুল্দ অমন অমবু য়েংনরম্মী অদূবু ব্রাদি ঙাঙ্নদে। য়ুম্দস্ তোঙান্ তোঙান্ চৎনরম্মী। নোংমদি জলেলান মাগী মরূপ্সিদ ব্রা ঙাঙ্নবগী থৌনাদো লৌরম্মী, মা মীলিংগগী মনাক্ত লাক্লগ হায়্, 'নঙ্গ ঐগ মরূপ্ ওইব পাম্ব্রবরা ?'

'করিগী পাম্দনি, ঐদি পাল্লিবনি তৌইগুম্বসুং নঙ্দী খঙ্লিবদুনি ঐখোয় অনী উনব য়াদ্রে।'

'অদূ পূম্ব জোহান্ন মরম্ ওইদুন।'

' ঐ খঙ্ই অদূবু ঐখোয় করি তৌব ঙমগনি ?'

'ফরে'

'করিনো ফরিবদুবো ?'

'নঙ্ ঐন করিগুম্ব খর হায়্বদ য়ারোইদ্রা ?'

'নত্তে, নঙ্ ঐগী মরূপ্নি ।'

'অদুন মতূংদদি ঐগী খন্দুন নঙ্ মাবু পুন্দুন থম্মু ।'

'পুন্দুন!'

' হোয়্, থৌরীন পুন্দুন, নখোয় মাঙ্গোন্দ থম্মু অদু ওইরবদি, ঐখোয়্, অনী অমূক্ তিন্নসি ।'

'অদুদ ঐন খন্বদ মা পুম্বদ য়ানীংলোই । মাদি হৌজিক্ ফাওবদ মনীং তম্ন চৎপগী, হৈনবী লৈখ্রে, করিগুম্ব ঐন মাবু পুল্লবদি কন্ন খোংলক্কনি ।'

'মদুদ করি তৌবগে, ঐখোয় মরূপ্ অনীদি তিন্নগনিদনা'

'মদূ ওইব য়ারোই, লৈকায়্ন সাউরক্কনি, মখোয়্ন মাবু অমূক্স্ ফৃবিব য়াই । নৎত্রগ হাৎতোক্পীব য়াই ।'

'পঙ্গনু, মখোয়্ন হাৎপ ঙম্লোই, ঐন থাজে, নুমিৎ খরনি লৈরগ পুম্বগী হৈনবী লৈরক্কনি অমসূং হৌজিক্স্ মা মনীংতম্নি পুন্দ্রি অদূদসু মতম্ অয়াম্বদ খোংদুনত লৈরিবসিনি ।'

মীলিংগ ঙাইহাক্তি খল্লি । মমৈদ মান খুন্নক্ই- 'ফরে ঙসি অহীং ঐ মাবু পুন্দুন য়েংলগে, করি তৌবগে হায়্বদো ।'

নূপীমচাসিংদু হরাওরম্মী অমসূং অমন অমগী মখূৎ পায়্দূন য়ূম্লোম্দ লাক্ই ।

অহীংসিদ মীলিংগন জোহাম্বু থৌরী অমন পুল্লে । অদুদ শুই তোয়্ন খোংই । মসিদ মীলিংগ অমূক্ হেন্ন নীংব কায়্রক্ই । মান হন্ন হন্ন কাদগী মপান্ থোক্তুন মদূগী মনাক্ত চৎলি । মাগী মকোক্ অমসূং মরেঙ্বান্দ নাম্বীরি ' য়েংউ জোহান্ লাঙ্গনু, ঐন নঙ্গী ফনবগীদমক্ত নঙ্বু পুম্বনি, অসুম্ তৌরবদি নঙ্বু কন্নান শুম্চিংন ফূব ঙম্লরোই, অমদি য়েংউ, হৌজিক্ ঐ অমসূং জলেলা অমূক্ হন্ন মরূপ্ ওইব ঙন্ননি ।' তৌইগুম্বসূং জোহান্ লাউদুন লৈরি, মীলিংগনসূ মাবু নুংসিন নাল্লি ।

অসুম্ন মীলিংগন মাবু তূমিন্ন থন্নল্লগ ইমূংদ চঙ্খিবগ মান অমূক্ খোংব হৌরক্ই । মীলিংগ অমূক্ হৌগৎতুন মপান্ থোরক্ই । মাগী মমা মপান তূমিন্ন

মসি পূম্ব য়েংলি, কবিসূ হায়দে। অহীং থেঙ্জিল্লকে। মীলিংগ হূইদূ তুমিন্ন লৈনব হোংনবদ মঙারক্ হৌগৎতুন মপান্ থোরক্লবনি। চোক্থরদুন অমদি লাঙ্তক্লদুন মাবু যৌবী থাদোক্লব খল্লী, ফরে ঐ নঙ্বু থাদোক্লগে, তৌইগুম্বসূং বাশকুট নঙ্ হৌজিক্ তুমিন্ন লৈবনি । কদায়্দসূ চৎলরোই,' হূই তুমিন্ন লৈগ্রে, মীলিংগগী বা পূম্ব খঙ্লবগুম্ অদুদগা মান তপ্ন ঙংলদুন লম্জাওরোম্দ য়েংলক্ই।

'হে কবিনো ? তুমিন্ন লৈয়্, ঐন নঙ্বু থাদোক্লগে, অদূবু কোইচৎ চৎখনু।' মান হূইদু থাদোক্লদুন হায়্, অদূবু মীলিংগন ইমূং চঙ্খিবগ হূইদো লম্জাওদ ওন্দুন কূপ্পখ্রে।

'অহাংদূ ইচীক্ চিক্ই। বস্, থাপ্ন করিগুম্ব হঙোইসিংন খোংব তারি, খঙ্হৌদন নোং তাবক্ই। তপ্ন তপ্ন মীলিংগ তূম্থবক্ই।



অদুসূ মপূং ফাদব খূৎতূন্নি। মান মঙ্ মঙ্লম্মী, মহাক্ জলেলা অমসূং জোহান্গ লোয়্নন চৎলম্মী, মখোয় অহুম্ অসুম্ চৎলি। লম্বীদুগী অরোয়্ব খঙ্দে, চৎন চৎন মখোয় লৈনূংহূৎ (শুকং) অমগী মনাক্ত থুংলম্মী, মান য়েংথৈ মনূংদো য়াম্ন লুই অম্যা'

মম্মী, মান করিস্ উব ফংদে। খূদক্তুন্দ খঙহৌদন জোহান্গী মখোঙ নাছুখিরম্মী অমসূং মা অমম্বদুদ তাশিন্খ্রে।

মীলিংগ কপ্পীংদুন হৌগৎলক্ই, মা ফমুংদগী চোংথরক্ই। নোং ঙান্দৌরে, মান জোহান্নু কদায়্দস্ উদ্রে। মা অমূক্স্ কপ্পীংলক্ই অমসূং মমা মপা চেঙ্খোরক্তুন মনাক্ত লাক্ই।

মখোয় অহুম্ মাঙগোন্দ য়েংই। হুইদুগী মফম্ খঙ্দে। মীলিংগন য়ূম্লোন্নব অকোয়্বদ থিরক্ই। মা জোহান্, জোহান্ হায়্দুন কপ্প কপ্প থোরক্ই। কদায়্দস্ মাগী মফম্ খঙ্দে। নীংব কায়্ন মা য়ূম্দ চঙলক্ই। অমসূং জোহান্ন তুম্ফম্ কাচিন্দুন ফম্থরক্ই। মহাক্ মতোম্ত ঙাঙ্জরি- 'করিগুম্ব ঐন মাবু পুল্লমদ্রবদি অসূম্ন কৈদৌনুংদ তৌরম্লোই। মা পুম্বদ্ তূক্কচৈ, মরম্দুন মা চেন্খ্রবনি।

মাগী মমান মাবু থেম্জিল্লম্মী, ''ইবেম্ম, বাগন্, ঐন নঙোন্দ হূই অম পুরক্তুন পীগনি।'

'তৌইগুম্বসূং মম্মী মদ্ জোহান্গুম্ ফরোই, ঐ অতোপ্প হূই পাম্দে। ঐ মপান্দ জোহান্ থিরুগে। ঐ খঙই, মা হৌজিক্ সিদরি।'

থৌদোক্সিগী পাউ য়ূম্লোন্নবদ থুনমক্ সন্দোক্খ্রে। জলেলান তারগ থুনমক্ মহাক্ মমান্নবীগী য়ূম্দ লাক্ই। মীলিংগন মাবু উবদ মরেংবান্দ মখূৎ কোন্দুন কপ্পক্ই।

'মীলিংগ কপ্পগন্' জলেলান হায় তৌইগুম্বসূং মশামক্স্ নীং কায়্রক্ই।

'ঐ খঙই মা শিখ্রে'

'নত্তে নত্তে অসূম্ন তৌরোই, মা হিংলি, ঐখোয় অনী পূন্ন থিমিন্নসি।'

'ঐ খঙই মা সিখ্রে, ওরাঙ্ অহীং ঐন মঙ্দ উই, মা য়াম্ন লুব শুরুংদ তাখ্রে অদুদগী অমুক্ উব ফংখিদ্রে।'

'পঙগন্, চৎলূ হৌজিক্ থিরসি, ঐখোয়্ন ঙা ফাব চৎলুব মফম্দুদ, তুরেল্ মপান্দ চৎলম্গনি।'

মতৌ অসূম্ন নূপীমচা অনীদ্ সরক্ত থোরক্ই। অয়ুক্লি, ঈংই, নাপীদ লীক্লান লংলি। নোংপোক্ত নুমিৎন তপ্প-তপ্প মথক্ত কাখৎলক্লি। ঙসিদি নোংমাইজিংনিনা

লম্‌জাওরোম্‌দ মী য়াম্ন কৃংদে। মখোয় লম্‌জাওদ তুরেল্‌ মপান্দ থুংলুবদ ঈশিংদ করিনো অম ঈরোয়্‌বগুম্‌ উরক্‌ই। মীলিংগগী থম্মোয়্‌ মিহুন্‌ চোংব হৌরক্‌ই। জলেলাবু তুংদ হুন্দোক্লম্‌দুন মাঙ্‌লোমদ চেন্‌খ্‌ংলক্‌ই, মান তুরেল্‌ মপাল্‌ হেক্‌ য়ৌবদদি মদ্‌ জোহান্‌ ওইরম্লে। মাগী হক্‌চাঙ্‌দ অশোক্‌প কয়ামরূম্‌গী দাগ্‌ফম্‌ লৈরম্মী। অসুম্‌ খল্লী, কনাগুম্বগী কার্‌ন তক্লগ তক্লব মতৃংদ অথাপ্প তুরেন্দ হুন্দোক্লম্বনি। মীলিংগ ব্রাঙ্গুরক্‌ই।

মতৃংদ নুমিত্তুগী অয়ুক্ত জলেলা মাগী মরূপ্‌ মীলিংগন জোহাম্বু ফুম্‌বদ মতেঙ্‌ পাংলম্মী। মীলিংগন মাবু য়ূম্‌গী মনীং থংবদ ফুল্লম্মী। মাগী মকোক্লোম্‌দ নৃপীমচাসিংদুন উ পাম্বী অম থারম্মী। মীলিংন মাগী মোংফমদ নোঙ্গদুন খোঞ্জেন্‌ নীক্ল হায়্‌, 'ঐগী নুংসিবব ঈংন-চীক্ল পোখারো। পাম্বী মচাসে ঐন মতম্‌ লৈব খিবিক্ত নীংশিংদুন লৈরগনি, ঐন মাবু ঈশিং চাইগনি, মতম্‌ পূম্বদ য়েংসিন্‌গনি। মান ফজরব অচৌব পাম্বী ওইদ্রিফাওব। নুংঙাইন তূম্লো, ঐন নঙ্‌গী মোংফম্‌সি মতম্‌ পূম্বদ য়েংসিন্‌গনি।'

জলেলা মাগী মনাক্ত মোংফম্‌দ লূক্‌থরি, মানস্‌ মমান্নবীগী ব্রাহৈদ থম্মোয়্‌ পেখরক্‌ই। মবানিমক্‌ কপ্‌খোরক্‌ই। তুমিন্ন মবানি লেপ্পি। অমন অমগী মখূত্ত পায়্‌দুন মখোয়্‌ অনী হল্লক্‌ই।

মবানিন মীলিংগগী য়ূম্‌ মমাঙ্‌দ লাক্‌পদ জলেলাগী মমান অপিক্‌প থুমোক্‌ অম পুদুন কোম্বোংলোম্‌দগী চঙ্‌লক্‌প উরক্‌ই। অহাম্বদদি জলেলা কিরুবনি, মমান মাবু মীলিংগগী ময়ূম্‌দ উবদ সাউগনি খম্বদ। তৌইগুম্বসূং মহাক্‌ মবানিগী মনাক্ত লাক্লে। মহাক্লস্‌ মীলিংগগী লেংবান্দ কোন্দুন তপ্প হায়্‌রক্‌ই, 'ঐস্‌ য়াম্ন নুংঙাইতে, নঙ্‌গী হূইনাওদু সিবদ। নঙ্‌ন মাবু য়াম্ন লুন তৌই অমসূং নুংসিজে হায়্‌ব ঐ খঙ্‌ই। অদূবু নঙ্‌ খঙ্গব তঙায়্‌ ফদে। ঐন খঙ্‌লবনি নঙ্‌গী হূইনাওগী মহুৎসিম্ব কনামত্তন ওম্মরোই, অদূবু ঐন নঙ্‌গীদমক্ত করিনো অম পুরক্‌ই, মসিন নঙ্‌বু নাইতোম্‌ তাহল্লরোই।

মাগী ব্রাহৈদূ হায়্‌ব লোয়্‌বগ জলেলাগী মমান মীলিংগদ থুমোক্তু পী। মান থুমোক্তুদ য়েংবদদি মদুগী মনূংদ য়াম্ন নুংসিরব অপিক্‌প হৌদোঙ্‌ মচা অম য়াওরি, মমিংফাও পাঙ্‌দ্রিব 'ইহে কয়াদ ফজরব হৌদোং মচানো ?' মীলিংগন হায়্‌রক্‌ই, 'মানা মদূবু থাংগত্তুন মাগী ভৌন অমোম্ব মতুসিংদুদ মখজাইদু ঙাসিল্লদুন হায়্‌রক্‌ই 'জোহান্‌ ঐঙোন্দ কল্লক্লোইদা,



ঐ খঙ্ই, ঐন থাজে মান ঐগী অনৌব মরূপ্ অম ফংবগী পাউ তাবদ য়াম্ল হরাওগনি। মাগী অপিক্প পান্বীসি য়েংসিন্বদ নঙ্ ঐগী মতেঙ্ পাঙ্গনিদনা।' মমিত্ত মপি ঈরা চেল্লক্ই, মান জলেলাগী মমারোম্দ লয়্দুন হায়্রক্ই 'য়াম্ল থাগৎচরি ইন্দোন্ ঐন জোহান্বু নুংসিন তৌবগুম্ হৌদোং মচাসিবুস্ লুন তৌগনি অমসূং জলেলা, মাস্ মতম্ পুম্বগী ওইন ঐগী চান্নবী ইমান্নবী ওইদুন লৈরনি।'

*লাই য়েক্প — ওথমন্ বিন্ হাজী জৈনুদ্দীন্*

নেপাল

# জাদু পুব তৌদ্রী

*মাধব ধমিরে*

সুকুমারন খুঙ্গংগী অপিক্পা উফুল্ থাংলব লম্বীদ লয়্শিল্লক্পদা নুমিৎ তাগদৌরি। অঙাংসিগী চহী ১২রোম্ ওইগনি। থাপ্লব হিমালয়্গী লংন ফজরব দৃশ্য উই। চীংদগী অৱাঙ্ব মতোম্দুদ নুমিৎকী ভাড্রানব মশেক্ সন্দোক্লি। সুকুমার্ মতোম্তনি। খুঙ্গংসিদ কনাবুসু খঙ্দে, তৌইগুম্সূং ৱাখল্ তৌই, খুন্গী কনাগুম্ব অমদি শোয়্দন উনগনি অমদি মাগী যূম্দ লেক্কনি। অথাপ্পদ কদোম্দনো খঙ্দন নুপী মচা অমগী খোঞ্জেল্ তারক্ই, মা মমাবু কৌরি। মদুন মাগী মমা লৈখিদ্রবস্ নীংশিংহল্লি। নীংশিংলক্পদ মান তৌদ্রী লৌথোক্ই অমসূং চীম্বান্দ থমক্লি।





মান অসুম খল্লি তৌদ্রীগী নুংসিরব সৈহেক্ত মমাবু কৌরি মতৌ অদুগুম্ব অরাপ্পদ নুপী মচাদূ কৌরিবদুগুম্।

তৌদ্রী খোংদুন মা লেপ্লি মদুদ চহী মীয়ায় চল্লবী নুপী অম মকোক্ত নাপীগী অৱাম্ব মপুন্ পুদুন লপ্নীদ মাগী তুংদ লাক্লি। মহাক্ খুঙ্গংদুগী পঞ্চায়ত্ মকোক্তুগী নুপীনি। নুপীদু লেপ্লম্মী অমসূং লেপ্লগ সুকুমার্গী তৌদ্রী তারম্মী। সুকুমার্ন খঙ্লক্পদগী মঙোন্লোম্দ য়েংলুই। মবানিমক্ত অমন অমদ য়েংলম্মী, অমন অমবু হান্ন খঙ্নবগুম্ ফাওরম্মী।

নুপীদুন হংলক্ই, 'ইবুংঙো, নঙ্ কদায়দ চৎলিবনো?' 'ইমা ঐদি খুঙ্গংসিদ অতোপ্পনি। অহীং লেক্লব ফম্ থিরিবনি।' মান খুন্নক্ই।

মবানি অমন অমবু মমা মচাগুম্ খন্নরক্ই, মসি নুংসিবগী মরম্ন নৎত্রা? নৎত্রগ মসিগী অরুব, অতোপ্প ৱাহন্থোক্ লৈরিব্রা?

নুপীদুন মসি তাবদ ঙল্লম্মী। অঙাঙ্দূ খুঙ্গংদুদ কনাবুসু খঙ্দে অমসূং মাগী থুংফম্সূ খঙ্দে, মা মফম্দুদ লেপ্লি, হৱাওন তৌদ্রী খোংলি করিগুম্ব অমত্তগী অৱাব খঙ্দবগুম্।

'ইবুংঙো, ঐগ লোয়্নন চৎসি' নুপীদুন হায়্রক্ই, নঙ্ তাবরা নঙ্গী নচল্ন ঐবু কৌরিবসে। ঐন তৌদ্রী তাবদ ঐগীথম্মোয়্দ নঙ্ন তৌদ্রীগী সৈহেক্ত ঐবু কৌরি হায়্ন খল্লী। লাক্উ ইবুংঙো, ঐগ লোয়্নন য়ুম্দ চৎলসি।'

তৌদ্রী নাকন্দ য়েপ্তুন নুপীদুগী মতূং ইন্ন মাগী য়ুম্দ লাক্মিন্নরে। সুকুমার্ চহী মঙাগী ওইগনি মতম্দুদ মাগী মমা লৈখিদরে, মাগী মমাগী সূপ্নগী মাগী ফজরব মমিৎ অনী অমসূং অশাঙ্গব নূংগী পরেংদুনি মমান মতম্ পুম্নমক্ত সিবদু। মান থাজে মাগী মমাদি মতম্ লৈব খিবিক্ত মাগী থম্মোয়্দ লৈ হায়্ন।

মাগী তৌদ্রীসি মপান মঙোন্দ খুদোন্ ওইন পীবনি। মমা লৈখিদব মতূংদ মাগী মপান তূম্দ্রিঙৈ মমাঙ্দ নুতিগী তৌদ্রী খোংই, তৌদ্রীগী নুংসিব সৈহেক্তো তারগ পীক্লিব অঙাংসিং তূম্থখি। নোংমদি অহীংদ মপান তৌদ্রী খোংলি, সুকুমার্ন মঙোন্দ হংই, 'ইমা কদায়্দ লৈরম্গনি ঐখোয়্ মাগ করিগী উনব য়াদ্রিবনো?'

মপান তৌদ্রীদু অমরোম্দ থন্নগ মাগী মায়্থোঙ্দ নীংব কায়্বগী মমি তারক্ই অমসূং হায়্রক্ই, 'নঙ্গী নমা হৌজিক্ লাইগী মনাক্ত লৈখ্রে। মা য়াম্ন থাপ্ন অতিয়াদগীসূ থাপ্ন,



অদূ ওইদুনসূ মা মতম্ পুম্বদ ঐখোয়্গী থস্মোয়্দ লৈ ।'

সুকুমাব্ন হংলম্মী, 'অদোম্ম কবিগুম্বদ থস্মোয়্দ মাগ ৱারী সানব্রা ?'

অঙাংলোম্দ যেংলগ মহাক্ন হায়্বক্ই,' হোয়্, ঈবুংঙো, অদূন ঐন তৌদ্রী খোংলির্বানি ।'

'অদূ ওইববদি, ঐ করম্ম তাক্কনি, ঐ মাগ কয়াদ উন্ননীংলিব ? ঐঙোন্দ তৌদ্রী অম পীয়্, ঐন মদূ হেক্ খোংবগ ঐনসূ মাগ লোয়্নন লৈ হায়্ন খন্গনি ।'

খব লৈবগ সুকুমার্গী মপান মাগীদমক্ য়াম্ন ফজবব তৌদ্রী অম সাবিরে অমসূং খোংবসূ তম্বীরে । মাগী মপান মঙোন্দ অতে কয়ামরম্সূ তম্বীরম্মী । থাবল্গী ফজবদ তার্রক্লিব লিক্লাদগী ঈশৈ কয়ামরম্সূ ওল্লী । মসি পুম্ব কবিদগী, কবম্ম ? অয়াম্ব মতম্দ মাগী মপান হায়্, 'হরাওন লৈয়্ অমসূং নুংঙাইন নঙ্গী তৌদ্রী খোংউ, কবিগীনো হায়্বদ নমান অদূগুম্ব সৈহেক্তু তারগ মাসূ হবাওগনি ।'

সুকুমাব্ মতম্ পুম্ব তৌদ্রী খোংব তম্বদ লেল্লম্মী । নোংমদি মতম্দো মহাক্ চহী মাপল্লোম্গী ওইগনি । মপান হায়্,'ইবুংঙো, হৌজিক্তি নপা ঐঙোন্দগীসূ হেন্ন

নঙ্ তৌদ্রী খোংব হৈরে তৌইগুম্বসূং ঐ ঙসি ব্রাসি নঙোন্দ হায়্গে, অদূ অমুক্ত হান্ন হায়্খিদ্রিবনি। মী পূম্নমক্ ওইনীংব অম ওইসনু, তৌদ্রীবু খোইথূম্নন খন্রে, নঙ্গন তৌদ্রী খোংব মতম্দ নুংসিব অমদি অফব ব্রাখল্দ খোংউ। নঙ্গী নুংসিবদু মীপূম্নন তৌদ্রী সৈহেক্ ওইন খঙ্নগনি। মতৌ অদূগুম্ন নঙ্গন নঙ্গী অশেংব নমা ফংব ঙম্গনি।'

ব্রাহৈসি হায়রম্ব মতম্ খরগী তুংদ সুকুমার্গী মপা লৈখিদরে, মা মতোম্ত ফম্দুন তুমিন্ন কপ্পুন লেল্লে, মাগী হৌজিক্ কনাসূ লৈত্রে। মহাক্ লৈনবগীদমক্ মখূরাগী মনাক্ত চৎলি। মফম্দুদ মান তৌদ্রী খোংব হৌরক্লম্মী, মান তৌদ্রীদু অতোপ্পবু উৎথোক্নব খোংব নত্তে,



সূপ্নগী মাগী নুংসিব উৎপ অমসূং মতৌ করম্ন মিনুংসি ফংগদগে হায়্বসিদ খোংলম্বনি। অদূবু নুংদদি মা নুংঙাইজদে। নোংমদি মান তৌদ্রী পুদুন মখূরাগী য়ুম্ থাদোক্নুন থোরক্নে। খোঙ্চৎতুদ মাগী অরেপ্প লৈতে। চৎন চৎন মা তৌদ্রী খোংই, লম্বীদ চৎলম্ব মীসিংন কোইশিল্লি, মাগী তৌদ্রী তারম্মী, তৌদ্রীগী তান্দ নোম্ নোম্ জগোয় সাব হৌরক্লম্মী। তৌইগুম্বসূং তাইবঙ্পান্দিদ মতোম্তনি। মান মমা মপাগী নুংসিব কৈদসূ ফংলম্দে, অয়াম্ব মীওই মশাগী ফিভম্দ অমসূং ব্রারৈ (সমস্যা)দ লৈশিন্দুন লৈ।

মখোয়গী মনাক্ত সুকুমার্গীদমক্ত অরেম্ব মতম্ লৈতে। মাগী তৌদ্রীগী সুন্ লেপ্খিবগ অমূক্ চৎনখি। কনাগুম্বগী মফম্দ মাগীদমক্ মতম্ লৈতে, ঙসি পঞ্চায়ৎ মকোক্কী নূপীগ উনদ্রিবৈদদি অদুবু ঙসিদি মান 'ইবূংঙো' হায়্নে কৌবিরম্মী। মতম্সিদ মান খল্লী মাগী অশেংব মমা অমূক্ হন্ন উনরে হায়্নে।

মবানিন য়ুম্গী ইঙ্খোল্দ, লৈকোন্ অমদ হেক্ চঙ্বগ নূপী মচা অম কোয়্নে চত্তুন লৈরম্ব থেংনৈ। মদূ নূপীদূগী মচানূপী সয়পাত্রীনি । ঙাইহাক্কী মমাঙ্দ মাননি মমাবু কৌরম্লিবদো। নূপীদুন সুকুমাররোম্দ য়েংলদুন হায়্রক্লম্মী 'ইবেম্ম, ঐন ফরব অঙাং অম পুরক্লিবসে ঐখোয়্গ লোয়্নন লৈগনি, নত্তে ঐন হায়্বদি ঐন নঙ্গী নবূং য়ুম্দ পুরক্লবনি।

অঙাং অনীমক্ ইকায়্দুন লেপ্লি, করিস্ ঙাঙ্দে। অদুবু অনীমক্ হরাওজে, সয়াপত্রীগী মবূং অমত্ত লৈতে, মাগী মবূং ফংজরে অমসূং সুকুমার্গীসূ মচন্। মখোয় ইমূংদ চঙ্লক্লে, নুমিদাংরাইরম্ ওইরক্লে, সুকুমার্ন থাউমৈ মঙান্দ ফম্দুন নূপীমচাসিন মতৌ করম্ন নুমিদাংগী চাক্লেন্ থোংলিব য়েংলি। মহাক্ য়াম্ন হরাওজে । অদূগুম্ন হরাওব অমসূং নুংঙাইজবদু মাগী পুক্নিংদদি ফংদ্রবনি।

নুমিদাং ওইরবদুদ পঞ্চায়ৎকী মকোক্তু য়ুম্দ লাক্লে। করিস্ হায়্দন মান সুকুমাররোম্দ ঙক্ল য়েংলক্খি। মাগী মিৎয়েঙ্দুদ সুকুমার্ নীংব কায়্রক্ই অমসূং নুংঙাইজদব ফাওরক্খি। নূপীদুন মাগী নূপাদ হায়্রম্মী 'ঙসি লম্জাওদ নূপা মচাসে ঐগ উনৈ, মহাক্ তৌদ্রী ফজন খোংই।

চাক্ চাব মতম্দ পঞ্চায়ৎগী মকোক্তুন সুকুমার্দ করিস্ হায়্দে, চাবগী কোল্লিক্ লোইসিন্খ্রব মতূংদ মান তৌদ্রী তপ্ন তপ্ন খোংব হৌরক্লম্মী। ইমূং পুম্ব তূমিন্ন ফম্দুন তৌদ্রীগী সৈহেক্ত লূপ্লি। পঞ্চায়ৎকী মকোক্ অমসূং মাগী নূপীন সৈহেক্তু মখোয়্গী থম্মোয়্দ শোক্লরে হায়্নে খল্লী। মাগী অনৌব মবূংন ইমূংগী মীওইসিংগ রারী সানব হোৎনরিবগুম্ খল্লী সয়পাত্রীন। মাগী তৌদ্রীগী সৈহেক্ল মরম্ ওইদুন । তৌদ্রী খোংব লেপ্লগ তূম্লুনব হৌগৎলে। নূপীদুন সুকুমার্গী মমায়্দ নাম্বীরম্লগ মাবু নুংসিন **'গুদ্ নাইট্'** হায়্রক্ই।

মথঙ্গী অয়ুক্ত সুকুমার্ ঙন্ন হৌগৎলি অমসূং চৎননব হোৎনরক্ই। মদূদ নূপীদুন মাবু থিংলদুন হায়্রক্ই, ' হৌজিক্ ঐ নঙ্গী নমানি, ঐন নঙ্বু কদায়্দসূ চৎহল্লরোই।' মতৌ অসুম্ন সুকুমার্ ইমূংসিদ লৈব হৌরক্লম্মী।

সয়াপত্রীনসূ সুকুমারবু য়াম্ন লুন তৌরম্মী তৌইগুম্বসূং মান সুকুমারগী মরম্দ খর খঙ্ব তঙায় ফদে। অয়াম্ব মতম্দ মান ঙক্লম্মী মরম্দি সুকুমার্ করিগীনো তুমিন্ন পঙ্লৈ লৈরিবসি। নুংথিন্দ মাবু কোয়্ব চৎপদ লোয়্নৈ, মাগী মমান্নবী অমসূং মরূপ্সিংগ উনহল্লি।

নোংমদি অঙাং অনীদূ মনাক্ নক্প তুরেন্দ চৎলম্মী সুকুমার্ তুমিন্ন নূং অমদ ফম্গ্রে, ঈশিংদ মুন্ন য়েংদুন লৈরম্মী। সয়পাত্রী মাগী খঙ্নীংবদু নম্থব ঙম্দ্রে। মান হংই, 'য়াম্বূং নঙ্ করি খল্লিবনো ?'

'নুংসিরব ইচল্, নঙ্গীদি নমা লৈ, অমসূং মান নঙ্বু নুংসিন তৌবী। করিগীনো হায়্বদ নঙ্ মাগী মচানূপীনি। অদুদ ঐগীদি ঈমা লৈত্রে। ঐন ইমাগ সূপ্নগী তৌদ্রী খোংদুন উনব ঙম্মী।'

সয়পাত্রীন মাগী পাউখুম্ তাবদ চৈথেঙ্ অমগুম্ ফাওরক্খি। 'অদূবু ঐগী ইবূং, ঐগী ইমা নঙ্গিসূ ইমা নত্তব্রা ? ঐসে নঙ্গী নচন্ নত্তব্রা ? মহাক্ল হংলুই

মচেৎ মচেৎ ওইন মান খুম্লক্ই, 'হোয়্, নঙ্দি ঐগী ইচল্নি অমসূং মাসূ ঐগী ইমানি অদুদ.... ।'

'অদুদ মদূ করিনো য়াম্বূং ?'

'নঙ্দি নপাবুংগী নুংসিবসূ ফংই অদসূ ঐগিদি মা ইনাক্ত লৈত্রে।'

'অদূবু ঐগী ইপাদি নঙ্গীসূ পাবূং নত্তব্রা ?'

'নত্তে ঐন হৌজিক্ফাওব মাগী থম্মোয়্দ মফম্ কন্ব ঙম্দ্রি।'

'ফরে ঙসি নুমিদাং ঐ মাগ ব্বারী সাগনি, মহাক্ল নঙ্বু অমুক্ হেন্ন নুংসিনব।'

'নত্তে, নত্তে ইচল্, অদূম্ন তৌগনূ। হৌজিক্ অসূম্ন লৈবসি ফরে। ঐ তৌদ্রী খাংদুন মাগী থম্মোয়্দ মফম্ অম কল্লগে।''

নুমিত্তুগী নুমিদাংব্বাই অঙাং অনীন চৎখ্রবদ সয়ত্রিগী মপান মাগী মমাদ তপ্ন ব্বারী সাব হৌরক্ই, 'য়েংউ লম্জাসিংদ হেন্ন থাজব থম্ব ফত্তে, মখোয়্দি মফম্ অমদ কুইন লৈগন্দে, সুকুমার্সূ অদুম্ তৌগনি। নোংমদি মহাক্ হৌগত্তুন চৎখিগনি। চৎত্রিফাওবদি অসুম্ নুংঙাইথোক্কনি অমসূং ঐখোয়্গী ইতেঙ্ন অসিদ লৈগনি। সয়াপত্রিদ মাগি ফত্তব মমি তাহৌগনি।'

নুপীদু মপূরোইবগী ব্রাণ্ডাঙ্ তাবদ চৈনা ফাওরক্‌ই, 'তাও অদূবু মহাক্ লম্‌জানি, মরম্‌সিন নত্ত্রা মান ঐখোয়্‌বু মমা-মপা ওইজনীংলিব, ওহ্! ঐদি নঙ্‌ন অসূম্ন হায়্‌রক্লনি হায়্‌েন ফাওব থাজরম্‌দবনি।'

মতৌ অসূম্ন ব্রারী লোইশ্লে, মখোয়্ তূম্‌থশ্লে। য়ূম্‌গী মপুঙ্গি মরেল্ হান্নগুম্ লেপ্লী। য়েন্নীংথাগী ফজব লাক্‌ই, খুঙ্গংদো ইশং সংলে অমসূং লাপ্‌কী লৈ শাংলে। তাঞ্জাসিদ খুঙ্গংগী চংনবী মতূং ইন্ন লৈসাবী মচাসিং জগোয়্ সানব পূল্লী।

য়েন্নীংথাগী নুমিদাংব্রাইরম্ অম সুকুমার্ মিহূৎ ময়াদ ফম্‌দুনমপূং ফারব থাজবু য়েংলি। লূপা সৌদোক্‌পগুম্ সন্দোক্লিবথাবল্ অমসূং অতিয়াদ পাইরিব লৈচীন্ন মঙোন্দ হায়্‌রিবগুম্ তৌই, 'খোংউ তৌদ্রীদো ফজরব সৈহেক্ তাম্বাদ' মহাক্ল তৌদ্রী লৌখৎলী মপূক্লিংদ তৌদ্রী খোংনীংব ফাওরক্‌ই। মান কন্ন হোৎনদুনসূ সয়াপত্রিগী মপাবূংগী থম্মোয়্ খূদূম্ চন্ব ঙম্‌দ্রি। মসি মঙোন্দ অরূব থবক্ অমগুম্লে। মান খল্লী, 'অসূম্ন লৈগদবগী শরূক্ মফম্‌সিদগী চংখিবন হন্ন ফরনি।'

মথঙ্গী নুমিত্ত চীংখৈ হুল্লক্‌পদ মহাক্ নুমিত্তু তূমিন্ন য়ূম্‌দগী থোরক্লে, য়ূম্‌গী মীওই পূম্নমক্ তূপ্লিঙৈদ মপান্ থোরক্লগ মহাক্ লেপ্লি, লয়্‌শিন্দুন মপূক্লিংদ সয়াপত্রি অমসূং মমাবু খুরুম্লম্মী, কায়্‌ন য়াথং তৌই অমসূং মাগী লম্বীদ চংশ্লে।

অয়ূক্ ওইরক্‌প ফাওবদি খুঙ্গংদগী থাপ্ন খোংনাং পাম্বীসিংগী চীংয়াদ থুংলুরে। অমুক্‌খক্তি সয়াপত্রিন মাগী মমিং কৌরিবগুম্ খল্লী, সয়পত্রি হৌগৎপ ফাওবদি লৈরম্ব ফবনি অমসূং উনরম্লগ চংপদি ফবনি। অদূবু হৌজিক্ হন্ন চংপদি ঙম্‌দ্রে। অসূম্ন মহাক্ মাগী লম্বীদ চংশ্লে। নুমিৎ চূপ্ন চংলি চীং লম্বীদ, মোংশোংসিং মরক্ত, নুমিদাংব্রাইরম্‌গী মতম্‌দ মহাক্ চীংদোন্দুদ থুংলুরে। মফম্‌দুদ লাইরেম্বীগী লাইশঙ্ অম লৈ। মহাক্ল অহীং চূপ্ন মফম্‌দুদ লেন্নব খল্লম্মী, লাইশঙ্ মনূং চঙ্‌লগ মতোম্‌ত ওইন থোক্লে। মহাক্ নীংব কায়্‌রম্মী, তাম্বা অম ঈহৌরক্‌ই, মদূ খোংনীংলম্মী। মদুদসূ নীংব কায়্‌রক্লে, মান সয়াপত্রি অমসূং মমাবু থাদোক্লম্বদগী অমুক্ হন্ন ইমূংদুদগী তোঙাল্লে। মান অসীগুম্ব সৈহেক্ অম খোংব পাল্লম্মী। সয়াপত্রিন মাবু নুংসিজবদো খঙ্‌নব অদূবু মাগী পূক্লিংদদি নীংব কায়্‌বগী সৈহক্তমক্ থোরক্লে। মহাক্ মফম্‌দুদ ফম্‌দুন লাইশঙ্‌দ মপি ঈরা চেন্, তপ্ন-তপ্ন কপ্লম্মী, অমুক্ তূমিন্ লৈরম্মী।

মান হৌগৎলক্পদদি অয়ূক্ ওইরম্লে, নুমিৎকী মঙালন্ লাইশঙ্গী মিহূত্তগী লীখোক্তুন মপান্দ তাররি । লাইরেম্বীগী মঙক্ত লৈগী পরেং সিরি, মায়্থোঙ্দ মায়কৈ মরীদ মঙাল্ পীরি । মান লাইরেম্বীগী **মুর্তি**সিদ সয়াপত্রী অমসূং মমাগুম্ উরক্ই । **মুর্তি**দুগী মপান্নোম্সিংদুন মাবু কোন্নীংবগুম্ ফাওরক্ই । খঙ্হৌদন চিংনব ফাওরক্ই । মা তৌফম্ খঙ্লম্দে । মা মাঙ্দ চৎকদ্রা নৎত্রগ সয়াপত্রী অমসূং মাগী ইমূং মনূংদ হন্গদ্রা খঙ্লম্দে । মা তপ্ন ফম্থরক্ই । নূমীৎ চূপ্ন মফম্দুদ ফম্দুন লৈরে , খল্লম্মী করি তৌগদবনো ।

অহীংদুমসূ মহাক্ লাইশঙ্দুদ তূন্লে । মঙ্দস মান সয়াপত্রী উরক্ই, মান উরক্ই, মহাক্ মাগী মমাংদ লেপ্লি, মাবু মাগী তুং ইল্লকুব খূদম্ তৌরিবগুম্ উরি । মান ঙাঙ্লক্পদ সয়াপত্রীন মচীন্দ মখূৎ থম্দুন তূমিন্ লৈনব খূদম্ তৌরি । মান তূন্নুবদগী হৌগৎলক্পদদি মান লেপ্লে, যূম্দ হন্ননব ।

মান **পঞ্জাই**গী মকোক্কী নূপীগ লোয়্নন খুঙ্গংসিংদ লাক্খিবদো চহী অম ফারক্লে । মা নীংশিংলি ইহান্ হান্ন সয়াপত্রী উনবদো । মহাক্ লৈপূংদ থারিব তুল্সী পাম্বী মমাংদ লেপ্লম্মীবনি । মতম্সিদ লৈপূংদ থাউমৈ অমা থাল্লি । তৌইগুম্বসূং য়ুম্গী মাঙ্গোন্দ খুঙ্গংগী মীওই পূম্ব পূন্ন লৈরি পূম্নমক্কী মায়্থোঙ্দ নীংব কায়্রি ।

সুকুমার্ তুমিন্ন ইমূং চংলম্মী । মনূংদ সয়াপত্রী মমাগী মতম্পাক্ত হিপ্লী। মহাক্ন মথক্লোম্দ মকোক্ থাংগৎলি, মাবু উবমক্তদ নুপীদুন হায়রক্ই ‘ঐগী ইচা ইবুংঙো, য়েংউ নঙ্গী নচন্সি করি তৌগ্নবনো ? মীনদি মা ফরক্খিগনি হায়্রি অদূবু ঐ করি তৌগনি ঐ মদু খঙ্দরে ।’

সুকুমার মাগী মনাক্ত তপ্ন চংলম্মী। মায়্থোংদ পিরাং ইচেল্ চেন্থরক্ই । মখূৎ তিংথোক্তুন মচন্বু নান্বীরম্মী ।

‘অহীংদু নঙ্ন চৎখিব, মদুদগী অকন্ব লাইহৌ তৌরবনি, ঙরাঙ্দগী অসূম্ন লৈরবনি, তসেংন গ্যান্ তাদন । ঐগী ব্রাখল্দদি মাগী থব্রায় মীরেল্ন নঙ্বু থিব চৎলিবনি । হৌজিক্ নঙ হল্লক্লুবনিন ইবুংঙো করিনো খর তৌদুন মাবু ফহল্লু ব্রাখল্ তাহল্লু’ ।



সুকুমার্ মফমদ্দুদ কম্থবে, তূমিন্না লেঙ্ড্দন, মাগী মখূৎন সয়াপাত্রীগী মমাংদ নাল্লী। মান মাগী তৌদ্রি লৌখোক্ই, তপ্প তপ্প খোংব হৌরক্ই। তৌদ্রীগী তান-সৈহেক্লে কাদু নিল্লে। সয়াপত্রীগী মমিৎ কূপ্লক্ই। মাগী মপা কাদুদ লাক্লে। মান কোন্ অমদ ঈশিং পুরক্ই, ঈশিংদু মচানুপাগী চীন্বান্দ য়েংহল্লস্মী। তপ্প-তপ্প মান মমিৎ পাঙ্থোক্ই। সুকুমারবু উবদ মুরুম্-মুরুম্ শোল্লী 'ঐগী য়াম্বুং নঙ্ লাক্লে' তৌদ্রীদু মখাদ থম্দুন মান হায়রক্ই 'হোয়্ ঐগী ইচন্ ঐসিদ লৈরে, ঐনিনে নঙ্গী নবুং'।

খঙ্হৌদন সয়াপত্রীগী মপা সুকুমার্গী মনাক্ত লাক্লে। মমিত্ত পিগী ঈরা চেন্দুন মহাক্ল সুকুমারবু মথাদ কোন্সিন্বিরে। অচূম্বনি ইবূংঙো, নঙ্ ঐগী ইচানুপানি, ঐ হৌজিক্ নঙবু করিগুম্বদ চৎখিনব হায়ররোই, কৈদৌনুংদসু'।

মমাসু মফমদুদ ফল্লি, হরাওবগী পিরাং শিল্লরি। সয়াপত্রী অমসুং সুকুমার্ন অমন অমদ য়েংদুন মোমোন্ নোক্লি।

খুঙ্গংদুমক্কী মীওইসিংন হায়, 'মসিদি তসেংব **ঘাতুগী** জগোয়্সিংগী ৱারীগী মতৌগুম্লে, **ঘাটু** ঐখোয় নেপালগী অফাওব, সেংলব জগোয়্সিংগী মরক্ত অমনি'।

*শাই য়েকপ — তেক বির মুখিয়া*

পকিস্তান্

# টন্নু অমসুং গধা

*অনরর এনায়তুল্লাহ্*

টন্নু অমসুং সফদর মবানি মচীন্-মৌপ্পানি। অঙাং অনীমক্ ফজৈ অমদি নুংসি। মখোয়গী যূম্দ্ য়াম্ন ফজরব চীংথক্ত তারিব অপিকপ লৈকায় অমদনি, মফমদুদ মখোয়গী মপাদ্ লৌউ-শিংউ লোয়শংগি অচৌব ফম্ অম পায়বনি। মখোয় মপাগী ফম্গী মরম্দগী লৈকায় পূম্বন ইকায়খুম্নে অমদি মী পূম্বন মহাক্পু **'ডাক্তর সাহেব'** হায়নৈ। টন্নু অমসুং সফদর অঙাওব অঙাংগী মখলনী। অনীমক্ক মমাবু য়াম্ন ব্রাহল্লী অদূবু মহাক্তী মমানী, মরম্সিন পূম্নমক্ খাঙলিবনি। মখোয়েন শা অনী য়োক্ই, অমদি জর্মন নসল্গী হুইনি, মদুবু টাইগর কৌই। অমন অপিকপ শজী। শজীদ্ মখোয় কাগি মনিং থংবদুদ পুন্দুন থল্মী। টাইগর মতম্ পূম্বদ টন্নুগ লোয়নন লৈ, মান চৎপ মফমদ মাস্ চৎলী।

টন্নুদো নুপীমচানি অদুবু মাগী লম্চৎ-লোন্চৎ, ঙাওশিন্নব অমদি খুৎশান্ন পুন্নমক্তী নুপামচাগিনি। অয়াম্ব মতম্দ মপান্দ সান্নব চৎলী। যূম্দ্গী লৈকোন্দ ঈরোয়্ফম্ অম লৈ, মদুদ মপান অঙাং অনীবু ঈরোয়্ব তশ্মী। টন্নুদি ঈরোয়্ব পাল্মী। মশান টন্নুগিদমক্ য়াম্ন ব্রাই। মান মতম্ পূম্বদ নুপীমচা অমগুম্ লৈবা পাল্মী, যূম্গী থবক্ থনাদ মতেঙ্ পাংহন্নীংই। অয়াম্ব মতম্দ মমান হায় 'কনাগুম্বন তানরব্র নুপীমচানা অসূম্ন কোয়বশিবু ? মসিদি তসেংন নূপামচা ওইগদবনি। অঙাংসিংবু লম্হেন্হন্বদ মখোয়গী মপাগীসু শরুক্নি" মমান সাউন হেক্ হেক্ হায়।

নোংমগী ব্রানী। নোংমাইজিংনি। মপান অয়ূক্তগী শাদান্ব চৎথোক্খ্রে। হৌজিক্ মতম্শে ঙানূগী পাছ্বানি। মনাক্কী পাৎতুদ ঙানূ ময়াম্ লৈ, ঈশিং-নুংশিৎসু

নুংঙাই। মখোয়গী য়ুমদ মখূরান পোক্‌প ময়াম্ব, মদু সফদরগ লেংগা ওইন তৌবদূ, লাক্‌ই।

চরা ৱাল্লব তুংদ অঙাং অহূম্‌দো মপান্‌গি লৈকোন্দ সান্নবব লেপ্লম্মী। মখোয়্‌ন উখা অমদ ফক্ থারে। ইমূংদগী লাই য়েক্লব **ৱোই** অমসুং সান্নপোৎ পুরক্‌ই। টন্নুন উচেক্ অম য়েক্লগ মদুদ মচু থারি অদুবু পূক্লিংদু অদুদ চঙ্দ্রে। মান মখূরাগী মচা অমদি সফদরগী খল্লী। করিগীনো হায়ববু মখোয়্ অনী য়ূম্‌শাবী সান্নরি। ঙাইহাক্কী তুংদ মচু থাবদু থাদোক্লুন মখোয়্ অনীগ তিন্নন সান্নখ্রে। মখোয়্‌ন সান্নরিঙৈদ গধান খোংব তারক্‌ই। **ধোবী** লাক্‌ই হায়্‌ব খঙ্‌ই। **ধোবী** মতম্ পূম্বদ নোংমাইজিং নুমীত্ত লাক্‌ই, মান গধা মথক্ত শুরব ফিগি ময়োম্ পুদুন লাক্‌ই।।

**ধোবী** লাক্‌ই খঙ্‌বদগী অঙাং অহূমদু সান্নব থাদোক্লুন হৌগৎলক্‌ই, অমসুং কোম্মোঙ্ হাংদোক্লবগীদমক্ চেল্লক্‌ঈ। **ধোবীগী** অনোয়্‌ব মবূক, অতাঙ্‌ব কোক্ অমসুং সাংল-সাংলব মওঙ্ তাদ্রব মখূৎ, মদূ উরগ অঙাংসিংদো য়াম্ন হরাওই। মান হেক্ লাক্‌পগ অঙাংসিংন মাবু লঙ্‌নৈ অমসূং সাউহল্লি।



গধা অমদি মাগী মপগা লোয়্নন কোছোঙ্ মনূং চঙুলক্পদগী সফদর্ন টন্নুদ হায় 'নঙ্ চত্তুন হায়্কচো, চদবা, ঐ থবক্ তৌরিবনি' । মথূরাগী মচাদু পুদুন ইমূং চঙ্খি, উরে মমা যুম লোন্নবাগদ চংখিবন্নে, মখোয় অনী মমা কৌব চংখ্রে । টন্নু লৈকোন্দুদ মত্রোমত লেপ্তৈরে : মপাক্লুংদাদি মচু থারিবদুদ চঙ্দে । **ম্রোইং কোপী** অমসুং মচনাচিংবদু মান্‌কে অমদ থরে, কোয়্লবা লয্দুন যেংই, উরে মাগী হূই টাইগর উ পান্নী অমদ চোংখং চোংখত্তুন খৈরোম্নগ লোয়্নন সান্নরি । টন্নুসু সান্নব পান্নক্ই অদুদগী **থোবী, থোবী** তৌজিক্ লৈপ্লি হায়্বসি উরক্ই । মান মাগ রাবী সানব হৌরকই । অদুব **থোবীগী** লেপ্পদু কনাসু খাংবা ঙম্দে অমসুং অঙাংসিংন মতম্পুন্নদ মাপ্ কাপ্লাবন্দ্র, মরমসিনা মা ময়াম্ব মতমদ ওন্নগ লৈরম্মী । মান মাগী গধাবু উপাম্লাদ পশিন্লে, অশুন্‌না মযোমদ থাংলদনা চঙাখিবম্মী ।

মতম্দুদ টন্নু লৈকোন্দ তসেংনা মথক্ত লৈত্তৌরে, মা কাঁব তৌসিংগে খনব খোরক্লে । গধাদু মদুদ পুন্নিবদু উবক্ই, ওবাওবনা লোইরে, মাবু কনানসু উবোই । মতম্দুদ অহল্ ওইরব মালিদুসু মফম্দুদ লৈতে । মাসূ কাদ ফম্দুনা পোখারিবনি । মহাক্ল ঙাওশিন্নবগী মরম্ অম খল্লক্ই । থুনমক্ গধাবু লৌথোক্তুন যূম্গী মনীং থংবরোম্দ চিংদুন পুরক্ই । মহাক্কী পূক্লিংদ গধাদু তোংনীংলক্ই । মহাক্ য়াম্ন হরাওই ।

মরক্সিদ মমা লাক্পগী মখোল্ তারক্ই । মহাক্ লৌসিং মাঙ্খ্রে । করিগুম্ব মমান ইঙ্খোল্ মনূংদ উববদি ফররোই । মিপাইখিদুন মহাক্ লোৎনব মফম্ থিরক্ই । **থোবী**ন মাগী গধাসি থিরক্কনি, মদু ফংদ্রবদি লাঙ্গনি, থিবদ মহাক্ রারদুন গধা য়াওদন ময়ূম্দ হন্খিনি । খন্-খন্দুন মহাক্ হরাওরি ।

অহান্‌বদ **থোবী** লাক্প খূদিং অঙাংসিংন গধাবু য়াম্ন লক্নৈ । গধাসু হৈনদে, মানসু অঙাংসিংবু শক্ খঙ্লে । অদূবু ঙসীদি টন্নু গধাগ লোয়্নন য়াম্ন নে-না তান লাক্মিন্নরি । গধাসু তসেংনা হরাওই । মানসু খল্লি, ঙসিদি টন্নুন মঙোন্দ য়াম্ন হাউব মচিঙাক্ পিজগনি, তরু-তরুব মফম্দ থম্গনি ।



মসি খন্-খন্দুন মাসু টন্নুগী মতৃং ইল্লি। তোল্লব গধা মান করি খঙ্‌লুনি মাগ লোয়্‌নন করি ব্যবহার তৌগদৌরি হায়্‌বদো।

টন্নুন গধাগী থৌরী পায়্‌দুন য়ুম্‌জাওগী অকোয়্‌বদ চৎলক্‌ই মান অসিগুম্ব গধাবু থম্ব য়াগদব মফম্ অমত উদে। মতম্‌দি তেল্লী, মমাগী মখোন্ নক্‌শিল্লক্‌ই। মা কিবসু ফাওরক্‌ই, মাঙ্গোন্দগী কনাগুম্বন উখিগদ্র হায়্‌দুন। মতম্‌সিদ কাচিন্ অমদ থাগ্রু ইরুজফম্‌গী থোঙ্‌দু হাংদুন লৈব উরক্‌ই। ঈরুজফম্‌সি তোঙাম্বনি অমসৃং ইমুং মনুংগী মীওইসিংন শিজিন্নদে। করিগুম্ব কনাগুম্ব মীথুং লাক্‌পদ, য়ুম্‌গী মনীং থংব মাঙ্গোন্‌লোম্‌দ অমসৃং অমসৃং অতোপ্প থোঙ্ অমন মীথৃংগী কারোম্‌দ। মসিদ গধাবু লেপ্‌হল্লগে, কনাসু খঙ্‌লোই, অদৃগ ইরূজফম্‌সিদ কনাসু চঙ্‌লোই, টন্নুন খল্লি।

মসি খন্দুন টন্নু গধাবু পুদুন ইরূজফম্ কাদুদ লাক্‌ই। তপ্প থোঙ্ হাংদোক্‌ই, গধাদু মনৃংদ চঙ্‌হল্লগ থোঙ্ থিংজিল্লে, মপান্দ পোরোল্ লোক্সিল্লে।

অদুদগী থুনমক্ লৈকোন্দ চেল্লক্‌ই অমসুং মাগী মচু থারিব লাইদুগী মনাক্ত। সফদর অমসুং মখুরাগী মচাদূ হৌজিক্ ফাওব হল্লক্‌ত্রি। মহাক্ হরাওবগী নিংসা মপী হোল্লি, করিসু তৌখিদবগুম্ তৃমিন্ন মচু সঙ্‌দুন লৈ। ঙাইহাক্ লৈরগ অঙাং অনীদু হল্লক্লে। মা তৃমিন্ন মাগী থবক্তু পৃক্রিং চঙ্‌লি করিসু তৌদবগুম্।

খঙ্হৌদন লাঙ্ব তারক্‌ই। টন্নুন পূক্লিং চঙ্‌ন তায়্। মদ **ধোবী**গী মখোন্নি। মা শুনব অমোৎপ ফি ময়োম্‌দু পুদুন ইমূংদগী মপান্ থোরক্‌ই, অদুদ মান মাগী গধাদি কদায়্‌দস্ উব ফংলম্‌দে। ফি ময়োম্‌দু মান মাঙ্গোল্দ থম্বী অমসুং য়ুম্‌গী অকোয়্‌বদ মায়্‌কৈ মরীদ গধা থিরি, অদূবু অরেম্ব তারে, গধা ফংদে, মান অঙাংসিংদ হংই। অঙাং অনীদুন হায়রক্‌ই, "ঐখোয় খঙ্‌দে" টন্নুন হায়রক্‌ই,' গধা থৌরী থদৎতুন উমংলোম্‌দ চেন্‌খ্রে, খঙ্‌দে কদায়রোম্‌দ চৎখ্রিব"।

**ধোবী** মিপাইরে, মান লাউরক্‌ই, মকোক্ ফূরদুন উমংলোম্‌দ চৎখ্রে। ঙাইহাক্তী য়ূম্‌দো পূম্‌চীক্ চীক্‌ই। সোম্‌দ মীথূং অম য়ূম্‌দ লাক্লে, মা লাক্কনি হায়্‌ব থাজদবনি। মহাক্, পাপাগী অরিব মরুপ্ অনী **সাহেব্**নি। মহাক্ করি করিগুম্বদ লাক্‌ই, হেক্ লাক্‌পগ মাবু মীথূংগী কাদ লৈহল্লি, মহাক্ ব্রাং চাউব শাবান্‌গী মীওয়্‌নি। অপিক্‌প ঙৌরব মকোয়্, খদাঙ্ কোই নাল্লি, অমসূং কোক্তী খর তাঙ্‌ই।

মহাক্ লাক্‌পগী খর লাঙ্‌ই। মমান থুনমক্ মাবু ওক্লম্মী, **অতিথি**গী কাদ পুদুন চৎলি, মদূ য়ূম্‌গী মাঙ্গোল্‌গী অতোপ্প মায়্‌কৈদগী।

হৌজিক্ টন্নু খর মিপাইরক্‌ই। মান খল্লী, **সাহেব্** করিগী লাক্লিবনো, মিপাইহল্লি অদূবু করি তৌনি? মীথূংগী কাদু মমাগ মীনায়্‌গন শিৎ-সেংব হোৎনরি। অলিগ ব্রারীসু সারি। সোম্‌দ টন্নু মচীন্-মনাও অনীদু থাদোক্লুন চৎপ ঙম্‌দে। মা মপূক্লিং থেম্‌জিন্‌ব হোৎনরি, অলি **সাহেব্** হৌজিক্ ইরুজফম্‌দ চৎখিরোই। গধাদু মফম্‌দুদগী পুথোক্লি ফাওবদং চঙ্‌দ্রবদি ফনি।

অসোম্‌দ গধা ইবূংঙো তূমিন্ন ঈরুজফম্‌গী অমম্ব কাচিন্দ লৈরি, মান খল্লী টন্নুন মাগীদমক্ত চানব অফব পোৎচৈ পুরক্লগনি।

অলি **সাহেব্** মশা নাম্ব মীওয়্‌নি, মহাক্ মতম্ লৈব খিবিক্ত নোংমদ অনীরক্ ঈরুজৈ অমসুং ঙসিদি লম্‌শাং লাক্‌পদ চোক্‌থরে। ঙসিদি মহাক্ ঈরুজবগী তঙাইফদবসু লৈরম্মী। মহাক্ **সুইত্ কেস্**গী অশুব ফি লৌথোক্লে। খোঙ্উপ্ লৌথোক্লগ ফিনাৎ তোংদুন চুম্‌দ্রিং ঈরুজফম্‌দ চঙ্‌খ্রে। মহাক্ ঈরুজফম্‌দ মীথূং কাগী মনূংগী থোঙ্‌লোম্‌দ চঙ্‌ই। মনূং চঙ্‌বগ পুনা পান্‌শিল্লি।

মনূংদদি তসেংন মম্মী। আলি **সাহেব্**তি তোয়্‌ন লাক্লুন লৈরবন ঈরুজফম্‌গী মরম্‌দ খঙ্‌বনি। মান ঈশিংগী তপ্ কদায়্‌দ লৈ, ফি য়ান্‌ফম্ কদায়্‌দ লৈ, অসিনচিংব। মরম্‌সিন মহাক্ অমম্বগীদমক্ অব্রাব লৈতে। অশুব ফিদূ মহাক্ ফিয়ান্‌ফম্‌দ

য়াল্লী অমসুং ঈশিং তাব লোম্দ নৈশিল্লকই, তৌইগুম্বসুং করি তৌরে, অমম্ব কাদুদসু অপিকপ মখুন্দগী চঙ্‌লকপ মঙাম্দু মেঙ্‌ন ঙানব মরম্ম করিনো খর উবদুদ লৌসিং মাঙ্‌লকই। তোল্লব আলি **সাহেব্** নিংসা থিংলক্লে।

গধা ইবুংঙোদুসু মঙ্‌লান্ মঙ্‌লি। আলি **সাহেব্‌কী** খোঞ্জেন্দুদ অমদি চৎথোক্ চৎশিন্ তৌবদুদ মপূক্লীংদ মাগী চানব পুরক্লে হায়্‌ন নুংঙাইজরি। আলি সাহেব্ থুন চঙ্‌খিবনি। মহাক্ল গধাবু উহৌদে অদুবু গধানদি উখ্রবনি। মহাক্ল উরকই নাপী অমসুং চক্ল চানব পুরক্তে। কয়াদ থৌওইদ্রব, ইকায়্‌খুম্নব (ইজ্জৎ) লৈত্রব, চান-থক্লবগী মহুত্ত মশা তপা-তপাব আলি সাহেব্। গধাদু সাউরে, মশাবু থিংব ঙম্‌জদ্রে, কম্ন খোংদুন মহাক্ অসি সাহেবতা চোংশিল্লে।

মাদি খঙ্‌দবনিন মিপাইরে। খঙ্‌হৌদন মাসি করি খুদোংথিব লাক্‌লবনো ? হাথু-হাথু তৌবদ খঙ্‌লকই, কনাগুম্ব ব্রাংচাউরব অমোৎপ শা, মদুদগী অঙক্-অঙকপ খোঞ্জেল্ থোরকই, ব্রাখল্ মাঙ্‌দুন অমদি মিপাইখিদুন মতেঙ্‌গিদমক্ লাউরকই।

ফিনাৎ মফমদুদ হুন্দোক্লমদুন থোঙ্‌লোম্দ চেল্লক্লে। হাথু-হাথু তৌদুন মপাল্ লোম্দ হাংব থোঙ্‌লোম্দ চেল্লকপনি। মদুদি টন্নুন মপান্দগী পুনা পান্‌শিন্‌খিবনি। মহাক্ল থোঙ্‌দু হাংদোক্লব হোৎনৈ অরেম্বদ তারে, মদু হাংদোকপ ঙম্‌দে, অমন মনুংদগী মান মনুংদগী পুনা পান্‌সিন্‌বনি, খন্দুন মিপাইরকই। মদুদি মপান্দগী লোন্‌বনি। মদু কনাগুম্ব তম্লাই (ভূট্ প্রেট্) কী থবক্‌নি খম্বদগী আলি সাহেব্‌তো কিমম্বদগী খোঞ্জেল্‌ফাও ফাজিন্‌খ্রে।

আলি **সাহেব্**ন লাউব-খোংব অমসুং গধান খোংব তারগ য়ুম্‌গী মী পূম্ন মক্ চেল্লকই, মমা অঙাংসিং অমসুং মীনায়্, আলি **সাহেব্** করি তৌরবগে ? টন্নুদি মদু খঙ্‌লবনি, করি তৌরম্‌গদগে হায়্‌বদো।

আলি সাহেব্‌ন খল্লী, মসী করিগুম্ব কৈসাল্ ওইরিনি মঙোন্দ লান্দারক্লিব। হৌজিক্ মা তসেংন থাজরক্লে। মহাক্ল তায়্, খ্রেং-খ্রেং তৌদুন **বার্স্টিন্** ওন্থ্রে, মদুগী তুংদ কনাগুম্বন **মগত্রু**, আলি সাহেব মাগী লাছেংদুগী কঞ্জনব কোয়্‌চেন্ চেল্লী, করিগুম্বদ **বার্স্টিন্দ** অদুগ করিগুম্বদ *টব্‌ত* থেংজিল্লী অসুম্ তৌবনিদ। মহাক্ মতেঙ্‌গিদমক্ত হেন্ন লাউরকই।

আলি **সাহেব্** মীথূংগী কারোম্‌দগী ঈরূজফম্‌দ চঙ্‌লক্‌খিবনি। মরম্‌সিন মীওয়্‌সিংন অদোম্‌দ ওইন চেন্‌শিল্লি। মপান্‌গী থোঙ্‌ অদুদগীদি কনাস্‌ ব্রাখল্‌ তৌহৌদে। থোঙ্‌দূ মিনায়্‌সিংন থুদেক্লব হোৎনরক্‌ই। মমান মপান্দ লেপ্তুনা মিপাইন য়েংলি। মরক্‌সিদ কদায়্‌দগীনো টাইগরসু কন্ন কন্ন খোংদুন চেল্লক্‌ই। মমান মাবু খোংবদ থিংলম্মী। মঙোন্দা মমান হায়্‌, "টাইগর্‌, নঙ্‌ মনূংদ চঙ্‌উ, মওঙ্‌ অম তৌদুন থৌদোক্কুবু খঙ্‌নবা য়েংউ, করিনো হায়্‌বদু ?"

টাইগর্‌ন থৌদোক্কু খঙ্‌দোক্লে। মনূংদ চঙ্‌বগী মহূত্ত য়ূম্‌দূ কোয়্‌রৈ লয়্‌দুন ঈরূজফম্‌গী মনীং থংব থোঙ্‌দুদ থুংলুরে, মদূদি টন্নুন মপান্দগী থিংজিল্লম্বনি, মদূ উরগ টাইগর্‌ন কন্ন কন্ন খোংব হৌরক্‌ই।

হৌজিক্‌ আলি **সাহেব** মনূংদ মিপাইরে, মনূংদুদ অঙক্‌-অঙক্‌প খোঞ্জেন্‌ তারি। মায়্‌কৈ অমদ, মীওয়্‌বগী খোঞ্জেল্‌, অমরোম্‌দন শাগী মখোন্‌। মান খল্লি, তম্নলাইগী মরূপ্‌ মমৈ পুল্‌সিল্লে অদুন হেন্ন লাঙ্‌লিবনি।

টন্নুগী ফিভম্‌সু ফত্তে। মান টাইগর্‌দ সাউরক্‌ই মরম্‌দি মান অরেম্বদ লাঙ্‌বগী অমসূং পূক্লিংদ অরোন্‌বদু খঙ্‌নরক্কদ্র খম্বদসূ মিপাইরক্লে। করি তৌগনি ? মহাক্কী মমাস্‌ টাইগর্‌গী মনাক্ত মপান্‌গী থোঙ্‌লোম্‌দ থুংলরে। লাক্‌পগ মমান থুন পুনাদূ হাংদোক্‌ই, থোঙ্‌ হাংদোক্‌পগ আলি মপান্দ চেম্ছোরক্‌ই। মা নিংসা মপী হোল্লি, ময়া কাথোক্কুন কিন অমদি মিপাইরদুন মাগী তুংদ গধাসু , অনীমক্‌ লৈকোন্‌গী মায়্‌কৈদ লাক্লে, পাম্বীসিংদু নেৎথৎলে, গল্লাসিংদু থুগাইরে। গধা থুন য়ূম্‌সিদগী মপান থোক্‌খিবা পাম্বনি অমসূং আলি **সাহেব** ... । মহাক্কী খুদোংথীবদুদগী নাছোক্‌প পাম্বনি। নিংসা মপী হোন্‌বদগী হেন্দোক্কুন মিপাইখিবদগী মাগী নিংসা থিংব হৌরক্লবনি।

মিনায়্‌সিংন আলি **সাহেবপু** লৈকোন্দগী খাল্লম্মী। ফন থেঙ্‌লব মতম্‌দ আলি সাহেব্‌ নত্তব পূম্নমক্ত খঙ্‌লক্‌ই, পূম্নমক্‌ য়াইফরি। পূম্নমক্ত মাবু থেম্‌জিন্নব অমদি খঙ্‌হন্নব হোৎনরম্মী। ঈরূজফম্‌দ মাগ লোয়্‌নন **ধোবী**গী গধাদুনি লৈরম্লীবদু তৌইগুম্বসূং আলি সাহেব য়ানীংলম্‌দে, মান খঙ্‌ব ঙম্লম্‌দে। গধা ঈরূজফম্‌দ করম্ন থুংলুগদৌরিব ? মান য়াজে মদূ শোয়্‌দন করিগুম্ব তম্নলাই ওইগনি। থোঙ্‌ অনীমক্‌

থিঙ্জিন্খিবগ মনূংদ চঙ্লক্খিবনি। তসেংন মা ফক্লাঙ্দগী চোংথদুন নুংশিং ওইন থুংলবনি। মাগী রাখল্দি তম্লাইসিংন অসুম্ন পাম্ব মওঙ্দ ওহোক্প ঙম্মী। অপাম্ব মফম্দ থুংলুব ঙম্মী।

সোম্দ মমান অঙাংসিংদ হংব তৌরক্ই। হৌজিক্ মা খঙ্ব ঙম্লে, মদু কনাগী ঙাওশিন্নবদগী থোক্পনো হায়্বদো, হৌজিক্ পুম্নমক্ খাঙ্ব ঙম্বগী রাংমদনি। অঙাংসা, নখোয়্না খন্ব য়াই, টন্নুগী করম্ব ফিভম্ ওইরম্গনি ? আলি সাহেবন থৌদোক্সি নীংশিংলির্গনি, মদুদ টন্নুসু মাবু ফুখিবদু কৈদৌনুংদ কাউব য়ারোই।

*শাই রেক্প — মোহম্মদ রাসিম্*

ফিলিপিন্

# মরাইবক্ ফব নুপামচা অম

ন. র. ম. গোজেম্প্রেশেক্

**জুলাই**গী অশাব অহীং জুলিয়ো ফাওনচে ইরি, মদূস্ কনাগুম্ব অমদ নত্তে, মহাক্ত ইরি, মাগী যুম্ মপু কা পোক্সোদ। ফাউনচেসি মান মচানুপাগীদমক্ত ইরিবনি। মাগী মচানুপা জোসে মান্সালয় **সহর**দ তম্নব থাব পাম্মি। **সহর**দুদ কাপোক্সো লৈবনি।

মখোয় চহী অমগী মমাঙ্দ মিন্দোরোগী ঈথৎসিদ লৈব লাক্খিবনি করিগীনো হায়্বদ মখোয়্ন হান্ন লৈরম্ব মফমদুদ জুলিয়োন লৌউনব লম্ খজিক্ ফাও ফংদে। হৌজিক্ খর ফংলিবসিদ মশাবু লাইবক্ ফবনি খঞ্জে, করিগীনো হায়্ববু কাপোক্সোন মাবু মাগীদ কা সান্দুন লৈবগী মওঙ্দ থম্বদ য়ানরম্মী।

''নুংশিজরব মরুপ্'' মহাক্ত ইবা হৌরক্ই। মতম্ খরগী মমাঙ্দ মাগী নুপীন অঙাং অম পোক্লে। কাপোক্সো মতমদুদ মাগী যুল্লোন্নব ওইরম্মী অমসূং মতৌ অসূম্ন মান মহাক্কী নৌন পোক্লিব অঙাংদুগী নাউয়োক-নাওকোম্বীব ওইরম্মী। মদূগী তুংদ মবানি অমন অমবু মরুপ্ হায়্নব হৌখ্রবনি। জুলিয়ো মাগী ফাউনচে তাগনোক্ (ফিলিপাইন্ লোন্দ) ইরিবনি, মাগী মচানুপাগী **মূল্ কোপী**দগী লমায় শেগায়্রগ অমসুং মহাক্ পূক্লিং চঙ্নন মদুদ লূক্থদুন।

থা কয়া মরুম্ হৌখ্রে, মান ইনবগীদমক্ত মখূৎন করিনো খর পায়্রিবদু। মদূগী অহাম্বদ মান মানসালয়গী কৈথেল্লাক্পা লোয়্শঙ্ (ম্যুনিসিপাল্ কাউন্সিল্)দ য়ূম্গিদমক্ত ৱাকৎচে পীনব চৎলম্মী, মতমদুদ মান খোর্জৈ শিজীন্নব অমসূং মহাক্ ঙক্লম্মী, মহাক্ত অহাঙ্ব **কোর্মদু** তরু তরুন মেন্সিন্খি।

ব্রাকৎচেদ্গী করিসু তৌখিদরে। অসুম্ন কাপোন্সো মঙোন্দ থাজব পীরম্মী, মান ঙম্ব তৌরক্কনি অমসুং মরী লৈনব *ওফিসারদসু* জুলিয়োন থাজরম্মী। মাগী ফাওনচেদু ফজন ইরবনি মদু কাপোনেসা পাব ঙম্লব।

"ফাওনচেসি ঐগী ইচানুপা জোসেগী মরম্দনী" মান ইরম্মী, "মহাক্ তরূক্ সুব **ক্লাস** ত তম্লিবনি"। মহাক্ন মসিমদি ইদ্রে জোসেন থিন্দোরো লাক্লব তুংদ চহী অম অরেম্বদ মাঙ্হন্ব তাই "করিগীনো হায়বদ য়ুম্দ লৈরগন ইরোইসিংবুসু, য়েংসিন্ব ঙমদে, ঐন খল্লী **সহর্** দ লৈরবদি মা **স্কুল্** চৎকনি, মহাক্ হেন্ন ফব ওইরনি" ফক্লাঙ্দ ঙারদুন মহাক্ ফমথরে। মাগী য়ুম্দু কা অমগীনি, পোৎ-চৈগী মিংদ অসাঙ্ব উগী ফমুংনি। মহাক্ লৈমায়দ ফমথরে অমসুং হিদান্দুগী মচী অমদ ইনবগীদমক্ চেনচিংব থল্লি, হিদান্দু কাগী মচী অমদ থাই, অতোপ্প মায়কৈদ **স্তোপ্** থল্লি, হিদান্দো মদুগী য়েৎ থংবদ মাগী নুপী অমসুং মচানুপী কাঙ্খন্ খন্দুন হিপ্লি। জোসেসু মফমদুদ লৈরম্মী। থোঙ্ ময়াদ ফৌ বোরা মনাক্ত হিপ্লি। নুমিৎয়ুংব মতুংদদি মহাক্ মপান্দ লৈ। কাপোন্সোগী ইরোই অম তুরেল্ ব্রাংমদ নৌন ফৌ লোক্খিব লৌবুক্ত চৎখ্রে, মদু থিব চৎলুবনি। জোসে চোক্থরে, মহাক্ তুম্নীংলক্ই, নাখোক্প হৌরক্ই, মতমদু মহাক্ চহী তরানিথোইগী ওইরনি।

কেরোশিন্গী থাউমৈ থাল্লি, মদু নাপু মচুগী মৈরীক্ন নীক্-নীক্ চাক্লি। চাক্-ইস্নাঙ্দগী নুংসিব মনম্ লাক্ই, ফৌরিব ঙাদু হিদান্গী উদুগ মচু অমত্ত ওইসিন্খ্রে। মখোয় য়াম্ন লায়রে। অদু জুলিয়োদি লায়রবসিদ অব্রাব নত্তে, নৎত্রবদি মা ঙাওখিব য়াই। অদুবু লৈরিবদুদ পেন্থোক্ই। মহাক্ন কাদুদ লৈদুন য়েংলক্ই, অমসুং অমুক্ জোসেগী মায়কৈদ, মনাক্ত সাংদোক্লিবদুদ। মহাক্ অমুক্ ফাওনচে ইবদ পুক্লিং চঙ্লক্ই।

'মরূপ্, ঐগী ইচানুপা জোসে', মা ইথরি ' য়াম্ন হোৎনব কন্ব মখল্গী অঙাংনি, মরূপ্, নঙ্ন মাগী লৈফম্, নঙ্গী য়ুম্দ মচী অমদ পীব ঙম্গদ্রা ? নঙ্ন মাবু পাল্লবদি থবক্ শিজীন্নৌ, মখল্ অম হেক্ত, মহাক্ চাক্ থোংবসু হৈ অমদি ঐন থাজৈ মহাক্ কোন্সু ফেঙ্ব হৈগনি '।

জুলিয়োন নীংশিংলক্ই, মহাক্ন লূক্ হৌবগী নুমিৎসিংদ থা অহূম্ ব্রাংলিঙৈদগী কাপোন্সোগী য়ুম্ চৎলম্মী। য়াম্ন চাউব য়ুম্নি। মহাক্কী মিনায় মিশল্ ময়াম্ অম, লৈমায়দো কয়া নাল্লী, চৎন চৎন মশাগী মমি ফাও উই। লৈমায়দ কনাগুম্ব অম চৎখ্রবদি, মিনায় অমন ফি পায়দুন মতুং-মতুংদ চৎলী। মহাক্কী থবক্কী অদোম্গী খোঙ্দগী তাহৌব উফুলদু সেংদোক্পনি।

“ঐন পামজৈ নঙ্ মদুদ য়াম্ন ৱাইশিল্লোই হায়্‌ন।” জুলিয়ো ইদুন লৈরি, মপৃক্লিংদ হৌগৎলকপ ৱাখল্‌সিংদু মান পুসিল্লি অমসুং ইরি। মাগী পৃক্লিংদ করিগুম্বদ কিবসু ফাওরক্‌ই, মাগী ফাওনচে ওন্নন খন্‌খিগদ্র অদুবু মহাক্ ইরি, তপ্ন-তপ্ন তৌইগুম্বসুং লেপ্ত ইন ই, মহাক্ লেপ্‌থোক্‌পসু য়াওই, মান ইরিবদু মদু পাই, হন্ন হন্ন পাই “মরূপ্ নঙ্‌ন ঐখোয়্‌গিদমক্ত খর তৌগদৌবদু ঐখোয়্ মদৃগিদমক্ শোয়্‌দন সিংলক্কনি। মসিসূ অচূম্বনি। ঐখোয়্‌দ অদোম্‌গী হান্নদগী হেন্ন তৌবিমল্ তোল্লবনি। ঐগী নূপী অমসূং ঐ ইশামক্ অদৃগুম্ব তৌবিমল্‌দু সিংনবগীদমক্ত শেম্ সারিবনি।’

অরোয়্‌ব ৱাহৈদু মহাক্ল অমুক্ পাই। মাগী নূপীগী ৱাফম্ পল্লদুন মহাক্ল নীংশিংলক্‌ই, মখোয়্‌ন মফম্‌সিদ লাক্লিঙৈ মমাঙ্‌দ কাপোক্সোন মখোয়্‌গিদমক্ত চেঙ্ বোরা অচৌব মঙা থারক্‌খি। মমৈদদি মান তারক্‌খি। পোইন্‌দ চেঙ্‌দৃগী মমল্ সরূক্ অনী পীগদবনি। তসেংন মথোয়্ লৌবগী ৱাফম্ অদৃসু মতম্‌দুদি চৎনবীনি অসুম্ তৌবনি। অমদি জুলিয়োদি অসিগুম্ব নুপানি, করিগুম্ব অমত্তগী ৱাকৎ তৌদে। অদৃগী মথক্ত মহাক্ল কাপোক্সোগদি মতম্ পূম্বদ নক্লব মরূপ্‌নি। অদূ নত্তব অতোপ্প লৈতে, তসেংব অমসূং চুহী মরূপ্।

খঙ্‌হৌদন মান খল্লক্‌ই, জোসে করম্ন কাপোক্সোগী যূম্‌দ থবক্ শুরুনি। অঙাঙ্‌সিন করিগুম্ব চৌকি অমদ থেংজিল্লুরো নত্রগ কোন্ থুগায়্‌রুরো ... অদুদি ... মতৌ অসুম্ন মহাক্ খন্দুন লৈরম্মী। অঙাংদুগী ৱাখল্‌দ ৱাজরম্মী।

‘অমসূং মরূপ্, ঐ খন্‌বদী নঙ্ জোসেবু নশামক্কী নচানী খল্লো। করিগুম্ব মান শোয়্‌খিব লৈরবস্ ফূ। তসেংবদি ঐন, ঐন পাম্মী, মানসূ নঙ্‌বু অনীশুব মপানী খন্‌ব ঙম্নব”।

জুলিয়োন খল্লী, মখা করিসূ লৈত্রে, ইনব নত্রগ হায়নব মহাক্ল মাগী পুন্সিদ খ্বাইদগী সাংব ফাওনচে ঙসি ইরিবসিনি। মতম্ খরগীদমক্ খল্লী, মাগী খূৎশাসিংদু পঙ্‌থরে। মহাক্ল খল্লী, মসীবু ফজব ফাগি অমনি, করিগীনো হায়্‌বদ মহাক্ল পুন্সিদ লমায়্ অমফাও মপৃং ফান ইখিদ্রি। মহাক্ল ফক্লাঙ্‌দ ঙাশিল্লী অমসূং মশা মতোম্‌ত মোমোন্ নোক্লি।

ফরে, ফাওন-চে মপূং ফারে। হৌবদদি মিপাইরম্বনি, মহাক্ ফাওন-চে ইব ঙল্লোইদ্র খল্লুই তৌইগুম্বসূং ইদি ইরেদন। মহাক্ল খল্লী ফাওনচেসি চুম্ল ইরবনি। মথঙ্ নুমিত্ত জোসেগ লোয়্নন শোয়্দন থাখ্রগনি।

মথঙ্গী অয়ূক্ত পূং তরূক্ তাব মতম্দ। চহী তরানিথোয়্গী মচানূপা ইরোইদ তোংদুন তুরেল্গী মপান্দ শহরগী মায়্কৈদ চংখি। ইরোইগী পাক্লব মনঙ্গন্দ। মহাক্কী য়াংতক্ তৌব পোংলূম্। ইরোই মতূংদ মপান চংলি। তুরেল্গী লৈশিন্‌খিবদু ফাওব মহাক্পু থিন্দোক্লক্‌ই। তুরেল্দগী খাইদোক্তুন অপিক্‌প খোং অম ব্রাপন্ মরক্তগী নাকন্দ চেল্লী। ইরোইন ঈশিংদ খোঙ্ থাদ্রিঙৈদ ঙাইহাক্ লেপ্লী। মাগী মপান চয়্ থাঙ্গৎতূন চৈফূ অম ইরোইদুদ ফূরম্মী। মপান চয়্দূ অঙাংদুদ পীরম্মী, মদূ য়াম্ল চাউরব খূদোন্‌পোৎ অমগুম্।

মপাদূ খোংদুগী শোম্ থংবদ লেপ্লুন লৈহৌরে, য়েংউ ফাওন-চেদুগী ব্রাখল্ তৌই, 'সোম্দ লেপ্ল-লেপ্ল মহাক্ল লাউরম্মী, য়েংউ নঙ্গী ফূরীৎখাউদ য়াউরিব ফাওন-চেদো!''

অঙাংদূন ফূরিৎখাউদ হূল্লি, ফাওনচেদু য়াও্ব থেংনরে, অদূগ অমূক্ হায়্রক্‌ই, নত্তে পাপা ঐন মসি মাঙ্‌হল্লোই''।

'অদূগ ইরোইগিসূ খল্লু, জুলিয়োন অমূক্ হায়্রক্‌ই, ''ঐ নোংম নিনী লৈরগ মদূ লৌব **সহরদ** লাক্কে, ঐ সূপ্লগী হূন্‌বগী থবক্‌সি লোইসিল্লম্‌খিগে''।

অদুদগী জুলিয়ো য়ূম্‌লোম্দ হল্লক্‌ই। য়ূম্দ থবক্ য়াম্ল লৈরম্মী, মহাক্ থবক্তগী মরম্দ খন্দূন চংলী। তৌইগুম্বসূং নীংশিংলক্‌ই ''অদূগ ফাওনচে-দো'' মহাক্ল কন্ন লাউরম্মী ''ব্রাখল তৌগদবনি। নঙ্ন **সহরদ** হেক্ থুংবগ কাপোঙ্গোদা পীয়ূ। অফব অঙাং অমগুম্ লৈয়ু অমসূং মান হায়্বদূ তৌ, ঐগী ব্রাফম্ পূম্ব নীংশিংউ।''

ইরোই মথক্ত জোসেন খুল্লক্‌ই, ''হোয়্ পাপা, হোয়্, নীংশিংই চংখংলি। মাগ লোয়্নন মাগী অপিক্‌প ফি ময়োম্দসূ পুন্দুন থল্লি। চেঙ্গী অপিক্‌প ময়োম্ অমসূ, চেঙ্সি মহাক্কী **সহরদ** লৈবদ চয়োল্ অম কোন্নগনি। মহৈশঙ্দ তল্লিব লৌমী অঙাংসিংগীদমক্ত মসি মরু ওইবনি। অসূম্ল কা পোঙ্গোগীদ লৈনবগিদমক্ত চংলিবনি। অদূবু জুলিয়োন কনাগুম্বন হফতা অম চানব ফাও পুরক্‌প কাউই হায়্নবদূ পাম্জদে।

অঙাংদূ মপাগী মিৎমাঙ্দগী উখিদরে। লম্বীদ ব্রাংল-ব্রাংলব ফৌগি লৌবূক্ লৈ। মদূগী অশংব মনাসিং অয়ূক্তগী নুমিৎকী মঙাল্ন ঈরঙ্ লংন উরি।

জোসে মপাগী ব্লাখল্ তৌরক্‌ই। মাগী পূক্লিংদ ফুরিংখাউদ য়াওব্রিব ফাওনচেদু পানিংলক্‌ই। মহাক্ল নাকন্দ মরুম্ তাব উ পাম্বী মরক্ত ইরোই খাম্মী। মনাক্ত তোংলিব উচেক্‌সিংন ঈশৈ শক্লি। জোসে ফাওন-চে পারি। উচেক্‌সিংগী ঈশৈসু তারী।

মহাক্ল ব্লাহৈ অমমম্দ ওইন পারি। অহান্‌বদগী ফাওনচেদুদ ইরিব মপাগী ব্লাহৈ পরেংদু ব্লাহম্বোক্ খণ্ডব ঙস্লম্‌দে। পার পারগ ব্লাহৈ পরেং অমমম্‌গী ব্লাহম্বোক্ খঙ্‌লক্‌ই। মাগী পূক্লিংদ হরাওবন ঙম্‌খৈ লৈরক্তে। মান খল্লী মহাক্‌সি তাইবঙ্‌সিদগী খ্বাইদগী মরায়্‌বক্ ফব নূপা মচানী। অমসুং উচেক্‌সিংসু অদুগীদমক্ ঈশৈ শক্লিবনি। মহাক্ল অথাপ্লদ চেল্লীব তুরেল্‌গী ক্রোং ক্রোং লাউব মখোল্ তারক্‌ঈ। মফম্‌দুদগী মপাগ কায়নরক্‌পনি, উচেক্‌সিংন শক্‌প, তুরেল্‌গী ক্রোং ক্রোং খোঞ্জেল্ অসূম্ল তাইবঙ্‌পান্‌গী মালঙ্‌-নুংশিৎ পূম্ব, তেঙ্‌পান্‌ব পূম্ব অসূম্ল খল্লী।

*পাই রেকপ — এডমণ্ড সোপর*

সিঙ্গাপুর

# হৌদোঙ্দু নীংশিংলম্গনি

মার্গেট বিলকিন্স

'ম্যাও, ম্যাও' য়ুসুফন চৎলিব লম্জাও (সরক)তুগী মনাক্ত লাংখোংদগী য়াংলপ্ন মখোন্ তারক্ই। মহাক্ লেপ্লী অমসূং তারম্মী, খোঞ্জেল্ অমূক্ তারক্ই- 'ম্যাও, ম্যাও'।

য়ুসুফন লাংখোংদ য়েংলম্মী, অপিক্প হৌদোঙ্ মচা, ময়াঙ্ ইকঙ্ কংলব, লৈখোয়্ন পূম্তৈ, ঈশিংনসু চোৎলব য়ুসুফলোম্দ য়েংলক্ই, তোল্লব মিৎয়েঙ্দ। য়ুসুফ লাংখোংদূদ কূম্থরে। হৌদোঙ্ মচাদূ থাঙ্গৎপিরে। লাংখোংদুগী শরুক্ তঙ্খায়্দ উপাক্ল কূপ্লী, মাবূ উপাক্লুদ থাঙ্গৎতুন থপ্বিরে।



হৌদোঙ্ মচাদূ উপাক্ত লেপ্লি, মতেঙ্ লৈতন, নীংব কায়্রদুন অমসূং নীংঙমদন 'তোল্লবী, অাপক্প পুসী' য়ুসুফ্ন হায়্রম্মী, 'চৎলূ ঐন নঙ্বু ঐগ লোয়্নন যূম্দ পুরনি ।'

য়ুসুফ্কী মমান হৌদোঙ্ মচাদূ উবদ হরাওদে । ''য়ুসুফ নঙ্ খঙ্লিব নত্রা, ঐখোয়্ন অনৌব ক্রেটত চৎত্রিঙৈদ অহূম্সিগী ৱায়্, ঐখোয়্ন শা মরিসি কনা-কনাদ পীর্কনি । ঐ নঙোন্দ মসিমসূ তাক্নীংই, কনা গুম্বদ অয়োক্প শা পীবসি অরায়্ব থবক্ নত্তে ।''

অদূবু য়ুসুফন মমাগী মমাঙ্দ মখূৎ লোন্নদুন মহাক্পু য়াহল্লী । মমান চেক্শিন্ৱা হায়্, ''মসি খঙ্জীল্লূ, মতম্ লৈব খিবিক্ত অসূম্ন ওইরোই'', য়ুসুফন হায়্রম্মী -''মতম্ লাক্পদ পুসীগীদমক্ত য়ূম্ থিগনি'' ।

মহাক্ত মাবূ পীজ-পীথক্তন ঈৱজথোক্পী । হৌদোঙ্ মচাদূ ঈৱজথোক্পদুদ্দী ময়াম্ পূম্নমক্ ঙক্লরে, মদূদি বরবকী মতৌগুম্ন ভৌরম্মী, মমিৎ সংবান্নদুন য়াম্ন ফজৈ ।

থা কয়া হৌখ্রে । য়ুসুফ পুসীদ অপাম্ব হেঙ্গৎলক্ই । মহাক্ত মদূ কয়া নুংসিজরে । মহাক্কী ৱাখল্দ অনৌব ক্রেট্ চৎনবগী ৱাফম্ কাউথোক্খ্রে । ওইথোক্লবদি ক্রেট্ ফংদ্রবসূ অদুদগীদি মাগী মনাক্ত পুম্নী অদুম্ থম্লগনি ।

পুসী চাউরব হৌদোঙ্ অম ওইরক্লে । মহাক্ য়াম্ন ফজরক্ই । সাংলব রেসম্গুম্লব মতু অমসূং ফজর চুম্দ্রীং চুম্ব, পূং পূং লাউব মমৈ ।

য়ূম্দ হান্নদগী হৌদোঙ্ অহূম্ লৈ, মদুদগী তসেংন তোঙাল্লি । য়ুসুফ অহূম্দুগী মহূত্ত হৌদোঙ্সিবু য়াম্ন নুংসিন তৌরম্মী ।

য়ূম্দ পুসী মমা ওইগদৌরে খঙ্নরক্পদগীদি পূম্নমক্ত হৱাওরে । ঈমূংদ পুসীগীদমক্ লাঙ্লক্ই । পূম্নমক্ মহাক্কী অমদি মাগী পোক্লক্কদৌরিব মচাসিংগী করি ওইগনি ৱা ঙাঙ্নরক্ই ।।

নোংমদি মহৈশঙ্দগী হল্লক্পদ মহাক্ত খঙ্লম্মী, মখোয়্ অনৌব ক্রেট্ ফংগদৌরে । মদূন অৱাব ওইরে । হৌজীক্ পুসী অমদি মাগী পোক্লক্কদৌরিব মচাসিংগী করি ওইগনি ?

হৌজিক্ য়ুসুফকী মমা মপান মঙোন্দ কন্ন হায়্রে, ''পুসীবু কদায়্দনো অম

থাদোক্খিব তাই" । মখোয়ন হায়রম্মী, "পুসীবু শাসিংদ মিনুংসি হৈতব তৌব থিংব লূপ্ত পীখিগনি (এস.পী.সী.এ) সংস্থগী মীসিংনা মাবূ য়েংসিন্‌গনি । মান মচা পোক্‌লবস্ সংস্থগী মীওয়্সিংনা মচাসিংদ্‌গীদমক্ অমসূং মহাক্কীদমক্‌স্ অফব ঈমূং থিবিগনি ।

য়ুসুফ তূমিন্ন তারি । ৱাহৈ অমফাও ঙাঙ্‌দে । নুংদদি মহাক্ কপ্পীংলক্‌ই । মহাক্ লাউদুন হায়নীংলক্‌ই । মহাক্ পুসীদগী তোঙান্ন ঙম্লোই ।"

অহীংদো মহাক্ তূম্ব য়াদে, মহাক্ ফমূংদ ওন্দূন লৈরে । মমৈদ মহাক্ তূমম্ব্রবদ মঙ্ অম মঙ্‌লম্মী । পুসী বোন্ অমদ থম্লি অমসূং মপান্ থোরক্লগ ম্যাও ম্যাও খোংলি । মহাক্ ৱাদূন লাউরক্‌ই, মহাক্ক পুসীবু নুংসিরুবগীদমক্ মঙোন্দ নাল্লম্মি, মোন্‌মোন্ লাউব ফাওরক্‌ই, মহাক্ মঙ্‌ফাওনরে । মহাক্ক উরক্‌ই, পুসী মাগ লোয়্‌নন ফমূংদ হীপ্লি, তপ্ন তপ্ন ম্যাও খোংলি । য়ুসুফ্‌ন খল্লী, পুসীন খঙ্ই, মহাক্ মফম্‌সিদগী চৎলনি । হৌজীক্ মহাক্ ম্যাও-ম্যাও খোংদুন হায়রিবগুম্ তৌরি, মহাক্ য়ুসুফকা লোয়্‌নন লৈগনি ।

পূসী ঙসিগী মমাঙ্‌দ করিগুম্বদ ফমূংদ কাদবনি । মহাক্ কোয়্‌ন চক্তুন চানব থিবস্ চত্তে, মহাক্ নাপীগি মাগী মকোন্দূদ লৈবনি । য়ূসূফ্‌কী মমান হৌদোঙ্‌ন ফমূংদ তূম্ব করিগুম্বদস্ য়ানীংদে অমদি পাল্লম্‌দে । মরম্‌সিন মমান ঙসি পুসীন লাক্লিবসি খঙ্‌লল্লবদি সাউরম্‌গনি । য়ুসূফ্ তপ্ন হৌগৎলে । পুসীবু হৌদোক্তুন মপান্‌গী থোঙ্ ফাও তপ্ন তপ্ন মখূৎকী পাঙ্গল্‌ন লাক্‌ই, তপ্ন থোঙ্ হাংদোক্‌ই, করিগুম্ব মখোল্ অমত্ত থোক্‌হন্দন পুসীবু মপান্দ থম্মী, তপ্ন মাগী নাকোংদ হায়রম্মী, 'পুসী অফবী চৎলো, নঙ্‌গী ফমূংদ ।'

পুসীন য়ুসূফলোম্‌দ য়েংলক্‌ই, অমূক্‌তংদি নীংহন্নরক্‌ই অমসূং মতূংদ মাগী ফমূংলোম্‌দ চৎখি ।

মাগী কারোম্‌দ লাক্কলাক্ক য়ুসূফ্‌ন *ঘরী*রোম্‌দ য়েংই । অয়ূক্কী পূং ৫ তারে । মমাস্ হৌগৎলল্লগনি । **ব্রেক্ ফাস্ত** শেম্-সানব । মহাক্কী হৌগৎপ মতম্ ওইরে, মহাক্ মহৈশঙ্ ঙন্ন চৎকদবনি । মহৈশঙ্‌গী *বস্* মহাক্ অমসূং মাগী মচল্‌বু লৌব পূং ৭ তাবদ লাক্‌ই ।

ফমূংদ হীপ্তুন পুসীগী মরম্‌দ খল্লম্মী, করি তৌগনি ? করি তৌরোই ? করিগুম্ব মাগী **ক্লাস্**কী কনাগুম্ব অঙাংন লৌরবদি হায়্দুন অঙাং পূম্বদ পুসীবু য়েংহল্লী,

লৌনীংগদ্রা ? ফরে মহাক্ত খল্লী, মখোয়্দ হংলগে অমসুং মখোয়্‌ন য়ানীংদ্রবদি ? অদূ ওইরবদি করিনো অমুক্ খন্ব তারে। পুসী মাগীনি মান অমুক্ উব ফংলোইদৌব মফম্‌দ পীব পাম্‌দে।

মাগী মিৎকী পাসিংদু লূম্‌থরক্‌ই। মা তূম্লিংলক্‌ই। মতম্‌দুদ মান অমুক্ ৱা অম খল্লক্‌ঈ, মাগী মবেন্‌বোক্কী অমম্ব য়ুম্ লৈ। চহী অনীরোম্‌দগী মদূ হাঙ্‌দুন লৈরবনি। করিগুম্ব পুসী লৌব পাম্দ্রবদি মফম্‌দূদ, অমম্ব য়ুম্‌দূদ লোত্তুন থম্ব য়াই অমসুং মফম্‌দূদ চৎনব কনাসূ খন্বফাও ঙম্লোই।

*অলার্ম* য়েখ্রে। য়ূম্‌দ মী পূম্‌ব হৌগৎনখ্রে অদূবু য়ুসূফ্ মাদি য়াম্ল নুংঙাইন তূম্‌থরি। মহাক্ **অলার্ম** মখোল্ তাহৌদ্রে। তিনান মাবু নোম্‌দুন হৌদোক্লবফাওবদ হৌগত্রে। মা য়াম্ল তূম্লিংলি। তিনান হায়্, 'থুন হৌগৎলু, পূং ৬.৩০ তাগদৌরে, নঙ্গন ঐবুসূ বস্‌কীদমক্ত থেঙ্‌হল্লবনি।' তিনান থেঙ্‌খিগনি হায়্‌দুন ৱাকৎলি অদূবু য়ুসূফ্ মান শেম্-সাব লোইসিন্বদ **বস্** লাক্লদৌব **মিনহ** অনী ৱাৎলি।

মহৈশঙ্ য়ূম্‌দগী য়াম্ল থাপ্পী অমসুং লম্বীদূ মী কূংবনি। য়ুসূফ তূমিন্ন **বস্** মনীংদ ফম্‌খ্রে। মায়্‌কৈ মরীদ করি তৌরি, করিগী লাঙ্‌লিবনো, মসি পূম্নমক্ মা খঙ্‌দে। মহাক্ত খল্লী, মহাক্ থুন লেপ্‌থোক্‌প পাম্মী। মহৈশঙ্ অশাঙ্‌ব সিল্‌হেন্ (সুতি)গীমক্ থিংগদৌরে। সূপ্পগী চয়োল্ অম ৱাৎলি। মরক্‌সিদ পুসীবু লৌব পাম্বরা নৎত্রগ পাম্‌দবরা লেপ্‌থোক্‌প তাই।

মহৈশঙ্ থিংগদৌব অরোয়্‌ব নুমিৎ য়ৌরক্লে। পুসীবু লৌনব কনাসূ শেম্-সাদরে, মতম্ খরগীফাও। য়ুসূফ্‌ন মাগী মরূপ্‌সিংবু ফত্তনসূ খন্দে। পূম্নমক্কী মসিনী অৱাব। অয়াম্ব মীওইসিংন অনৌব য়ূম্‌দ চৎকদৌরে। পূম্নমক্ মখোয়্ মখোয়্‌গী অয়োক্‌প শাগীদমক্ ৱানরে। মখোয়্‌গী অয়োক্‌প শা লৈতবদুসূ করিগুম্ব শা অমত্ত থম্ব য়ারোই। মখোয়্‌সূ থুনমক্ অনৌব য়ূম্‌দ লাক্‌প তারি। মরম্‌সীন মহৈশঙ্‌দসূ অঙাং পূম্ব মসিগী ৱারী ঙাক্ত সানরিব, অনৌব য়ূম্‌দ চৎপদ অয়োক্‌প শাসিংদুগী করি ওইগদগে ?

মবেম্বোক্কী অমম্ব য়ুম্‌দু নত্তন হৌজিক্ অতোপ্প পাম্বৈ লৈত্রে। য়ুসূফ্ মাগী ৱাখল্‌গী মতূং ইন্ন থবক্ তৌরে। অহাঙ্‌ব য়ূম্‌দূদ মহাক্ কয়ারক্ হন্ন চৎলুরে। মদূ উগী উপাক্ত শাব অপিক্‌প য়ুম্নী, শেম্নীদ্রবনি। মফম্ কয়াদগী উপাক্ লৌথোক্‌খ্রে। য়ূম্‌দদ মরুম্‌গিদমক্ তেক্‌থরব লাইখন্ অম লৈ। মদূগী লৈমায়্‌দু লৈবাক্কীনি। মবেম্বোক্ত

মৈ থানব শীং মদুদ পৈদুন থম্মী। কাদুদ থোঙ্ অম ইঙ্খোল্লোম্দ হাংদোক্ই। মঙাল্গীদমক্ শঙ্তগ্গুন ফরনি। মফম্দূ সেংদোক্ই। য়ুম্দুদ অমোম্ব কূম্ব নুংঙাইগদব পোৎ থিরি।

অপিক্পা উপু অম ফংলে। মদুদ পুসীগী চানব পোৎ থম্গনি। কাচিন্ অমদ অমম্ব **কম্বল্** অমদি নাপীগী ফমুং শেম্বীরে।

য়ুসূফ্না শেম্-সাব হৌরক্পদ মপুক্রীংদ অমরোম্দ য়ুম্দগী ঙাইহাক্ লৈতনা মাঙ্বদূ য়ুম্গী মীওইসিংনা ঙাঙ্লক্পা হৌরবদি মদূ মাগী মরাল্ ওইব য়াই।

'য়ূসূফ্ নঙ্ হন্দক্ মরক্ কদায়্দ চৎলূরিবনো?' মাগী মচেন মঙোন্দ হংই। মহাক্না হায়্, 'হোয়্ নঙ্ কদায়্দ চৎলিবনো? নঙ্ মতম্ অয়াম্ব মপান্দ লৈরিদুবো? করিগুম্ব থবক্ অম হায়্গে তৌবদ য়ুম্দ লৈতে।'

মদূগী তুংদ মহাক্ চেক্সিন্ন লৈরে। মমা মতমদূদ মনাক্ত লৈরম্মী। হৌদোঙ্গী লৈফম্ লেপ্লবদূদ মহাক্ নুংঙাইরে। মান য়ুম্দগী থোক্লম্দাইদ করিগুম্ব মাগী থবক্ তৌগদৌব লৈরিব্রা য়েংলম্মী।

খর-খর ওইনা হৌজিক্ উপুদূ সঙ্গোম্ মকূপ্না তংখায়্ থল্লে। মা খল্লী, মসি হূরাম্ব নত্তে, মাগী চাদিংদগী থবক্সিদ শিজিন্নবনি খল্লী। মহাক্ অথূম্ব চাব য়াম্ন পাম্মী তৌইগুম্বসূং অথূম্ব চাদ্রবসূ য়াই অদূন লেম্হৌব সেল্দগী চয়োল্ অমদ ঙা কৌতা অনী লৈব ঙম্গনি। মহাক্ন খল্লী, সঙ্গোম্ মকূপ্ কদায়্দগী ফংগনি? মহাক্ সেন্ফম্দ সেল্ তূংশিল্লী, মসিদগী অচৌব উপু অম লয়্ব য়াই, অদূন নুমিৎ কয়ানি চৎনগনি, মদূসূ খল্লী।

*ফ্রেট্*ত চৎকদব মতম্ নক্শিল্লক্লে, য়ুম্গী পোৎ পূম্ব পূন্সীম্ব হৌরে। মমা থবক্ য়াম্ন চিল্লী, মপান *ফ্রেট্* সেংদোক্পদ থবক্ চিল্লী। করিনো খর খর শেম্জীন্হম্ব, করিনো খর হাপ্চীন্হম্বদ।

য়ুসূফ্না পুসীবু অনৌব য়ুম্দুদ লৈননব হোৎনরি, মহাক্ন মাবু কয়ারক্ হন্ন মফম্দুদ পুদুন চৎলম্মী। নোংমদি মান পুসীবু অনৌব য়ুম্দুদ থোঙ্ থিংজিন্দুন থল্লম্মী। থোঙ্দূ ফজন থিংজিন্লগ মান হান্ন য়ৌরল্লে, মাবু ঙাইদুন লৈরল্লে, মান খল্লী অহোব

মাবু লৌব পাম্বসূ য়াওই । অদুবু মহাক্ মচা পোকদৌরে । ফিভম্সীদ শীবদ মচাসিংদুবুসূ অম মান থিংব কাউরমদুন পুসী মপান্ থোরকপনি ।

নোংম নোংমাইজীংদ মমান মখোয় মথঙ্ চয়োল্দ অনৌব য়ুম্দ চৎলগনি হায়রম্মী । শেম্-সাব লোইরে, হান্নগী হৌদোঙ্ মহুমদুগীদমক্ য়ুম্ থিরম্মী, অনৌব ফ্লেট্ সেংদোক্প লোইরে । অঙাংসিংগী ফজ-ফজরব কা শেল্লে । মপা মাগী লোয়্শঙ্ (ওফিস্)তগী সিল্হেন্(সুতি) সাংন লৌগনী, থবক্ পুম্ন মা মশান য়েংসিন্গনি । লৈবাক্পোক্প নুমিৎয়ুংব মতম্দ মখোয়্ন পুসীবু পুখ্রগনি । য়ুসূফ্ নীংশিংলিব্রা, মাসূ শেম্ সাদুন থম্গদবনি, খঙ্লেদনা ব্বাশে ।

নিংথৌকাব নুমীৎ মীওই পূম্নমক্ থবক্ চিল্লী । অয়ূক্তগী য়ূসূফ্সূ মাগী পোৎ চয় খোম্জীন্বদ চিল্লী । অয়ূক্কী চাক্লেন্ মতূংদ মমান অনৌব ফ্লেত্ত মাগী মতেঙ্ পাংহন্নীংই । মখোয় মফম্দুদ চৎখ্রে । ফ্লেৎকী নীপান্সুব মথোন্দনী । মথক্ত মীহূৎথোঙ্দ মহাক্ল য়েংখিবদ নুমীৎ ময়ূম্ চঙ্খিদৌরে অমসূং মম্শিল্লক্লবদুদদি মহাক্ মিপাইরক্ই । মহাক্ল মফম্সিদ পুসীন অসোম্দ ।

মান য়ূম্ য়ৌবদদি মম্খ্রে । পুসী ম্যাও-ম্যাও তৌদুন নীংব কায়্ন কোয়্চেন্ চেন্দুন লৈরম্মী । য়ুসূফ্ন মাবু প্লেট্ অমদ সঙ্গোম্ য়াম্ন থুম্ন হাপ্তুন পীরম্মী । মদূ লপ্-লপ্ তৌদুন থক্তোক্লে, মাগী মচীন্দু সেংদোক্ই । য়ুসূফকী মনাক্ত লাক্লগ মাগী মখূৎ লেক্প হৌরক্ই, য়ুসূফ্ন পুসীগী অয়ূব মরয়্দুন লেক্পদূ নুংঙাইতে অদুবু মখূত্তী লৌথোক্তে । নুমিদাংব্বাইরম্দুম মহাক্ পুসীগ লোয়্নন লৈরম্মী, মাবূ অনৌব য়ূম্ (মবেন্বোক্কী য়ূম্)দ পুনব মতাঙ্ চাব য়েংলম্মী তৌইগুম্বসূং মতাঙ্দো ফংলম্দে ।

লেবাক্পোক্পগী অয়ূক্তূ অতৈ নুমিৎসিংদগী হেন্ন ঈংই, থবক্ শুনবগীদমক্তদি ফব মতম্নি । য়ুসূফ্কী মমা মপা অয়ূক্ অঙম্বদগী ফ্লেট্ত চৎখ্রে । মতম্সিদ মহাক্ মতাঙ্ চাবদূ ফংলে, মান পামজখিবদো । মহাক্ল থুন পুসী পুদুন য়ূম্দগী থোরক্ই, লম্বীদগী লয়্রক্তুদ লাক্ই । করিগুম্বদ মরক্ত মমা-মপা উনগদ্রা খন্দুন । মবেম্বোক্কী য়ূম্দ থুংলুরে, শঙ্তপ্ হাংদোক্লে ।

'পুসী শোম্দ লাক্উ' মহাক্ল কাচিন্ অমদ খূদম্ তৌদুন হায়্রক্ই, 'য়েংউ নঙ্গীদমক্ত কয়াদ নুংঙাইরব ফমূংনো । লাক্উ,লাক্উ, মসি নঙ্গী অনৌব য়ূম্নী, ঐঙোন্দগী নঙ্ তোঙান্ন লৈব তারে ।'

'ম্যাও-ম্যাও' পুসী য়ুসূফ্কী মখোঙ্দ য়েংলক্ই। য়ুসূফ্ন লূক্থদুন মাবু নুংসিন নাম্বী।

'চৎলো সিদ হীপ্পূ, করিগুম্ব অৱাব অমত্ত খন্গনূ,ঐন মতম্ ফংবগ নঙ্গী ননাক্ত লাক্কনি।'

পুসী মঙোল্লোম্দ য়েংদুন চৎলগ মাগী ফমুংদুদ কূল্লম্মী। য়ুসূফ্ হন্খিনব খোঙ্লোম্দ ওল্লক্ই, মাদি লেঙ্-লাক্তে। মান খঙ্লবগুম্ মা সিদ লৈৱগদবনি হায়্বসে।

য়ুসূফ্ মতম্ চান য়ুম্ য়ৌরে। মতমদুদ মমা-মপান নুমিৎ য়ুংবগী চানব চাক্ মপান্দগী কৌতা হাপ্তুন পুরক্ই, মতমদুদ মহাক্ থবক্ তৌরি। কনানসূ পুসীগী মরম্দ হংনদে। য়ুসূফ্ মদুদ য়াম্ন ঙক্খি। পুসী ঈমুংদ লৈতে হায়্বসি মখোয়্ন করম্বব মতম্দ খঙ্লক্কনী।

'ফরে য়ুসূফ্, ঐখোয়্ন য়ুম্ সেংদোক্প লোইৱগ পুসীবু **সংস্থ** (এম্ পী সী এ) দ পুদুন চৎকনি। য়ূম্দগী মা তুম্নব ফি অম পুৱবদি য়ম্ন ফগনি। মাবূ মফমদুদ থম্লবদি অনৌব য়ূম্দুদ কনাবুসূ ৱাহল্লরোই।'

য়ুসূফ্ন অৱোয়্ব **প্লেট্**তূ ফিন তৈতেথোক্লি। মহাক্ন মপাগী মখোল্ তারক্ই। মহাক্ পুসীবু কৌরি 'পুসী, পুসী', তিনাসূল্ মহাক্ন লোয়্নন কৌব য়াওরি। য়ুসূফ্ হরাওই, পুসীবু থিবদ মখোয়্ন য়ুসূফ্কী মতেঙ্ লৌদে। পুং অনী মখায় তারে,মপান পুসীবু থিব তোক্লে 'হৌজিক্ করিসূ কান্নব লৈত্রে, করিগুম্ব মতম্সিদ ফংলবসূ ঐখোয় *সংস্থ* য়ৌরুব ঙম্লরোই। ঐ মখোয়্দ **ফোন্দ** পূম্ব তাক্লগে।'

তিনা মিপাইৱক্ই 'ঐখোয়্ন করি তৌগনি,ঐখোয়্ন চৎপ মতমদুফাওব মাবু থিব ফংদে। মাদি ঐখোয়্গী অনৌব য়ূম্সূ খঙ্ব নত্তে।'

'ৱারুৱনু, মহাক্ মফম্সিদ হল্লক্কনি। ঐ নুতিগী য়ূম্সিদ মাবু য়েংব লাক্কনি। ঙসি ময়াম্ লাঙ্ব অমদি কোয়্নোম্ নোম্বসিদ মা মিপাইৱম্গনি।'

নুমিদাংৱাইৱম্ ফাওবদ ঈমুংদু অনৌব *ফ্লেৎ* য়ৌরে। মমান হান্নগী য়ূম্দূ মিংসেল্গুম্ লংন থম্লম্গনি হায়্ৱম্মী। ঙসিদি থবক্ য়াম্মম্বন য়ুসূফ্সূ পুসীগী ৱাখল্ তৌব ঙম্দ্রে।

**ঞ্চেং** ফজন সাবনি, মদুদ তূম্নব কা অহূম্ লৈ, য়ুসুফ্ মাগী কাদূ য়েংবদ হরাওই। কাদূ পীক্ই অদূবু তনান্-তনাল্লি অমসূং নুংঙাই, অহীং চাক্ চাব মতম্দ পোৎ পূম্ব মফম্ চান থন্নম্মী। চাক্ থোংনবগী মতম্ লৈরম্দে, মরম্সিন পূম্নক্ মখাগী **হোতেল্** দ চানব চৎলে।

মপান মঙোন্দ **লিফ্ত** সিজীন্নবগী মতাঙ্দ তাক্লম্মী। মখোয়্গী অকোয়্বদ অমোৎ-অকায় হুন্দোক্তুনব চেক্শিন্ব্রা হায়্রম্মী। **লিফ্ত** তু **ঞ্চেং** পূম্নমক্কীনি, মরম্সীন লূ নান্ন থন্ব তঙায় ফদে। মহাক্ক মসীমসূ তাক্লম্মী। **লিফ্ত** লেপ্থোক্খ্রবদি করি তৌগনি, করিগুম্বদ অসূম্ন তৌবসূ য়াওই।

মখোয়্ন চাক্ চারিঙৈদ য়ুসূফ্ন পুসীবু নীংশিংলক্ই, মাগী চাবদগী ঙা মচেৎ খর খাক্তূ ন থম্মী। মান খল্লী, ঙা মচেত্তু পুসীগীদমক্ পুদুন চৎকনি। তৌইগুম্বসূং ব্রারেপ্তু হোংলম্মী। মপান চিংনরক্প য়াই অমদি ব্রাহঙ্ হংলক্কনি।

**ঞ্চেত** হল্লক্পগ মপান **তিভি** থায়্। য়ুসূফ্সূ পূম্নমক্ক লোয়্নন **পোপ্** থৌরম্ য়েংব হৌরম্মী। মহাক্ থৌরম্দূ পাম্বনী।

মথঙ্ নুমিৎকী অয়ূক্ত য়ুম্লোন্নবদু খঙ্নব য়ুম্দগী থোরক্লগ থুনমক্ পুসীবু য়েংব চৎলম্মী। মফম্দুদ **ঞ্চেট্** কী **ব্লোক্** কয়ামরুম্ লৈ, মহাক্ক খল্লী, লম্বী মাঙ্লোইদ। মফম্সি মবেম্বোক্কী য়ুম্দগী পঙ্লাপ্ লাপ্তে।

মান মফম্দূদ থুংলুবদ পুসী ম্যাও ম্যাও খোংলক্ই অমসূং খোঙ্দ খোৎলক্ই। মান মনূং হেক্ চঙ্বগ পুসী চোংখক্তুন মতম্বাক্ত কাখৎলক্ই অমসূং মাবু নুংসিন কৌরুই। য়ুসূফ্ লাক্পদ মা কয়াম্ হরাওবগে হায়্বসি উৎনব হোৎনৈ। মহাক্ক পুসীবু মখাদ থাদোক্ই, মবানি মায়্কৈ অমদ কোয়্ব থোরক্ই। পুসীন হান্নগী য়ুম্গী লম্বীদ চৎপ হৌরক্ই। য়ুসূফ্ন মাবু থাংগৎলম্মী অমসূং মাগী শঙ্তপ্ত পুদুন লাক্ই। মফম্দুদ মহাক্ক **ঞ্চেট্**ত সঙ্গোম্ পীরে অমসূং ঙাস্। পুসীন মবক্ থন্ন চাথোক্লে অদূগ মহৌসাগুম্ মশাবু সেংদোক্চৈ। য়ুসূফ্ন নাপী শিংবী চাইথোক্তুন মাগী ফমূং শেম্মী। মদূগী তুংদ মহাক্ উপুদ য়েংলম্মী, পুসীগী চানব পোৎ লৈরিব্রা নৎত্রগ লৈত্রবরা ? মহাক্ক সঙ্গোম্গী কৌতাসিংদু থি, মহাক্ক মসি খল্লী, মহৈশঙ্ হাংলক্প ফাওবগী সঙ্গোম্ থন্ব ফৈ। মহৈশঙ্ হাংলবদি মদুদগী মাগী চাদীং ফংগনি, মদুদগী মান পোৎ-চয় লয়্ব ঙম্লনি।

সিল্‌হেন্‌(সুতি) মনূংদো অসূম্ন হৌখ্রে। য়ুসূফ্‌ পুসীগী অমসূং মাগী চাবদ য়েংসিল্লি। মহাক্‌ সুপ্নগী ৱাফম্‌ অমগীদমক্‌ ৱারম্মী। মাগী মপান নুতিগী অরিব য়ূম্‌দ পুসী হল্লক্‌পরা য়েংব চৎলী।

মহৈশঙ্‌ হাংগদব নোংম ৱাৎলিঙৈগী ৱানী। চরা ৱাম্বগী *তেবল্দ* পূম্নমক্‌ ফন্নি। মপান হায়্‌রক্‌ই, 'পুসীদূ মচা পোক্লম্লনি, পুসীগী লৈনব অফব ফংলম্নগনি, শোয়্‌দন কনাগুম্বন মাবু হৌজীক্‌ মতম্‌সিদ নীংথিন য়েংসিন্বিরম্‌গনি, করিগীনো হায়্‌বদ হৌজিক্‌ মতম্‌সী মাগীদমক্‌ সঙ্গোম্‌ তঙায়্‌ফদ্রিবনি।'

য়ুসূফ্‌ন মাগী ৱাখল্‌দ অরেম্বদ সঙ্গোম্‌গী ৱাফম্‌দু নত্তে মান খল্লী, হৌজীক্‌ মপাদ অশেংবদু হায়্‌দোক্‌প তাবনি। পুসী কদায়্‌দ লৈবগে হায়্‌বদূ। মহাক্ল ৱাসিসূ হায়্‌রক্লে। মহাক্‌ কিসূ কিরম্মী, করিগুম্ব মমা-মপান মঙোন্দ সাউগদ্রা হায়্‌ন।

সিল্‌হেন্‌ (সুতি) লোইরদুন স্কুল্‌ হাংলে, নোংমদি তিনা পুদুন য়াগী মাইব (দোক্তর্‌)দ মমা চৎকদৌরি। তিনা স্কুল্‌দগী লাক্লে। মতম্‌দূদ দোক্তর্‌গীদ চৎখ্রে। য়ুসূফ্‌ থুন পুসীগী মনাক্ত চৎলে, মতম্‌দূদ শঙ্‌তপ্‌কী থোঙ্‌দূ হাংদোক্‌পদ ঙক্‌পগী ঙম্‌খৈ নাইরম্‌দে।

পুসী কাচিন্‌ অমদ হীপ্লি, মচাসিংবু নুংসিন লেক্‌পীদুন। মাগী মচা অহূম্নি, মচু অঙৌবনি অদূবু ময়াঙ্‌ ইকঙ্‌ কংই, মশক্‌ থী। মখোয়্‌ পূম্ব মথ্বায়্‌ য়াওদ্রবগুম্‌ উই। য়ুসূফ্‌ মখোয়্‌বু য়েংদুন লৈরে মহাক্‌ মখোয়্‌গী মশক্তু উবদ নীংব কায়্‌রক্লে, তৌইগুম্বসূং পুসীদি হরাওজে, য়ুসূফ্‌ন সঙ্গোম্‌ মকূপ্তু লোইদৌরে, মান খল্লী, অতোপ্প কৌতা অম থৌরাঙ্‌ তৌব ঙম্‌দ্রবদি করি তৌগনি।

মথঙ্‌গী নুমিত্ত য়ুসূফ্‌ মহৈশঙ্‌দ য়াম্ন ৱারম্মী। মহাক্‌ মপূং ফান থবক্‌ তৌব ঙম্‌দ্রে। *মেদাম্*গী ৱাহঙ্‌ অমত্ত পাউখুম্‌ পীব ঙম্‌দ্রে। মহৈশঙ্‌দগী কাংসি খীংলক্‌পদ মহাক্‌ য়াম্ন হরাওরম্মী। মা চেন্‌খিদুন য়ূম্‌দ থুন য়ৌনীংলম্মী। অমসূং হৌজিক্‌ কাংসি খীংলে, মতম্‌দুদ খোঞ্জেল্‌ অম তারক্‌ই, 'য়ুসূফ্‌ নঙ্‌ হৌজিক্‌ ঙাইখো' *মেদাম্*গী খোঞ্জেল্‌নী।

অঙাং পূম্নমক্‌ চৎখ্রে, **মেদাম্ন** হংলক্‌ই, 'সিদ লাউ য়ুসূফ্‌ ঐগী নাক্ত, হৌজিক্‌ হায়্‌য়্‌ূ করি তৌরে, ঙসি নঙ্‌গী পূক্রিংদূ মহৈশঙ্‌দ চঙ্‌দ্রে,



নঙগী হান্নগী য়ুম্দু নীংশিংলিব্রা? নঙ্ নখোয়্গী *ফ্লেৎ* সিদ লৈব নুংঙাইত্ব্রা?'

'নত্তে মদূ পূম্ব করিসূ নত্তে।'

'অদুদি করি ৱানো? করিগী রারিবনো? নঙ্ নীংব কায়্ন উই, সেংন সেংন তাক্উ।'

য়ুসূফ্ খল্লী **মেদাম্** সাউরক্কনি, তৌইগুম্বসূং মহাক্ তসেংন সাউদে, মহাক্ মকোক্ নোন্দুন ফম্লী। মমিত্তগী পি তারক্ই।

'ঐগী হৌদোঙ্গি মরম্ননি।'

'নঙ্গী হৌদোঙ্বু নীংশিংলক্লিব, মসি নত্ত্রনে?'

য়ুসূফ্ন মচীন্দ রাহয় অমফাও কাঙ্থোক্তে। *মেদাম্*ন মাগী মনঙ্গন্দ মখূৎ থম্দুন হায়্রক্ই, 'তূমীন্ লৈয়্ কপ্কনু, পূম্নমক্ ফরনিদ। য়ূসূফ্ নঙ্দি *ক্লাস্*ত অফব অঙাংনি, ঙসি অয়ূক্ নঙ্গী য়ূম্গী থবক্ (হোম্ ৱার্ক) য়েংবদ ঐহাক্ য়াম্ন নংঙাইতে।'

তিনা মপব্রাবু মপান্দ ঙাইদুন লৈরি। অনীদুন য়ূম্ য়ৌবদ খর থেঙ্ঙ্ত্রে। মমান মখোয়্গী থেঙ্বগী মরম্ হংলক্ই।

'ঐন য়ুসূফ্‌পু ঙাইব তারম্মী', তিনান হায়, 'মহাক্‌ লোইরগ **ক্লাস্‌** ত লেপ্পুন লৈহৌবনি।'

'করিগীনো করি তৌরব ?' মাগী মপান ইমূংদ চঙুন চঙুন হংলক্‌ই। মহাক্‌ তিনাগী ৱাদূ তাখিবনি। 'করিগীনো য়ুসূফ্‌ মহৈশঙ্‌ মতূংদ **ক্লাস্‌** ত করি তৌদুন লৈহৌরিব ?'

'করিসূ নত্তে পাপা।'

'করিনো খরদি শোয়্‌দন লৈরম্‌গনি, নখোয়্‌ **মেদাম্ন** নঙ্বু খাল্লিবদো।'

'মহাক্ল ঐবু থিংব নত্তে, বস্‌ ৱা খর হংবগীনি।'

'করিগী মরম্‌দ ?'

'মদূ..... মদূ..'

'হায়য়ু, হায়য়ুনে, নখোয়্‌ **মেদাম্ন** নঙোন্দ করি হায়্‌নীংলিবনো ?'

য়ুসূফ্‌ন খল্লী, করি পাউখুম্‌ পীসিগে ঐ পাপা গী মায়্‌থোঙ্‌দদি অসূম্ন...। মঙোন্দ অশেঙ্‌বদূ হায়্‌দোক্‌প তাই।

পাপা ঙসি ঐ **ক্লাস্‌** ত ৱাহংসিংগী পাউখুম্‌ পীব ঙম্‌দ্রে, **মেদাম্ন স্কুল্‌** মতূংদ খাম্‌দুন ৱা হংবনি, ঐ করিগী নুংঙাইতবনো হায়্‌ন।'

'অদূ নঙ্‌ করি পাউখুম্‌ পীরিব, করি তৌরব ঙসি নঙ্বু অনৌব **ফ্রেণ্ড** লৈবসি নুংঙাইত্রবরা ?'

য়ুসূফ্‌ কিরম্বনি। অদূবু মহাক্ল মপা অমসূং **মেদাম্‌** গী ৱাহয়্‌গী মরম্‌ খল্লী, মখোয়্‌ অনীমক্ল **ফ্রেং** কী মরম্‌দ নুংঙাইত্রবরা হংলকপদুদ মহাক্‌ ঙক্লম্মী অদূগ মসিদি অমরোম্‌দ য়াম্ন ফরবনি। করিগুম্ব **ফ্রেং** সি নত্তুবদি পুসীগীসূ অৱাব লৈরোইদবনি। মহাক্ল মসীমসূ খঙ্‌ই, কীছুরব য়ূম্‌দগীদি অনৌব **ফ্রেং**সিন ইমূংগী মীওইসিংন হেন্ন নুংঙাইন লৈ।

'নঙুন নখোয়্‌ **মেদাম্‌** দ করি হায়্‌রে ? করি শেম্‌জিল্লব ?' মপান পাউখুম্‌ পীনব মতম্‌ পীদে, 'নঙুন নঙ্‌গী অৱাবগী মরম্‌ করি হায়্‌ন পীরল্লিব ?'

'পসী'

'করি হায়ব'

'পুসী'

'নঙ্‌ মহৈশঙ্‌গী থবক্‌ তৌব ঙমদ্রিব করিগীনো হায়বদ পুসীগী মরমদ্‌ ৱারে। অদূ নঙ্‌ খঙ্‌দে, ঐন মাবু থিনব হোৎনরিবনি। মহাক্‌ কদায়দগীনো চানবদি ফংলিবনি নৎত্রবদি মহাক্‌ যুম্দ লাক্লগনি।।'

'**পাপা,** পুসী ইবেম্বোক্কী অমম্ব যুম্দ লৈ।'

'নঙ্‌ করম্ন খঙ্‌লিব?'

'ঐন মাবু মফমদুদ থল্লিবনি। ঐন মাবু য়েংসিল্লিবনি।'

'নঙ্‌ন' **পাপা** তসেংন সাউবুগুম্‌ তৌরে, তৌইগুম্বসূং মদুদ য়ুসূফ্‌ অকিব ফাওদে। হৌজিক্তি মপূক্লিংগী ৱাদু হায়দোক্লে, মদূন খর য়াংবগুম্‌ ফাওরক্‌ই অমদি মপাগী সাউরম্বদূ ঈংথখ্রে।

'ঐখোয়্‌ হয়েংমক্‌ খূজীন্‌ থৌরাঙ্‌ অম তৌব তাই' মহাক্ল হায়রক্লম্মী

'পুসীদূ মচা পোক্লে, অহূম্‌।'

মসিগী তুংদ মপান করিনো খর হায়রক্লিঙৈদ তিনা চেল্লক্লুন মহাক্কী মখূৎ পায়দুন হায়রক্‌ই, '**পাপা** ঐখোয়বু পুদুন চৎলূ, য়েংনীংই, **পাপা** চৎলসি' মমান চাক্‌শঙ্‌দ সঙ্গোম্‌ লৌব চৎখ্রে। ঙাইহাক্‌ লৈরগ মখোয়্‌ মরী মবেম্বোক্কী অমম্ব যুম্দুদ থুংলুরে। পুসী মখোয়্‌ পূম্নমক্‌ উবদ হরাওন চোংব হৌরক্‌ই। মমা-মপা অমসূং অঙাং অনীন পুসী অমদি মাগী মচাসিংবু সান্নব হৌরক্‌ই।

য়ুসূফ্‌ন খল্লী, শোয়দন চৈগনি অদূবু থোক্লে। য়ুসূফ্‌ অমদি মখোয়্‌ হল্লক্‌পদ তূমিন্ন লৈরে। **ক্লেৎ** য়ৌগদৌরবদূ মপান হায়রক্‌ই, 'হৌদোঙ্‌ মরীদু য়েংসিল্লগদবনি'।

'**পাপা** মখোয়গী মনূংদ মচা অম ঐখোয়গী নাক্ত থম্ব য়াদব্রা?'

'নত্তে তিনা ঐখোয়্‌ মফমদুগী চৎনলোন্‌ খঙ্‌ব নৎত্রা? মদূ ওইরসূ ঐখোয়্‌ নূমীৎ খূদিংগী মখোয়গী চানব থিল্লক্লনি।'

মপান মাগী ৱাশক্‌ মপূং ফান পাঙ্‌থোক্‌ই। পুসী অমসূং মাগী মচাসিংদূ য়েংব চৎপদ পূম্নমক্ল য়াম্ন নুংঙাইজে। য়ুসূফ্‌ন মখোয়্‌ন চাউরগ তোঙান্‌ তোঙান্‌খিনি

খম্বদ কিজরক্ই। নোংম নৎত্রগ নোংমদি অসূম্ন তৌব তাবনি। মচাসিংদূ চাউরক্লে, হৌজিক্ মখোয়্ মমাগুম্ ফজব হৌরক্লে। শঙ্তগ্গুসূ মখোয়্ মরীগীদমক্ পীক্ল উরে।

মা লাক্পগ নোংমদি হায়্রক্ই, 'হৌদোঙ্ মরীমক্কী য়ুম্গী থৌরাঙ্ লৈরে।' তিনা কপ্প হৌরক্ই। য়ুসূফ্সূ কপ্লীংলক্ই।

'নখোয়্ ঐগ লোয়্নন চৎকদৌরিব্রা? ঙসি মাগী মচাসিংদু অনৌব য়ুম্দ পুদুন চৎকদৌরে।'

তিনা চৎকনি, ঐদি চৎনীংদে।'

নোংমাইজিং নুমিত্ত পুসী অমসূং মচাসিংদূ পীখ্রে। য়ুসূফ্ য়ুম্গী মপান্দ লৈহৌই। নূমিৎ চুপ্প মহাক্ লৈকায়্দুদ কোয়্দূন লৈরে। পুসী কদায়্দ পুগদৌরিবনো হায়্বদুফাওব মহাক্ খঙনীংলম্দে। তিনান কপ্পদূসূ মহাক্ য়েংব ঙম্দে। মহাক্ মসি খন্-খন্দূন রাজে। অয়োক্প শাসিংদূ অমূক্ হন্ন উররোই। ক্লেত্ত কনাসূ করিগুম্ব



অয়োক্প শা অমত্ত থম্ব য়াদে।

মসি খঙ্বদ মহাক্ হরাওবসূ ফাওই। মদূগী অচূম্ব ব্রাফম্দি করিগুম্ব শা অমত্ত থম্ব য়াদে। পুসীগী মফম্দ করিগুম্ব শা অমত্ত সিম্ব য়ারোই।

নুমিদাংবাইরম্ গুইরে। য়ুসূক্ খল্লী, হৌজিক্ য়ুম্দ হূম্ব ফরে। করিগুম্ব মান থেঙ্থন য়ূম্গী মপান্দ লৈরবদি মমা-মপান বারম্গনী। মহাক্ লিকুত বেলকোনি ফাওদুন মখোয়্গী ক্লেন্ত চংলম্মী। মী পুম্নমক্ য়ূম্দ লৈরম্মী। মহাক্ মনুংদ চঙ্লে, পুম্নমক্ক মাবু উরে, কনাস্ করিস্ হায়্দে, তৌইগুম্বসুং পুম্নমক্ক খঙ্‌ই, য়ুসূক্ নুংঙাইতে হায়্‌ব।

মহাক্ মাগী কাদ চঙ্খ্রে। মাগী থোঙ্জীন্দ য়ৌরি, মাগী মিৎয়েঙ্ কাদুদ তারুরে, মহাক্ হরাওবন লাউরক্‌ই, 'ও পুসী কয়াদ ফজরব!'

মহাক্ক উরে, ফক্লাঙ্দ মপূং ফাব মপোপ্ (সাইজ্)দ পুসী অমসুং মাগী মচা অহূম্গী মচুগী মিতম্ অম থেংলি। মিতম্ (ফোতো)দু মপান নম্বনী। মহাক্ক মিতম্ (ফোতো) দু লয়্থোক্কুন য়েংই, মদুদ হৌদোঙ্ মরীমক্কী অনৌব য়ুম্সিংগী লৈফম্ ইরি, করিগুম্ব মান পাম্ব মতম্দ চত্তুন য়েংলুব য়াই। অদূগ য়ূম্দ মাগী মনাক্ত পুসী অমসুং মাগী মচা অহূম্গী ফজরব মিতম্সু মতম্ পুম্বদ নীংশিংদুন লৈরগনি। হৌজিক্ মহাক্ক মদু মতম্ পুম্বগী ওইন মনাক্ত থম্ব য়ারগনি।

খৈরব

## অঙৌব অমসুং লাইয়েক্পগী শক্তাক্

### অফঘানিস্থান্

অহজাম্ রহনাবদি জরয়াব অফঘানিস্থান্গী অফাওব অঙৌবসিংগি মরক্ত অমনি। মহাক্ ঊ-পাউ অমদি কল্চরেল্ লোয়্নশঙ্গী কল্চরেল্ দিপার্টমেন্টত থৌ পুব অমনি।

হাসিম্ ঘোর্বন্দী অফাওব লাইয়েক্প অমনি।

### বর্ম্মা

গেটনী (উ থে মিন্ট)ন বারেং, বারীসিং অমদি উপন্যাস্ কয়ামরুম্ ই। মহাক্ মফম্সিদ ঊ-পাউ লোয়্নশঙ্গ মরী লৈনৈ।

যুসেন্গী লাই চেফোঙ্ কয়ামরুম্ ফোঙ্গ্রে। মহাক্ মরুওইন মহৈ মসিং যুরোপ্ত তম্বই।

### ভারত্

বঙ্কিকানন্ মনীং তম্ন অঙৌব অমনি। মহাক্ন রুসি লোয়্নসিল্লোনবু তামিল্দ অনুবাদসু তৌই।

আর্ কে লক্ষন্গী রাজনৈতিক্ কার্টুন হৌখিব চহী কুপ্পামুক্তগী হেন্ন মতম্দগী টাইম্স্ ওফ্ ইন্দিয়াদ ফোঙ্লি।

### ইন্দোনেসিয়া

জসরান্ সফানোগী থৌওঙ্সিন মহাক্পু পাউ-চেগ মরী লৈনব, অতোপ্প দিপার্টমেন্তসিং অমসি ফিলম্গী মীওই ওইহল্লী। মহাক্ন উপন্যাস্ কয়ামরুম্ অমদি বারীসিং ই।

ও. এসমন্ এফেন্দিগী লাই মালেম্ শিন্ থুংন সন্দোক্লে।

### ইরান্

সাইবস্ তহবাজন ইরান্ প্রগতিবাদি লোয়্নসিল্লোনবু ফোঙ্দোকুব মরু ওইব থবক্ তৌই। মহাক্ অতাঙ্ লোয়্নসিল্লোন্গী ইদিতর্ অমদি লাই য়েক্প থৌরম্ অনীমক্ত মাপ্পন শুং থাই।

নিকজদ নৌজুমীগী লাই কয়ামরুম্ অভাঙ্গী লাইরিক্সিংদ হাপ্পরি।

### জাপান্

নান্কিচি নিমি ১৯৪২দ লৈখিদরে। লৈখিদ্রব মতুংদ মহাক্কী অভাঙ্সিংগী ঊশে অমসুং অভাঙ্গী বারীসিং য়াম্ন হেন্ন ফাগৎলক্লি।

টিকিচি মিয়োশীগী লাই জাপান্ অমদি অতোপ্প মীরৈবাক্কী লোন্সিংদ লাইরিক্সিংদ ফোঙ্ই।

## কোরিয়া

ও য়োংগ সু মনা ফংলব অঙৌবনি। লোয়্নন লোয়্নসিল্লোন্‌গী চেফোঙ্ অমগী খোরিলাংবসুনি।

কিম্ য়োংগ জু নোংচুপ্লোম্‌গী খুৎয়েক্ত হৈরেব লাই য়েক্‌প অমনি। মহাক্কী লাইসিং য়াম্ন পাক্ সম্ন উথোক্লি।

## মলেসিয়া

ইস্মাইল্ অহমদ্ ন অঙাঙ্‌গী বারীসিং অমদি নৈন বারোল্ ইবদ নত্তন ওজা অম অমসুং থিজিন্ খোংচীন্নগী থবক্সু তৌই।

ওস্মন্ বিন্ জৈনুদিন্ অফাওব লাইরিকী লাই য়েক্‌প অমনি।

## নেপাল্

মাধব ঘীমিরেন নেপালি লোয়্নসিল্লোন্ চাওখৎনব থবক্ কয়ামরূম্ পায়্খৎলি।

টেক্ বির্ মুখিয়া পীথোরক্লব লাই য়েক্‌প অমনি অমসুং নেপাল্‌গী ললিত্ কলা মহাসংঘগী অথোয়্ব লাই য়েক্‌পনি।

## পাকিস্তান্

অনবর্ এনায়্তুল্লাহ্ অফাওব অঙৌবনি, উর্দু অমসুং ইংরেজি অনীমক্ত ই।

মো. বাসিম কার্তুন্ য়েক্‌প, কলাকার্ অমদি লাই য়েক্‌পনি।

## ফিলিপাইন্স

ন.ব.ম. গোঞ্জেল্ ফিলিপাইন্স বিশ্ববিদ্যালয়দ ইংরেগি অমসুং চাংদম্নব লোয়্নসিল্লোন্‌গী দিপার্টমেন্তত এসোসিয়েৎ প্রোফেসর্নি।

এদ্‌গর্ সোলর্ ফিলিপাইন্সকী অফাওব কলাকার্‌সিংগী মনুংদ অমনি।

## সিংগাপূর্

বার্লেট্ বিল্‌কিন্স ওজা অমনি অমদি অঙাঙ্‌গী বারীসিংগী অফাওব অঙৌব অমসুনি।

চিন্ বো. টী অফাওব লাইয়েক্‌প অমদি লাইরিকী লাই য়েক্‌প অমনি।

## শ্রী লঙ্কা

সিবিল্ বেতাসিংহে পাউ চে ইব অমনি অমসুং অঙাঙ্‌গী বারম্নীঙতিসিংগীদমক্ মনা ফংলব অঙৌবনি। বা ভাঙ্‌বদগী কলাদস্ মপুং ফান হৈ সিংলব মীওইনি।

সোমাসিতি হেরেথন মাগী অয়েক্‌প লাইসিংগী মেলা কয়ামরূম্ তৌখি। হৌজিক্ মতম্‌সিদ লাইরিক্কী লাই য়েক্‌পদ মথৌ চিল্লি।

## থাইলেন্দ

মানোপ্ কেরসনিথকী খুঙ্গংগী মরুওইব থিম্‌দি খুঙ্গংগী ওইব পুন্সী অমদি অঙাঙ্‌সিংবু নুংসিব অমনি।

সুরাসক্ দস্‌দিন্‌থোম্গী অয়েক্‌প লাই অঙাঙ্‌গী লাইরিক্ কয়ামরূমদ্ হাপ্লি।



[illegible]



খাড়েম্বম্ ইবেতোন দেবী ডলাই ১০, ১৯৪৭ত পোকখি। খুৎহম গৌরচন্দ অমাদ খাউহম ওংবী গ্রামনি দেবীগী ইচানা তোম্বা মচানুপানি। চাওমেম কমল সিংহগা যম্মানমিন্নদনা নপানুপা অদুম অমাদি মচানুপা অমগী মমা ওইরে। বানা য়ুনিভর্সিটিদগী বঃ (হিন্দি) লৌইশিল্লনা মতুংদ কানপুর য়ুনিভর্সিটিদগী ইং১৯৭২দ এম্ এ (হিন্দী) লোইসিল্লনা মতুংদ মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদগী অমুক্সু এম এ (হিন্দী) লোইসিনখি। বিষ্ণুপুর হায়র সেকেন্দারি স্কুলদগী লেকচরর্ ওইনা থবক্কী পোৎখাদনা বিষ্ণুপুর্ বার্ড নম্বর্ ৮দ লৈরি মশাগা য়ুম্দ লৈরি। 'লৈকোল', 'মণিপুর সাহিত্য পরিষদ্, বিষ্ণুপুর্ ব্রাঞ্চ', 'রাইটর্স ক্লব নম্বোল', 'কলম' অমাদি 'সারেভশ' নচিংবগী অচৌবা মেম্বরনি। মতমগী য়াকাইবোল গী শেগুলের কলমনিষ্ট ওইরি। মহাক সাহিত্যদ তৌরিবা থবক্সিং অমদি কলমনিষ্ট অম ওইনা থুন্নাইদ শোংথহৌরবা কাঙ্‌লূপ্সিংগীদমক থৌনা য়ানা ইথিবা কযাবু শক্খঙ্গবা ওইনা ডা° অম্বেদকর্ ফেল্লোশিপ এবার্দ, ২০০৫ অমদি বিবাঙ্গনা সার্বাত্র ফলে ফেল্লোশিপ সম্মান্ ২০০৬, মহাত্মা জোতিবা ফুলে এরার্দ ২০০৭, পাবক্খ্রে। মহাক্কী ফোঙ্‌খ্রবা লাইরিক্সিংদি ১ ইচেম্ম (সৈরেং ২০০৩), ২ নির্মলা (হান্দীদগী হন্দোক্পা উপন্যাস্ ২০০৪), ৩ অহাংগী ইশৈ(হান্দাদগী হন্দোক্পা উপন্যাস্ ২০০৪), ৪ লৈরোল শাৎলে (সোনেট সিক্কেন্স ২০০৫), ৫ কুন্দো পরেংগী হক (বারীমচা, ২০০৫) ৬ লাংবন তৰ্পন্ (সোনেট সিক্কেন্স ২০০৫), ৭ পোলোইদগী বাংমদ (সোনেট সিক্কেন্স ২০০৬), ৮ ভাবংকী খনুগংলবা যুঙ্গা বারীসিং(২০০৭), ৯ খোমজীম যুঙ্গা বারীসিং(২০০৭), ১০ থম্মোয়গী লৈকাবক্ত (হান্দাদ হন্দোকপা ১০০৭)নি।

অইবগী ফোঙ্‌লক্কদবা লাইরিক্সিংঃ

১. প্রেম্ লতা (উপন্যাস)
২. নাংশিংলবদ (ওতোবাই ওগ্রাফি)
• শোল্লবা মরী (হীন্দীদ হন্দোকপ)
১. মানস্কী কাংহা (হীন্দীদগী হন্দোক্প)